লোয়ালমগী বসন্ত (উপন্যাস)

ফোংজবী ঃ এন. চাওবী দেবী
রাইটর্স ক্লব মণিপুর, নম্বোলগীদমক ফোংজবা




অহানবা ফোংবা ঃ ১৯৯৮ (সেপ্তেম্বর)

নম্মম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল

মখুম য়েকপা ঃ অইবা

ফংফমথোকপা ঃ অইবা

লাইরিক ফংফম ঃ অইবা (মালোম) অমসুং ইম্ফালগী লাইরিক য়োনফমশিং

মমল ঃ লুপা ৩০/-

কোপী মশিং ঃ ৫০০

MA

লাইরিক অসি লৈখিদ্রবা ঐগী ইনাও এন ৺ইবোয়াইমা সিংহবু
মতম কুইনা নীংশিংদুনা লৈনবা মীয়ামগী মফমদা
লাপ্তোকচরি।

# ক্লবকী ৱারোল

**রাইটর্স ক্লব মণিপুর**, নম্বোল, অইবা অমসুং অইবীশিংগী ওইবা ক্লব অমনি। ক্লব অসিগী মরুওইবা পান্দম অমগী মতুং ইন্না অইবা অমসুং অইবীশিংদা শেলগী তেংবাং পীদুনা লাইরিক ফোঙবগী থবক অসি লেপ্তুনা চৎথরী। মতম মতমগী সেমিনার, সিম্পোশিয়ম তৌদুনা সাহিত্যগী ওইবা-খন্ন-নৈনবা লেপ্তুনা পাঙথোক্লি। লাইরিক্কী ওইনা তেল্লবা চহি ৩ (অহুম) অসিদা পুন্না লাইরিক ৯ (মাপল) পুথোকখ্রে। শ্রীনামৈরাকপম মংলেম সিংহনা ইবা **লোয়ালমগী বসন্ত** হায়বা উপন্যাস অসিনা ১০ শুবা লাইরিক্নি। ক্লবকী ওইনদি অহানবা উপন্যাসনি।

শ্রীমংলেম অইবা অমা ওইবদা নত্তুনা লাই য়েকপগী শিনফম অসিদসু থরাই য়াম্না য়াওজবা মীশক অমনি। অইবা অসিগী দ্রমা খরসু ষ্টেজদা উৎখ্রে।

মণিপুরী সাহিত্যগী ঈচেল কংদনা চেনথরক্লিবা ঈচেল অসিদা ঈতিঞ্জহন্নিংলিবা অইবগী **লোয়ালমগী বসন্ত** মীয়ামদা লাম্থোকচরি। লাইরিক অসিনা সাহিত্যগী মায়কৈদা অচৌবা অহেনবা মফম অমা ফংগনি হায়বগী ৱাখল নত্তুনা উপন্যাসকী মশীং অমদি হেনগৎহনবা ঙমজরে হায়বগী নুং-ঙাইজবা অদুতনী।

অইবা, অইবীশিংনা ইনিংবগী ৱাখল হনবিদনা মণিপুরী সাহিত্য য়োকখৎপদা অচৌবা খৌদাং লৌবীবগা লোয়ননা মতুংগী হেন্না ফজবা লাইরিকসু ফোঙজবগী খুদোংচাবা ফংলকখিগনি হায়বগী আশা থমজরী।

**থজমনি খোইনাইজম**
*প্রসিদেন্ট*
**রাইটর্স ক্লব মণিপুর, নম্বোল**

**তাং ২৯/৮/৯৮ ইং**

# অইবগী ৱারোল খরা

অশাংপা থম্বালগী লৈকাশিংনা থমচেৎপু কোয়শীন্দুনা থম্বগুম মণিপুর লৈবাক অসি ৱাং-চাউরবা চীংলোন কয়ানা কোয় শীন্দুনা থম্মী। চীং অমসুং তম অনিনা শেমগ্রবা লৈবাক অসিগী লম্মিৎ-তুম্মিৎ য়েংবদা পুক্নীং হুই। লোইজীং চীংগী চীংখোং-চীংয়া, লোয়ালমগী লমদমশিং অসি ঐগী ইফমদা ওঙ্কোক্লা খোয়দাজরুই। চীংশাং নাপোম খরনা তম্পাক তন্না কুমথরক্তুনা উ-ৱা মরাং কায়না হৌবা লমদমশিংদা তিন্নখিবা মফমশিং অদু উরুরগা লাইরিক ইনিংবগী ৱাখল পোকলকখি অমসুং লমদম অসিদা বসন্ত ঋতুনা হেন্না অমুক ফজবা অদু উরুরগা 'লোয়ালমগী বসন্ত' হায়না মিং থোনবা উপন্যাস অসি ইজৈ। নীংথিজরবা বসন্ত ঋতুগী মহুৎপু খুয়াগী উফুল্লক্তা য়াওরম্বা সনা মকুপকা প্রমান তৌজবা কল্পনাগী তাইবং মচা বসন্তনা শিঞ্জরগা ৱারী মচা অসিগী নায়ক ওইহঞ্জদুনা লাইরিক অসি পুথোকচৈ।

ঐগী পুন্সিগী অঙনবা তাংকক শোক ১৯৬০, ইশাগী চহি তরানিপাল্লোম শুরকপা অদুৱাইদগী উপন্যাস, ড্রামা শৈরেং অমসুং ৱারী মচাশিং ইবা হৌরকখি। ছাপা তৌদুনা য়েন্নবা ঙমদ্রিঙে খুৎই ওইরিঙেদা মথং মথং পান্নখিবদগী মাংখিবা লাইরিকশিংদি বসন্তীশ্যাম, নারক্কীমনি, শীঙেল অনি, পোক্তবী মমা, সুর্য পূর্নিমা, ইমানা থোকহনবনি অসিনচিং-বনি। ইবগী মরমদা নীংহন্নখি। মতুংদা ইম্ফাল আর্ট কোলেজদা লাই য়েকপা তন্না তন্না অমদি লাইয়েকপগী দুকানশিংদা থবক শুবা য়াওনা য়াওনা লাইরিক খরা ইজখি '**মৈতৈ জবান**' অমসুং '**মচীন মনাও**' (*রামায়নগী ৱারী*) হায়বা লিলা অনি অসি ইখি অমসুং 'মৈতৈ জবান' না যাত্রা ৱালী ওইনা শান্নখি, অদুগা 'মচীন মনাও' হায়বসিনা ষ্টেজদা স্কুলগী অঙাংশিংনা শান্নখি। মতুংদা 'মৈতৈ লমজা' উপন্যাস অসি ইজবগা লোয়ননা ইং শোক ১৯৭৫ দা ষ্টেট কলা একাদেমীনা শেলগী মতেং মতীক চানা পাংবীদুনা লাইরিক অসি ফোং-জখি। '**পুন্সি বিদাই**' কৌবা লিলা অমসু AIR, ইম্ফালনা শন্দোকখ্রে। অসিদসু নত্তনা '**ফাইন আর্ট**' অমসুং স্পেস রিছার্চকী মরমদা আর্টিকল পিক্তক পিক্তক ইজদুনা মরক মরক্তা জর্নেল অমদা খুদোল তমজখি।

ঙসি ঐনা অৱাবা ্থেংখাং কয়। মায়োক্লজদুনা সভাগী মাংদা পুথোকচরিবা **'লোয়ালমগী বসন্ত'** হায়বা লাইরিক অসি ঙসিদগী চহি মঙাগী মমাংদা ইজবনি। লাইরিক অসি পুথোকপা য়াগদ্রা য়ারোইদ্রা হায়বগী হংজফম ফরক তান্নরকপা অমসুং ফোংদোক্লবগী শেল লৈতবা অসিনা মরম ওইরদুনা কাংখথাং ওইনা লৈরুরে। অদুবু লাইবক ফবদগী রাইটর্স ক্লব, মণিপুর, নম্বোল থেংনজরুবা অমসুং মসিগী মেম্বর (ওঝা ইচিন ইনাও, মরুপ মপাং) খুদিংমক্লা ঐবু পুক্নীং থৌগৎপীবগা লোয়ননা লাইরিক অসিবু ফোংদোক্লবা চাওরবা শেনফম পীবিরকই। খুৎই ওইরিঙেদা লাইরিক অসিবু নৈনবীদুনা ঐগী ইতেং পাংবীখিবা ক্লব অসিগী মেম্বর খরগী মিং পঞ্জবা তারবদা ওঝা ডাঃ খাঙেম্বম শামুঙৌ, ধজমনি খোইনাইজম, চীংশুবম শামু, ইনাও ইবুঙো রাজেন সরাংথেম অমদি কে সনাহোঙবা অসিনি। পুকচেল চাউরবা মেম্বরশিং অমদি লাইরিক অসিবু নৈনবিরিবশিংবু হন্না হন্না থাগচ্চরি অমসুং শিংবা ঙম্লরোইদৌবা লমন তোম্পিল্লে হায়না লৌজে।

বানান, ৱাহৈগী লৈতেং, প্রমান পাছ্থে অমসুং পংচুয়েসন্দা লানখিবা, অৱাৎ অপা য়াওখিবা থোক্লবসু পাবিরিবশিংনা ঙাকপীগনি। ঐগী ৱারী কনাগুম্বগী পুক্নি অমসুং থৌদোক ৱাথোক্লা মরী লৈনজদে, ক হ্লনানি খল্লগা ঙাকপীয়ু। অমরোমদা লাইরিক অসি পারগা অপাবশিংগী থম্মোয়দা পোখাবা খজিক্তং পীবা ঙম্লবদি হোৎনজমন মহৈ য়াল্লে খঞ্জগনি।

অরোইবদা, লাইরিক অসিবু ফোংদোকপদা শেলগী মতেং পীবিরকপা **রাইটর্স ক্লব**, মণিপুর, নম্বোলবু হন্না হন্না থাগৎচে। মথংদা লাইরিক অসিবু অথুবা মতমদা তরু-তনালনা নম্বীদুনা অকরুবা মতমদা মীয়ামগী খুৎতা শিন্নজবা ঙমহনবীবগীদমক 'লময়ানবা প্রিন্টর্স' কোনুং লম্পাক, ইম্ফালগীমেনেজরবু হন্না হন্না থাগৎচরি অমসুং মতম লৈবা খিবিক্তা তৌবীমল খঙবা উৎচ্চরি।

মংলেম
নামৈরাকপা

MA তাং ২৯/৮/১৯৯৮

# লোয়ালমগী বসন্ত

"*অমর* জীবণ হোস্পিটাল" লোয়ালমগী হোজংনি। মসিদা WEL COME হায়না ইবা ফীজাং অমা থেৎলি। হোজং অসিগী য়েৎ থংবা নাকলদা ফূড়া অনি খম্লাংননা লৈ। য়েৎ থংবা ফূড়া অদুদা 'অমর' হায়না ই অদুগা ওই থংবা অদুদনা 'জীবন' হায়না ইরি।

পাংথোকলিবা থৌরমদি মহৌশাগী মতৌগুম পাংথোকপা হোস্পিটাল অসিগী ফাউণ্ডেসন ডে, এপ্রিলগী তাং তরা মঙানি। হোস্পিটাল অসিবু লিং-খৎপিরম্বা বসন্তনা ফাউণ্ডেসন ডে বু কুম খূদিঙ্গী য়াম্না থরায় য়াওনা হেক হেক পাংথোকচরম্মী অদুবু মহাক অদো ঙসিদি লৈত্রে। হৌখিবা চহিদা বসন্ত শিখ্রে হায়বা খঙদবা কাংবুনা মহাকপু থাগৎকে; তৌবীমল উৎকে হায়না লাক্লরি। ফূড়া অনি অদুগী ফজবা উবদা লাক্লিবা মীয়াম্না বসন্তসে মমা মপাবু য়াম্না লুনা তৌই, কয়াদা ফজনা চনখ্রবা খুড়াশিংনোসে হায়না শোল্ল-শোল্লদুনা লাইবক কৎলগা চংনরকই।

মহৌশাদি ফাউণ্ডেসন ডে অসিদা পাংথোকখিবা থৌরমশিং অদু য়াম্না নুং-ঙাইখি কান্নবা য়াম্না ফংখি হায়না খন্নদুনা মনিপুরগী মফম অয়াম্বদগী মী লাক্লখি। কুমসিগু মদুগী ৱাখলদু খন্নদুনা লাক্লে। হন্দক্তী মনিপুরগী ৱাংমদা লৈবা নাগালেণ্ডদগী সমসন্না লুচিংবা মীওই খরসু ফাউণ্ডেসন ডে অসিদা য়াওবা লাক্লি।

ইম্ফালদগী লাকপা মীশিঙ্গী মনুংদা ডাক্তরশিং, ওফিসারশিং অমদি বীনাগী ইমুং মনুংশু য়াওরি। বসন্ত শিখ্রে খঙদবা মীওই খরগী মচীন্দা শোন্নরকই "বসন্তদি ইউ উদেনা কদায়দা লৈখ্রবনো।" থীন্দনা তান্নরকই "বসন্তদি লৈখিদ্রে।" মসি তাবদা নাগালেণ্ডদগী লাকপা মীশিংনা থম্মোয় শোক্না ৱান্নখি অমদি খোঞ্জেল থোক্না কপ্পরকই। সমসন্না মাগী নুংশিরবা মরুপপু কৌর-কৌরদুনা কপলকপনা তিল্লিবা মীয়াম অদুগী থম্মোয় কায়হল্লি। নুংশিরবা বসন্তবু অমুক নৌহৌননা নীং-শিংহল্লকপনা তিল্লিবা মীপুন্নমক পিরাং শীঙ্গনা তুমিন তুমিন লৈনখি। অমুক হায়নরুবা লৈতনা অৱাবা ফোংদোকপগী থৌরম অমা অহৌবমক্তদা পাংথোকখিবগুম তৌখ্রে।

কপ্প-লাওনদুনা ৱানরিবা অসিগী মথক্তা মহাক্কী নুংঙৌনা শাবা মুর্তিগী মায়খুমফী হাংদোকপগী থৌরম অদুনা অমুক মতেং পাংশিল্লক্কুনা অমুক্না হেন্না বসন্তবু নুংশিবা পোকহন্দুনা অঙকপা মখলগী ফাউণ্ডেসন ডে অমা ওইরে। শুমাংদা নোকফেৎ তৌরগা খুৎ জুর তৌদুনা লেপ্লিবা মুর্তি অদুগী খূয়াদা লৈশু কৎপা হৌরক্লে। পিরাংনা চোৎলবা খুৎশিং অদুনা লৈ পায়র-পায়রদুনা বসন্তগী মুর্তিদা জ্বাই জ্বাই চাইখৎপা অমদি খুয়া খাদা লাইবক শোক্না লৈশু কৎপদো কয়াদি ফজখ্রে।

অসিনসু লোয়বা নত্তে, মুর্তি মায়খুম হাংদোক্লবা মতুংদা ময়াম অদু EXHIBITION HALL দা চংলকই। হোস্পিটাল অদুগী ডাক্তরশিংনা উৎনিংলিবা মখোয়না লয়েংবা ঙল্লবা লায়নাশিংগী মমিং, পৃথিবীগী ফাওরবা ডাক্তরশিংনা ইবা লাইরিক কয়া হোংনা য়োনবা অমসুং অনৌবা থোকলকপা লায়না খিবিক্কী ঙাকথোক্লবা চিনজাক, শাজেল অমসুং লায়েংলোন কয়াগী লাইরিকশিং য়েকথোক্লবা Chart শিংগা লোইননা উৎলি মসিদসু নত্তনা লায়েংবদা চঙবা খুৎশু খুৎলাই, মেছিনশিং কয়া অমসু য়াওরি। "অসিগুম্বা EXHIBITION অসি প্রজা ঐখোয়দা য়াম্না কান্নে" হায়না শোল্ল-শোল্লদুনা কা মথং মথং য়েংলকলি।

খ্বাইগী অরোইবা কা অমদা য়াম্না যত্ন তৌনা মগুন চেলহলন্না য়ান্দুনা থমলিবা মাওইবগী হকচাঙ্গী শরু পোলাং অদু মীয়াম্না উরকই। মদু উরুবদা মী খুদিংমক্না "এ! মসিদি মীগী শরু পোলাংনিনা ...... কনাগী ওইরিগবা?" অসুন্না মতোম মতোমতা হংনরকই। খরনা শোল্লি "ওঙ্গোক্না কিজরেদা" খরা অমনা অমুক হায় "ওঙ্গোক্না নুংশিরেদা, সুম তৌবোরেকো মীওইবগী শরু পোলাংসে।" শরু পোলাং অদু য়ানবগী ঙাক্লৌ ওইরিবা চৈ (Stand) অদুগী ফম্বাক্তা অসুন্না ইরি

MA

"SKELETON OF LATE BASANTA THE FOUNDER OF AMAR JEEVAN HOSPITAL, LOYALAM" মসিগা লোয়ননা বসন্তগী থম্মোয়গী অপাম্বা অমসু ইরি "কখোকপা হায়বসি তুঙ্গী মীরোনগীদমক শেম্বীবা খ্বাইদগী ফবা লম্বীনি। কনবীবা হায়বসিনা মাঙনবা হোৎনবদগী গুন চাওবা হেল্লি, কনবীবনা নুংশিনবা, চাওখৎপা, অমসুং শান্তি পুরকপা ঙম্মী। লমন খুন্নবগী মহুত্তা লমন শিংনদুনা মীওইবগী পুন্সি হিংমিন্নসি।"

মসি পারুরগা বসন্তবু চীনগা খুৎকা মান্নবা, থৌনা ফবা নিপা অমনি হায়না লৌনবগা লোয়ননা "পাম্মুইদকো, নুংশিদকো" অসুম্না শোল্ল-শোল্লদুনা কা অদুদগী মপান থোক্নরক্লে। পুন্নমক্না মপান থোকখিদুনা ইচিক চিকহৌবা কা অদুদা বীনাদি বসন্তগী শরু পোলাং অদুবু মমিৎ কুপ্তবমখৈ য়েংলগা– "বসন্ত! নংদি শরু পোলাং ওইনা লৈরে, নঙ্গী থম্মোয়না ঐঙোনদা লৈহৌরে, নহাক্কী থরায়দি ঐঙোন্দা পীরম্লগা নংনা তাইবংপান থাদোক্তুনা চৎখ্রবা, নহাক্কী চীনগা খুৎকা মান্নে, ৱাশক ঙাকই, নহাক্না ঐবু নঙ্গী থরায়দগী হেন্না নুংশিরমদুনা ঐবু কন্নবগীদমক থম্মোয় ফাওবা "নঙ্গী ওইজহৌরোকো" হায়দুনা লেম্না কখোকলমলে ........ ও! ঐবু মঙলা তাইবংলা খঙদ্রে ......" অসি হায়রগা বীনা কপ্না কপ্না মরু লুক্না য়ান্দুনা লৈরিবা কোর্ক্কী শরু অদুদা য়েংজরগা ভক্তি কচ্চরকই।

কল্লকমিহৌ অৱা-অনানা থল্লবা তাইবংপান অসি থাদোক্তুনা লাইওইখ্রবা বসন্তগী শরু পোলাংদু উরুবদা খঙহৌদনা হেমন্তনা পূকচেল চাওরবা মরুপ অদুবু কৌর-কৌরদুনা কপলকই। মতুংদা বসন্তগী মিংখৈবু মপোক মপোক খূদিংদা কাওজররোই হায়বগী মতাগুম থম্মোয় নুংদা নীংজরগা মফম অদুদগী মপান থোকলকলে।

Exhibition hall দগী থোকলক্লগা মী পুন্নমক্না চাওনা খন্দুনা শেম-শারবা ষ্টেজগা কোন্নবা মফম অদোমদা অমুক চংলক্তুনা ফম্নরে। বার্তোন ফংবীবা ফম্নাইরবা অচৌ-অশাং, শরুাইরবা ডাক্তর অমদি পণ্ডিত কয়ানা মাগী মাগী মোত ফোংদোক্তুনা খন্ন-নৈনবগী থৌরম অদু অমুক হৌরকই। খন্ন-নৈনরিবা ৱাফমশিংদি, বসন্তগী ৱাখল্লোন, খুঙ্গংদা হোস্পিটালগী দরকার, অমসুং অসিগুম্বা হোস্পিটালদা থবক তৌরিবা ডাক্তরশিঙ্গী ৱাখল অসিনচিংবগী মরমদা খন্ন-নৈনবা হৌরকই।

মী অয়াম্বা ৱা ঙাংবিখি। ডাক্তর সঞ্জয়, ডাঃ আজাদ, সমসননচিংবনা ঙাংবা ৱাদা মীয়াম্না নুংঙাইনা তান্নখি। ভাবকলক্তগী হেমন্ত অমসুং অহল ওইরবা পণ্ডিত অমা। অমসুং লৈকায়দুগী মরুপ অমনা ঙাংবদা অতাবশিংদা অনৌবা ৱাখল

পোকলকই। পণ্ডিতসিগী শাংলবা ভাষন মরক্তা হোস্পিটালবু শিদ হিদাক্কা প্রমান তৌদুনা মতেক অমত্তং পনবিখি। মানা হায়খি” শিদ হিদাক হায়বসি অশিবগা পাংখক ওইরবা মীবু হিঙ্গৎহনবা ঙম্মী হায়দুনা শিদ-হিদাক কৌবনি। রামায়নগী ৱারীদা লংক্কা লৈবাক্তা লক্ষ্মনবু রাবনগী শক্তিসেন কৌবা তেন্না পান্দুনা অশিবগা পাংখক ওইনা তাদুনা লৈরবদা সুসেন কৌবা মাইবনা হায়বা মতুং ইন্না হনুমান্না শিদ হিদাক হৌই হায়রিবা গ্রন্ধমাদন কৌবা চীং অদু ফুক্কুনা লঙ্কাদা পুরকখি। হনুমানদি তশেংনা শিদ-হিদাক পাম্বী মশক খংদবনা চীংওইনা পুরকপনি হায়নৈ মাইবা অদুনা শিদ হিদাক্কী মনা অদুনা হিদাক ওইনা শীজিন্নদুনা লক্ষ্মন্দা থাখি। লক্ষ্মন তুমলুবদগী হৌগৎলকপগুম্ হৌগৎলক্কুনা অমুক হন্না লান য়াওখিবনি। মতৌ অসিগুম অশিবগা পাংখক ওইরবা জ্ঞান মাংলক্রুবা শোর লেপলুরবা মী ফাওবা ডাক্তর অমসুং হোস্পিটালগী মপান্না অমুক হন্না ফগৎলক্কুনা মথৌ মঙম পাঙবা, লৈবাক্কী সেবা তৌবা কয়া অমা য়াওখ্রে। মরম অসিনা বসন্তনা থুপখ্রবসু শিদ হিদাক্কী মশক ওইরবা হোস্পিটাল অসিবু ঐখোয়না শেমগৎ শাগত্তুনা ইরমদম অসিদা লৈরিবা অশোন অনা কয়াগী মতেং পাংবা, সেবা তৌবতা নত্তনা পৃথিবীগী মফম কয়াদগী লাকপা অশোন অনাশিংগী সেবা তৌদুনা মনিপুরবু সংসারদা মশক তাক্লসি।” মসিগী মখা তাবদা থৌবু ওইরিবা ডাক্তর অমনা লাকপিরিবা খূদিংমকপু থাগৎখি লোয়ননা মথং চহিগী ফাউণ্ডেসন ডেদা অমুক হন্না উন্ননবা ফোংদোকচবগা লোয়ননা ফাউণ্ডেসন ডেগী থৌরম লোইশিনখি।

মী অয়াম্বা হন্নখ্রে। সমসনগী কাংবুসু মীয়ামদগী বীদাই লৌরগা ময়ুম মরৈবাক্কীদমক খোংশানবা হৌরক্লে। মায়কৈ মরিদা ইকোয় কোয়না শারিবা শঙলেনশিং অদুগী ময়ায়দা তুমিন্না কন্না অমত্তবু কৌদনা লেপ্তুনা লৈরিবা বসন্তগী মুর্ত্তিবু উরুবগা সমসনগী কাংবুদো খোঙ থাংদোকপা ঙমদ্রে। হায়রকই– “নুংশিবা মরুপ নংনা লাকউ হায়রম্বদগী ঐখোয় লাক্লিবনিদো অদুবু নহাক্তী ঐখোয়বু করিশু কৌদ্রে, নংদি থম্মোয় য়ান্না কল্লমলে নহাক্কী অকনবা থম্মোয় উৎকে হায়বগীদমক ঐগা মরুপ শান্নরম্বনে .... ফরে নহাক্কা নুংঙৌগী মুর্ত্তি ওনখ্রবসু নহাক্কী মিংচত্তি অমর ওইরগনি, শিবা নাইররোই .... লৈহৌরোকো মরুপ চহি খূদিঙ্গী এপ্রিলগী তাং তরামঙা ঐহাক্কা কাউররোই, শোয়দনা নহাক্কী হোস্পিটালগী ফাউণ্ডেসন ডেগী থৌরম য়াওবা লাক্কেকো। ঙমখিদবা মতাং থোক্রুবসু ঐগী লৈবাক্তা ‘বসন্ত ডে’ হায়না ওবজার্ব তৌগনি। নুমিৎ অসিদা পাংথোক্কদৌরিবা পান্দমদি ‘কখোকপা’ হায়বসিনা ওইগনি। অসি হায়রদুনা বসন্তগী মুর্ত্তিবু ব্যাবহার উৎলম্নগা মখোয় খূদিংমক চৎপা হৌখ্রে। নুংশিরবা মরুপকী মুর্ত্তি অদুনা নোকমি

MA

নোকমি তৌরগা মখোয়বু য়েংদুনা লৈহৌরিবা মতৌদুবু সমসন্না হন্না হন্না য়েংলদুনা চৎখিবনা লোয়ালমগী হোস্পিটাল তামহৌরে।

পোক্নফম লমদম্বু লুনা খঞ্জবা, মরৈবাকপু চাওখৎহঞ্জনিংবা বসন্তগী মুর্তি অদুনা "ঐদি মফম অসিদগী হেল্লরোই, নুংশিরবা ঐগী হোস্পিটাল অসিবু য়েংদুনা অসুম লেঞ্জরগে হায়বগী মতাগুম তুমিন্না লেপ্তুনা লৈহৌরে।

## (১)

***সহরগী*** নিল খোংবনা য়ৌবদা ৱারবা লোয়ালমদা অমর সিংহ অমসুং জীবনলতা অনিসি ইংনা চীক্লা য়ুম পান্দুনা লৈমিন্নে। য়াম্না ইনাক কৈরাক খুনবা নত্রগসু মখোয়গী অৱাৎপা থোইদোকপা লৈতে। মীঙোনদা হায়জরুদে। মীনসু মখোয় য়েংশিল্লকপা লৈতে। মখোয়গী ৱাৎলিবা হায়ববু তাইবং মাওইবগী খ্বাইদগী চাওবা লন্নি হায়নরিবা মচা অদুনি। পুন্সি তংখাই চল্লক্র-ফাও মমিত্তা মচা অমত্তা উরক্তবনা পূক্নীং লৈতানা হিংবা ঙমদে। য়ুম পানবগী অর্থ করিনো, তুংশিল্লিবা লনশিংসিনা কনাগীনো খল্লুবদা নীংবা কায়বা পুন্সি ওইরে। চায়াম পোকপা মমা মপা কয়াদা 'নচা অমত্তা য়োকচগে, লুনা চান্না তৌজগে'' হায়না নিজরুবা মতমদা কনা অমত্তনা য়ারক্তে। "তরা পোকপগীশু তরা অদুম দরকার লৈবোরে, চামা পোকপগীশু চামা অদুম দরকার লৈবোরেকো" খল্লদুনা শিবা ঙাইদুনা হিংলি।

নোংমদি শুমদৌই। মতৈ মনাওগী অৱাবা অদুদা ইশ্বরনা উবিরমাল্লে। পোইনুগী লৌরোক থা মতমনি। অয়াম্বা লোকখ্রে। চীংখোং চীংয়াগী লৌবুক ওইবনিনা কনাগুম্বনা খাওদোক্তুনা থমলিবা খুদাপশিং অদু হুখিগত্রা হায়বগী চিংনজবনা অমরসিং য়ারেকপা লাকলি। নোংথী নোংমঙবা অহিং ওইবনিনা ঙহাক চরু মৈ য়াঙদুনা তিক্তুনা লৈরি। অথেংবা অহিং ওইরক্লে, জীবা অমত্তা চেক মোক লাওখিদ্রে। য়াম্না চীকপা তাঞ্জা অমা ওইরে। মতম অদুদা মাগী লৌবুক অদুদগী ইরাপ লাপ্তনা অঙাং কপ্পগী খোঞ্জেন অমা খঙহৌদনা তারকই।

অমর ইঙক ঙকই খল্লকই "শোরেন কপ্পা হায়বদুরা অদুবু মতম অসুক কুইরবসি অসিগুম্বা থৌদোকসি ইতা তারক্লেদা, শোরেন মফম লৈশু হায়নরক্তে, ফরে অমুক নীংথিনা তাগে" অসি খল্লদুনা অমর তুমিন্না মৈ ফাওবা য়াঙদবমখৈ কপ্পা ঙাইদুনা লৈরে। অমুক হন্না কপলক্লে। অমুক অনিরক্তা নত্তনা তোয়না তোয়না কপশিল্লকপা অমসুং হেন্না হেন্না ৱাশিল্লকপগী খোঙ্হোক্তা কপলকপা অদুনা অমরগী থম্মোয়দা অসুম ফমদুনা লৈথোকপা ঙমলকত্রে। চৎতুনা য়েংনিংলে। "মসিবু কনাগুম্বা মতৈ মনাও লৌশঙবা লাকপদগী অঙাং উন্নবগী থৌদোক থোকপা জাৎলা নত্রগা কনাগুম্বা শাবী শানৌশিংগী পামদবা অঙাং পোকলক্কুনা হুন্দোকপা লাকপা জাৎলা নত্রগা অঙাঙ্গী খোঞ্জেন মানবা শা, উচেক, শজীনচিংবগী নাহে খোঞ্জেল্লা' অসুন্না অমরশিং থম্মোয়নুংদা মওল মওল খল্লকলে। চংদুনা য়েং-লুরগা অমুক চোপতুনা তোক্লগদ্রা হায়বগী ৱাখলসু খন্দবা নত্তে। চঙশিনসি কদায়, হন্দোকসি কদায় অমরসিংদো নুং অনিগী মরক্তা হা ওইরে।

অঙাং অদুদি তোয়না কপলি। অদুবু ঙাইদবা য়াদবদগী অমরশিংসু ঙাইবা য়াবা ঙাইরে। মমা মপানা পোকপা অঙাং ওইরবসু মমাগী অমৃত ইনবদগী কপ্পা তোকপা মতম ওইরে, হুন্দোকলম্বা অঙাং ওইরবসু হুন্দোকপা লাকপা মী অদু চৎখিবা মতম ওইরে, শা, উচেক্না নাহে-তেংথা ওইরবসু অসুক কুইনা নাহেবা হৌনদে হায়বা মতাং-দুফাওবা ঙাইরগা অমরসিং খূদক্তা শাবা চরুগী মৈবুল অমা মৈ চল্লগা অঙাং কপলিবা মায়কৈ তম্না চিংন-চিংননা চংশিনখ্রে।

মানা খল্লি "লাই ওইরবদি অসুম অসুম লাপথোকখিবা য়াই, মমা মপা য়াওবা ওইরবসু মৈ অমা চুখৎলকপা য়াই অদুবু করিগুম্বা খূদম অমত্তা উদে। অঙাং কপ্পগী খোঞ্জেন্দি অসুম অসুম নকশিল্লক্লি। মসি শোয়দনা মীনা হুন্দোকলম্বা ওইবা তারে।" হায়বগা তৌবগা পীক্লিবা অঙাং অমা নুপীগী ইনফী অমনা য়োম্লগা চরু মথক্তা থমনম্বা থেংনরুরে। ফী হায়দোক্লগা য়েংবদা নুংশিত্রবা, পীশক পীকপা নুপা মচা অমা ওইরম্লে। ফীদু অমুক য়োমশিনবিরে অমরনা মখা তানা খল্লকই "অঙাং অসিবু হুন্দোকপা লাকপা মমা মপা অদু অনকপা অসিৱাইদা লৈরম্বসু য়াই মখোয়না ঐবু অঙাং হুরানবগী মরাল শীজিল্লক্কদ্রা নত্রগা অঙাং অসিবু য়োকপা ঙমদবদগী ঐবু য়োকহল্লগা হয়েং চাওরগা ইচা পীরো হায়না অমুক মুনখিগদ্রা, ঐনা অঙাংসি জীবললতাদা পীরুবা মতমদা খোংবাল লুকলাংগী অঙাং করিগী খুল্লকলিবনো হায়না ঐবু তথি তথি চৈরক্কদ্রা" অসুন্না খল্লুবনা অঙাং অদো হেক পমখৎপা ঙমদদুনা লৈরে।

খনবমখৈ খল্লগা অনৌবা ৱাখল অমা লাক্লে। "মসি ঐগী লাইবক্তা তমথ্রবনি, মী খুদিংমক্কী লাইবক্তা অসুম্না পংথোক-থোকপা নত্তে। ইরাইবক লৈরে ইচা ওইনা য়োক্লগে, ইরাইবক লৈত্রে ইচা পীরো হায়না লৌবা লাক্লবসু লাকপগী থবক, ঐগীদি য়োকপীবা হায়বসে ঐগী ৱাখলনি। ঐ অসে চংলে ফরে, শিরে ফরে নুপা মচানি, অঙাং অসি পুদবা য়াদ্রে" মসি খল্লদুনা ইরু মায়থজদ্রিবা অঙাংদুবু চেৎনা মথাদা কোক্লিনবীরগা অমমম্বা লক্তা ময়ুম য়ৌনবা পরপ পরপ লাক্লে।

অমরনা অশম্বা লম্বী থি-থিদুনা ময়ুম থুনা য়ৌনবা পরপ পরপ লাক্লি। করিগুম্বদা লৌরক শমলকই, করিগুম্বদা ঈশিং ঈপাক লাল্লকই, করিগুমদা উরক ফাওরকই, করিগুম্বদা লমহুই থেংনৈ, করিগুম্বদা উথুম কৌবা উচেক্লা খঙহৌদনা পাইথোকখিবদা অমর খংপ্রেক খংঙি, ময়ুম য়ৌরমদাই মতমদা নোং কল্লা চুথরকই। অঙাং অদু চোত্তনবা হোৎনবদা অমর অৱাবা অমা ওইরকই। মনা পূঙবা উখাদা ঙহাক থূপচদুনা নোং হাংবা ঙাইদুনা লৈরে।

অমরগী মতৌ অসিদি "অদুঙৈ দ্বাপুর যুগতা বসুদেবনা পোকপদা ঙায়রিবা কৃষ্ণবু কংসগী মখুত্তগী নাম্থোক্লবগীদমক মথুরাদগী গোকুলদা থৈখিবগী খোংচতু নীংশিংলকই। (গোকুলদা নন্দা যশোদা অনিনা কৃষ্ণবু চাওনবসু য়োকখি) নোংসু হাংখ্রে। অমর ময়ুম য়ৌরক্লে। শোর থবেৎ থবেৎ হোল্লদুনা মাঙ্গোল কাখৎলকই। থোং দংদং থীল্লগা "জীবন, জীবনলতা" হায়না তপলপ তপলপ কৌদুনা হৌদোকই। জীবনলতানা ইমুংদগী "কনানো?"

– "ঐনিনহে থোং হাংদোকউসে।"

– "করি তৌরবগে অশুক থুনা হোবে হোবে অমুক হল্লকলিবসিবো, ফৌ-কা হুখ্রবা হায়মি?"

নুংশা থীনা হংবগা লোয়ননা জীবন্না থোং হাংদোকই।

অমরনা– "মৈ অমা পুথোকলকউ, লেমটর্নদু ওইরবসু য়ানি।"

জীবন্না "করিনোনে তৌরিসিবো মহৌশাগা ইমান মান্নদেদা লাইতিনকা ওক্লরবজাৎলা, মতোমতা শোল্লি। মৈ পুথোকলকই। অমরনা মৈ অদু কাল্লগা ইমুংদা চংলকই অদুগা হায়রকই

– "ৱা ৱা লাওগনু, য়েংঙুনে সে অঙাংনিনে, নুংশিদ্র য়েংঙু।"

– "হৈমা! ওম্থোক্লা নুংশিরেদা, কদায়দগী অঙাংনো, কনাই মচানো হায়মি?"

MA

— "কনাগী মচানো খঙদে ঐখোয়' লৌবুক্কী মনাক্তা কপলকই হায়দুনা চংদুনা য়েংলুবদা অঙাং অসিদং লৈরমবদগী ঐনা হেক্তা পুরকপনি।"

— "এ। কনাই মচানো খঙদবা, মমা মপা মশক খঙদবা, লৌবুক্তা তারম্বা অঙাংবু নংনা হেক্তা পুরকপা, জাৎ-বিজাৎ মশক খঙদবা, করমবা লায়না তিন্না পকপা মমা মপাগী মচানো হায়বসু খঙদনা হেক্তা পুরকপসিবু .....।"

"অদুবু কমদৌসি হায়বগে অমুক থম্মুখিদ্রা অসিবো, ঐদি পুম্নমক ওইনিংবা ওইজসনু ইচা লৈতবা ঐঙোন্দা ঈশ্বরনা পীবিরবনি হেক্তা য়োক্লগে খন্না পুরক্লবনি .... ওম্থোক্লা বানা পুরক্লিবনি, ঐশু য়াম্না ঈংলে অঙাং অসি নিংথমলমগনি ফী অমা শিনবিয়ু" হায়রগা জীবনলতাদা পীশিল্লি। জীবন্না অরুম্বা ফী অমা শিন্দোকপীরে অদুগা ফক্তা হিপহন্দুনা থল্লগা মৈ হৌগৎতুনা ঈশিং লুম্বা হৌরক্লে। সোল্লকই "কনাগী মচা ওইরিগবা ঐখোয়বু লঙনরিব্রা,'সিবু ইচা শাদুনা য়োকলুরগা চাওরক শাংলক্তুনা নুংশিরক্লবা মতমদা মমা মপা চোংথোরক্তুনা অঙাং অসিবু ইথাদগী মুন্দুনা পুখ্রগা মদুগী শেৎন-খাইনবগী অব্বা' মৈরক্তা অমুক তাগদ্রা।" অমরসু ফী হোংদোক হোংদোক্লা "য়েংঙোই অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু ঐখোয়গী লাইবক্তা তমখ্রবনি, অঙাং অসে নুপানি, মমল য়ামখ্রবা জাৎনি ঐখোয়গীদমক ঈশ্বর লৈরমগনিনা কিরুবনু হেক্তা য়োক্লসি লৈকাইগী মীনা হংলগা "ঐখোয়' মরী মতা অমগী মচানি অঙাং অসি পোকলম্লগা মমাদো শিখ্রে হেক্তা খুম্লসি" হায়রকই। মদুদা জীবনলতাসু "উম হোয়দহৈ অদু মঙায়রে" হায়রগা অঙাং অদু ঈশিং লুম্বু শাবনা ইরুজথোকপিরে; লুম্বু শাবা ঈশিংদা খোইহী খরা খরা য়ান্দুনা পিথকপা হৌরক্লে। অমরনা মখুত্তা লেমটর্ন অমা পায়রগা শুমাং থেলোংদা কোইচৎ চত্তুনা লৈরি।

অসুম য়োকলকপনা অঙাং অদু পুংকক চাওরক্লে। মমিং বসন্ত হায়না থোনবীরে। য়োকচবা, য়োকচবী অনিগী হরাওজবগী ঙমখৈ লৈত্রে। লুনা তৌমন্দুনা কেথোক-মৌথোকখিদুনা হায়ন-তান্ন ইন্দবা অঙাং ওইরক্কদ্রা হায়না চিংনরক্লে। অদুবু মমা মপাগী বাখলগা ওন্না তৈনরকই। ইং তপ্পী, জ্ঞান লৈ, পাখোন য়াই। মশক্কা ফজবনে, জ্ঞানগা লৈবনে, লৈকাইগী লৈশাবী পাখংশিং অমদি অহল লমন্না য়াম্না লুনা তৌই। করি অমুক হায়গনি। লৈশাবীমচা অমদি বসন্তবু নুংশিজবনা ময়ুমদা হল্লু য়াদ্রে বসন্তবু লৌবীদুনা হেক পোকমিন্নবা মচীন মৌপ্পাগুম লৈরে। ইমুং মনুংগী থবক কয়া শুবি নোম্বীদুনা অহল অনিদুগী মতেং হেক হেক পাং-বীরে। মচা নিঙোল য়াওদে হায়বগী অব্বাবা লৈত্রে। মসি খুদিংমক অঙাং (বসন্ত)

য়োকলুবদগী নুংঙাইজরিবনি হায়না খঞ্জে।

বসন্তবু মবুধি ফৈ লাইরিক হৈ হায়দুনা লমদম অদুগী প্রাইমারী স্কুলগী ওঝাশিংনা থাগৎলি। অঙাং অসি মাংহনগুমসি নীংথিনা লাইরিক লাইশু তমহল্লবদি অফবা মী অমা ওইরক্কনি, নত্তদুনা খুন্নাই অসিগী হৈনবীদা তিনখ্রবদি ইশ্বরনা পীবিরকপা জ্ঞান শিজিন্নফম খঙদনা কাংখথাং ওইনা মাংদুনা লৈগনি হায়না ওঝাশিং অদুনা মমা মপাদা হেক হেক হায়জে।

ওঝাশিংগী পাওতাক কোক্তা হাপ্লগা মমা মপানা বসন্তবু ইস্কুলদা থমদুনা লাইরিক তমহল্লি। মথং মথং তমলকপনা বিঃএঃ গী ছাত্র অমা ওইরক্লে। লাইরিক ফবতা নত্তনা অতৈ হীরমদসু চংখোনবা মী অমা ওইরকপনা কোল্লেজগী ভোট খুদিংদা মাবু হেক্তা মীয়াম্না থাগৎলি। কন্টেষ্ট অমুক্তা তৌনখিদে। মাগী মশক্তু হেক উবদা পংনুংদা নুংশিবা, মতম লৈবখিবিক্তা নোকমি নোকমিদা তৌবা, নোঞ্জবগী ৱাহৈনা মাং থাবা ৱাঙাং, অরানবা ৱাহৈ অমত্তং মচীন্দা পনখিবদা চরা হেল্লগা দগুি পীজবা ঙম্বা, অদুম্বা মীতানি। কুচু ঙৌবা ৱাং চাওবা ফীভম মুর্ত্তিদু মীওইবা খুদিং-মকনা কল্লরুফমগী মশক্লি। কনা অমত্তবু মানা চিরোন তৌরুদে, নুপীঙা অমত্তবু নত্তবা মিৎয়েংনা য়েংলুদে অদুনা চান্নবা মরুপ মপাং ওইরকপা নত্তনা য়েংথিনবা কনাসু লৈতে।

মাগা হেক ৱাটর অমত্তদা লৈমিন্নবা, ক্লাস মান্নবা নাগালেণ্ডদগী সমসন কৌবা অমগা য়াম্না লোন্দিন্নৈ। মীরৈবাক্তগী লাক্তুনা লাইরিক তমমিন্নবশিংগী মনুংদা সমসন য়াম্না ফবা ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুংগী মচানি। সমসন অমসুং বসন্ত ঙহাক্তা থাদোক্লদে। অমগী থম্মোয় অমনা খংনবনা য়াম্না নুংশিনৈ। সমসন্না হায়— "হয়েং ঐখোয়না লাইরিক তম্বা লোইদুনা কায়নখ্রবসু চিঠি য়াম্না তোয়না থান্নসি, পুন্সিগী কাওনগুমসি, অশেংবা মরুপ ওইদুনা অমগা অমগা তেংবাংনসি" অসুম্না। বসন্তনা অমুক "সমসন ঐনা নংবু থাদোক্লিংদবগী হায়রুরবদি ঐখোয় অনি অরোইবা পরীক্ষা অসি থাররোইসি" মদুদা সমসন্না "হোয়নে মদুনা ফগদৌবা মাল্লে, মদুম তৌরসিরা?" অসি হায়রগা মখোয় অনিমক ৱা ৱা নোকমিন্নৈ। মতৌ অসুম্না চীং-তম অনিগী মরক্তা নুংশি চান্নবগী লংলানা থম্মোয় অনি অমত্তা ওইনা পুল্লে।

বসন্ত সমসন অনিমক বিঃএঃ গী অরোইবা পরীক্ষা পাস তৌখ্রে। নুংশি নুশি কায়নরে। বসন্ত লাইরিক মখা তমনিংলবসু মপা মতোমতনা থবক শুরগা মহাক্লা লাইরিক তমদুনা লৈবা পামদবদগী থবক অমা থিরগা মপাগী মতেং পাংলগে

খল্লক্লে। মহাক্না থিজ হুমজদুনা মেল হেলঠ ৱার্কর (মেল নর্স) কী ট্রেনিং তৌবা হৌরক্লে। মসি মহাক্না লাংয়েংলোনবু খরা পামজবদগীনি।

লাইবক ফৈ হায়বা য়াই। বসন্ত ট্রেনিং পাস হেক তৌরকপগা লোয়ননা মাগী খুঙ্গংদগী ইরাপ লাপ্তনা লৈবা সরকারগী প্রাইমারী হেলঠ সব সেন্টর অমদা হেলঠ ৱার্করগী থবক অদু ফংজরে। মফম অদুদা থবক তৌরিবা কর্ম্মচারী অয়াম্বদি ইম্ফালদগীনি। ইম্ফালদগী লাকপা ডাঃ সঞ্জয় মতীক চাবা ডাক্তরনি মহাক্না বসন্তবু য়াম্না লুনা তৌই। বসন্তগী হৈ-শিংবা, তন্দবা, থৱায় য়াওবা অদুদা "ডাক্তরদি নংনবু হেন্না মাল্লে, ডাক্তর তমগে তম্মো; ঐগী ইতেং পাংনবা" হায়না ফাগী তৌরকই। মসি তাবদা ময়াম অদুনা ৱা ৱা নোক্নুনা নুংঙাইনা লৈমিন্নে। ইম্ফালদগী লাকপী ফেমেল হেলঠ ৱার্কর (ফেমল নর্স)ওইরিবী বীনাদি মশক মতৌ ফজবীনি। নুপী অমা ওইবগী অৱাৎপা অমত্তা য়াওদে। মাগী শক্তম মুর্ত্তিবু হেক উরুবা নুমিত্তগী বসন্তগী থম্মোয়দা অপাম নুংশিগী চৈনাখোল অমা ফাওরকখি। মতম অসুক কুইনা হিংলকপসি বসন্তনা নুপীনিদবু হায়রবদি মনাক নাকলক্তে, লাপতক থৈদোক্তুনা লৈখিবনি। অদুবু বীনাবু উরুবা নুমিত্তগীদি লাপথোকপদি লায়রদনা বীনাগী নাক্তদা লৈনিংঙি। ওফিসকী ছুটি লৈহন্নিংদে। মসি খুদিংমক অতৈনা নত্তে, বীনাদি নুংশি মায়দা তাই, মিৎনা নোকই, য়াতা ফজৈ, য়াম্নসু নোকল্লি অশেং অশেংবা ৱা মতুম মতুম ঙাঙ্গল্লি। মসিগী মথক্তা খোইদোক হেন্দোক্না বসন্তবু মিহৌজবা অমসুং লুনা খনবা মানবা খুদম অমা হেক হেক উৎলকপা অদুনি।

(২)

বসন্তনা সেন্টর অদুদা চংলকপা নিনি শুবা নুমিৎনি। জোইনিংরিপোর্ট ঙরাং পিদুনা থবক শুবা হৌখ্রবনি। লৈরমলিবা মীয়াম অদুবু ইকোই কোইবগুম তৌদুনা কন্না অমত্তবু কৌদে। লৈরমলিবা মীনসু মাবু নুংশিজবা লৈরগসু মাবু হেক কৌবা হঙ্গোইবা মতাংনি, মমিৎনফাও কন্না য়েংবিরক্তে। ময়ামদুগী মনুংদা য়াম্না চেকশিন্না বসন্তবু চাগদৌবগুম য়েং-লকখিবদি বীনানি। মদুদা বসন্তনা মিৎচানবা কিজদুনা

(বীনাগী শুন্না হেনখিবনা) মায় লৈথোক্লুনা খাংঙি। থম্মোয়নুংদদি খল্লি "অস। নুপী অসিদি ওম্ভোক্লা ফজখ্রেদা। মহাকশু ডাক্তর ওইরম্বা য়াই ডাক্তরদি মশক ফজগল্লি। লৈশাবী ওইরিদ্রা নত্রগা মৌ ওইরিদ্রা, ঐনা করি কৌগদবনো, মমিংনা করি কৌরমগনি, মমিংদু নত্রগা ইবেম্মা হায়না কৌরুরো ইতৈমাশিং হেক ওইরমদনা ঐবু হন্না তুনা য়েংদবা লৱায়মচা তাদুনা চোপ্তুনা তোক্কদ্রা। হোয়দা নোংমা নত্রগা নোংমদি শোয়দনা খংনরকখিনিদা" অসুন্না খল্লগা শুফম চাফম খঙদদুনা কাতু কারন চৎতুনা লৈরি। করিগুম্বদা লাইরিক অমা ফাক্লুনা পাই, করি গুম্বদা খুৎশু খুৎলাইশিং চেক তৌদুনা য়েংঙি। মরক মরক্তা বীনাগসু হেক হেক মিৎচানরুই। মতুংদা হিদাক লাংথক থম্বা কা অমদা চংলগা উপু হাংদোক্লুনা পোৎ অমা থিদুনা লৈরি, মতম অদুদা বীনাসু নাশোন পীক্লা চংলক্লগা তপলপ্লা খোঞ্জেন্দা ঃ

– "হো করি মিং কৌবগে ?"

বসন্ত খংপ্রেক খংঙি। মানা খংবদু উবদা বীনা থীক থীক নোকথোকলকই। মীতোপ অমদা অৱাবা পীরুরে মতাগুম ইকায়দুনা মায়থোং খজিক্তং লৈথোকখি। বসন্তসু য়াম্না কিগনবা মানবদুদা ইকাইরক্লুনা নোকলকই। বসন্তনা হেক য়েং-থোকলকপদা শিং নান্না ফজরবা মায়থোংদুগা কোন্নবা তঙাংলবা চীনবানগী মরুমদা অঙৌবা কণ্ডো পরেংবু ঙমজরবা বীনাগী য়া পরেং উত্তুনা নোকলম্বা বসন্তনা উরুরে। ঙৌরবা মায়থোংদা হুমাং মরীক মরীক কাদুনা য়াম্না নক্লা লেপ্লগা 'করি মিং কৌবগে' হায়না ইকাইনা হংলকপদু উরুবদা বসন্ত হরাওজবনা খোঙদগী তোন ফাওবা তু চুংবা পোকই। বসন্তনা–

– "ঐগী মিং ওইরব্রা?"

– "হোই ......।"

– "বসন্ত কৌরে।"

– "ও ... য়াম্না ফজেয়ে।"

– "সোমগীনা .... করি কৌবীবগে?"

– "ঐগীদি ... বীনা ....।"

– "অস! য়াম্না ফজেবো; শক্তা মিংগা য়াম্না চুনৈয়ে, অদুগা মিং অনিসিদি ওম্ভোক্লা চুন্নখ্রেদা পুক্লিগী তৎনগদবা মান্দে, খন্দনা য়েংবীয়ু "বসন্ত বীনা।"

– "অদুবুদি ষ্টাফ ওইনা থবক তৌমিন্নগদৌরিবসিদি।"

– "আ ... আ .... হোয়নহে।"

– "য়ুমদি কদায়দনো শ্বাইদা লৈবিব্রা?"

– "অহোই শ্বাইদা লৈজবনি ...

– (নোক্লগা) "অদোম লাইবক য়াম্না ফৈয়ে ওফিস নকপসি য়াম্না নুং-ঙাইজরমগনি।"

– "অহোয় নকপা; খুদোংচাবগী লাইবক ফবতা নত্তনা অদোমগা শকখঙ মায়খঙনজবা অসিসু ঐগী ইফমদদি খ্বাইদগী লাইবক ফবা অমনি।"

বসন্তগী ৱাতা অদুদা বীনাদো নোকফেৎ তৌরম্লগা মপান থোকখ্রে। মতমম্না অসুম হৌখিদুনা নুমিৎতুগী ওফিস ঔৱার লোইখ্রে।

* * * * *

মতমনা অসুম হৌখিবগা লোয়ননা বসন্তনা বীনাবু ইম্ফালদগী লাকপা ফেমেল নর্স লৈশীবীনি হায়না খংলক্লে। নোংমগী মনুংদা মিকুপ অনি, অহুমদাং ওইরবসু লৈমিন্নে, ৱারী শান্নে, থবক শুমিন্নে। ৱারী লক্তা, করি করিগুম্বদা অসিগুম্বসু য়াওরকই

– "ঐদিনে বীনা নহাকসে অহানবদা ডাক্তর ওইরবোই নিংলুরে।

– "হৈমা ওছোক্লা ইকাইজরেদা ...।"

– "অশেংবনে নশকশু হায়নিংঙাই লৈতনা ফজরে, চাওদম শাংদম ঙৌরোক হেক ঙৌরদনা।"

– "শক ফজরগবু ডাক্তর হেক্তা ওইব্রনে হায়রিসিবো?"

– "ডাক্তর অয়াম্বা মশক ফজৈদা, শক ফজবা মীদি ইশ্বরগী গুন চেনবনে, মানা তৌথোকলকপা খুদিংদা ইফদা ফবনে।"

– "মপান্তোংদা ফজবা ঙাক্তনা থম্মোয় শেংলমগনি হায়বসু থাজবীগনু মপান্থোং ফজদ্রগা গুন য়াম্না চেনবসু লৈবনি, মীনা হায়নৈ চম্প্রা মশক থীরবসু

মগুন লৈবা হৈনি।”

– “হোয়দা অদুবুদি মপাম্বোংদা কক কক লাওবা তিংখংনা য়োম্বা থৈবোংগী মনুংদা থুমল হাওরবা অমৃত মতুম মতুম য়াওইকো।

হোয় তৌববুদি ডাক্তর মশক ফজববুদি নর্স মশক ফজবনা হেন্না ফৈদা। ফেমেল নর্স হায়বদুদি অনাবা সেবা তৌগদৌরিবনি, ফজবা নর্সনা সেবা তৌবদি থুনা ফগল্লি, অনাবা মীগী ৱাখল নুংঙাইজে, অদোম্না নর্স ওইরম্বসিদি লাইনা তমলকপনি। নর্সনা হেন্না চুন্নেদা”

– “নং অসে ইথা থাজদনা য়াম্না ঙকই, অওন অওন চাবা হৈয়ে।”

– “অশেংব্রনে বীনা নংবু নশক থী কনানা হায়গদোইনো রাশিগুন য়াম্না লৈ। ৱাঙাং শাঙাংসু য়াম্না নুংশি, মীনা তানিংবা পোকই, ইং-তপ্পী, নশা নাল্লি, লাইরিক হৈ, অচৌ অশাংনা হায়বা ইল্লি। নহাকপু নর্স অমা ওইনা মফম অসিদা সরকারনা থারকপদি লোয়ালম মরায়বক ফবনিকো।”

– “নংনা হায়রিবা খুদিংমক লোইনা ওন্ন-তৈনৈ শক ফজে খঞ্জরবদি ঐদি মপান থোকপা ঙমজরোই নংনা অদুম হায়রবদি হয়েংমখৈ লাক্লরোই; থবক তৎলবসু তচ্চসনু ঐদি য়াম্না ইকাইজে।”

– “ফজদেদা ঐনা হায়বা লাল্লে, য়েংবা হৈতদনা তৌবনি শক ফজরগবু হৌজিক ফাওবা লৈশাখিদ্রো।”

– “নংনদি ঐবু লংনরি নংদি কমদৌই খঙব্রা, অহানবা লাকপদা ডাক্তর ওইরবোই নীংঙুরে অদুগদি হেলঠ ৱার্কর ওইরম্মী (মখোয় অনি নোকমিন্নে) অহানবদা য়াম্না লেন্না উরম্মী, হৌজিক্তী নশককাদু কক কক লাওরক্লে।”

– “অদুদি নংনা চম্প্রা মশক থীবদো ওইরো অদুগা ঐনা মপাম্বোংদা কক কক লাওবা তিংখংনা য়োম্বা মনুংদনা অমৃতনা থল্লবা থৈবোংদো ওইরগে, অদু ওইরদি মান্নরেদনা।”

বীনা, নোকমি নোকমি তৌনা মিৎনা বসন্তদা ফল্লপ য়েংলগা হায়রকই–

– “কুইর কুইরগা ফরক্কব্রা হায়রগা 'তুমিন হৌদোং' ওইদৌরিমাল্লে।”

– “হৌদোংমক ওইরবসু মদুগী হৌদোং অদুদি মগুন লৈবা হৌদোংনি ঐবু মাগুম ওইবা ঙমগদ্রনে?” অসুন্না ৱারী শারিঙৈদা পেস্যেন্ট নুপী অঙাং খরা লাকপদগী ৱারী লেপ্লে। মাগী মাগী থবক্তা পূক্নীং অমুক চংনখ্রে।

* * * * *

মতম খরা হৌখ্রে। বসন্তগা বীনাগা থবক ঙহাক কোম্বদগী পোথাদুনা লৈবা মতমনি। মতম অদুদা বসন্তনা বীনাদা

– "হোটৈল ফাও চৎলগা চা থকলুসিরা?"

– "হুম, ঐ চা থকনিংদেদা ঙসিদি, করিগুম্বা অমত্তা থক্লীং-চানিংদে অদুই শরুকপুদি খোংনাং বদ মখোং অসিদা ঙহাক্তং পোথাসি।"

– অসুম্না মখোয় অনিমক, খোংনাখোংদা রুমান অমমম থারগা ফমখ্রে। বীনানা বসন্তদা "ঐনা করি কৌগদনো খংদে মিংগৌসিবু।"

– "হৈমা, ঐঙোন্দবুরা হায়রিসিবো, করিবু কৌগনি হায়বগে লেঙ্গাবো, মিং হেক্তা কৌরগা লোইরেনা।

– "নুংঙাইতেদা মিং হেক কৌবসু, চহি মফম খঙদনা নমহাইদা পংকৌ কৌবসে তৌহৈদে হায়নৈয়ে।"

– "হৌজিক্কী মতমদদি চহি থিনদ্রবনে, ... পাখং লৈশাবীগী মিঙ্গৌদিনে 'হাই' হায়রগা অদুম খঙনরবনে।"

– "মদু ঐদি হৈনদে করিনো খংদে ঐদি আজকালসে ইহৈ হৈনদে। চহিসে অদোম্না খরদি লৈরমগদবা মাল্লি তা' বসন্ত হেক্তা কৌগেদা।"

– "হুম কৌবীনু, তা' বসন্ত হায়বদো কোইমল্লি ফজদে, তা'চাওবা, তা'মনি তা'কালা কৌবদি পকসু পকচৈ থুবসু থুই নত্রদনা হো তা'আরমষ্ট্রোং, হোতা'রবিন্দ্রজেন, হো তা'বসন্তকুমার হায়বদো মতম চংঙি কান্নদে অদুই শরুকপুদি বসন্ত নত্রগা বীনা হায়না হেক্তা কৌনসে। ঐদি য়াইকো।"

– "হোয়দা ইশা ইশানা য়ান্নরগা লোইব্রেদা, অদো ঐনা ৱা অমত্তা হংজগে তৌবনি।"

– "তাকপীয়ু।"

– "আ ... বসন্তখোয়গী হিংগোনদনে হৈ-রানচিংবা চান্ন থরুবা হৌলাকত্রো?"

– "হৈমা অদুবু ৱাহং অমা ওইনা ওম্থোক্না ৱানা হংবীখ্রেদকো, বসন্ত নখোয় হিঙ্গোলদা হৈ-রা পাল্লবদি খরা পুরকউ হায়রগা লোইরপোত্তুবু।"

– "হৌবু হৌজব্রনে?"

– "হো চীংয়া তময়া ওইবনিনা পংহৌদা হৌৱে, হৌবদসু নত্তে পানসু পাল্লিবনে।"

— (বীনা নোক্লগা) "ও! অদু ওইরবদি খরা খরা পুরকউবা। ঐদি হৈসে অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা য়াম্না পামজরকএ।"

— "কমলা, চম্প্রা, নোবাব, হৈরিং, হৈখা হৈথুম, হৈনৌ হৈনীং হৈগ্রু হৈজাং, অঙ্গুর চোরফোন্নচিংবা মরাঙ কায়না হৌরিপোৎনি।"

— "অস, নুংঙাজিরিনিদা, নোমত্তং চৎলগা ফমদুনা চারবা তাইয়ে অদুগা চুদি হৌদ্রা?"

— "করিনোনে হায়বীরিবসিবো চুগীদি মকোন্নিনে লোয়ালমসিদি, য়েং-বীয়ুনে লোইরোই হাইথরকপা চীংমায়দা নাপু মচু হাইরপ চংনা শাংনা উরিবা মফমশিংসে চু পাম্বী ভাক্তনিনে।"

— "ও! চুদুনা অমুক্কা হেন্না চানিংখ্রে।"

— "চারুলাও-ও, থকলো লাও-ও, পূক পেন্নবা চাবীয়ো চুখোংদুদা পুল্লগবু থমজগে কনা অমত্তনা করিশু হায়রোইয়ে।"

— "ঐবু ষন্দৌনা পুনগদৌরিবা ... ?"

— "ষনগী ঝা নত্তেয়ে নুংশিজবনা হায়জবনে, পুম্সিচুপ্পা চাবীয়ু, মপোকসিমগী শাওজরোই হায়জবনে।"

— "হোয়নে হোয়নে, হয়েংদি খরা পুরকউকো।"

— "পুরক্কেদা নহাক্কবু চানিংঙি হায়রবদি নুতিগী খাওজাও অমমম পুরক্কে অদুগনে নারেকা হায়দনা ছুটি কাদি নিরক্কনুকো ঐদি থরায় য়াম্না ঝাগনবা মীনিকো।"

* * * * *

থাবুম খরা হৌখ্রে। নোংমা ওফিস কাবকপদা বসন্তনা চু মপুল অমা সাইকল মনীংদা হাপ, চাওরবা নোবাব মরি মঙা খাওদা য়াল্লগা বীনা পীজনবনি হায়দুনা ময়ুমদগী হেলঠ সেন্টর অদু ফাওবা ইন্দুনা পুরক্তি। বীনা খক্তসু নত্তনা অতৈ কর্ম্মচারীশিং অদুসু পীজনিং-বদগী অদুক য়াম্বা অচাপোৎশিংদু পুরকপনি। বসন্তনা হুমাং তৈথোক তৈথোক্লা অথাপ্পদা লাকপদু উবদা চানিংবগা বসন্তগী মতেং পাংনিংবগ পূনখিদুনা ইকাই হঙোয় হুন্দোক্তুনা বসন্ত তম্না চেন্সিল্লকই। লুনা তিন্নবা, নুংশি

চান্নবনা মরম ওইদুনা অমনা অমবু মশক খঙনরকই অমসুং নাপিরেংদগী হৌনা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌনরকই। বীনাগী শমলাংনা জ্বাই জ্বাই তারি, শারিগী ফীজি ফীদোল নুংশিৎনা হুমদোকপা লাক্লরি। মপূং মরৈ ফারবী লৈশীবী অমা ওইরকপগী হৌনবা বীনাগী ফীভম মুর্ত্তিদা ফজবা খিবিক্লা নিল্লি। তনোয় তনোয় তোঙ্গানবী ওইরবসু চেনবদা মঙম ইশান শাঞ্জদে। শোর ফুয়না হোন্দুনা, নোকফেৎ তৌনা চেপ্সিঞ্জরকপা মতৌদু উবদা বসন্তনা 'মঙলা' হায়না খঙ্খি। বীনানা হায়রকই–

– "ঐগী চুরো পুবিরক্লিবদুবো?"

– "নঙ্গী নত্তদি কনাগী ওইগদগে।"

– "বসন্ত নংসে য়াম্না ফৈকো, পুন্সিসিমগী ঐনা নহাকপু কাওজরোই," অসি হায়রগা বীনানা চু মতেক অমা থেক্লগা চাবা হৌরকই অদুগা

– "শ্বাইদা ঙাহাত্তং ফম্লগা চাখিসিরা মতমসু ঙল্লি।"

– "য়াবজাৎনি অদুবু ফজদেদা মীনা উখ্রগা .... অদুই শরুকপুদি নোংমা ছুটি অমদা ঐখোয়দা লাকউকো, চাকশু চাসি, হৈ-রাসু হেকপীগনি, এঞ্জাং নাপীকা নঙ্গী গাড়ী মচাদো মপোৎ ফানা পুজখো।"

– "হোয় হোয় শোয়দনা লাক্কেকো।"

(৩)

নোংমগী অয়ুক্কী। নোংজুথাগী মতম ওইবনা লোয়ালমগী লম্বী কোম্নাং খুদিংমক লৈখোম থোকই। বসন্তখোয়গী য়ুমগী থোঙ্গাল অদুসু লৈখোম্না পীৎ পীৎ লাওরি অদুম্নদি ওইরগা নুমিৎ অদুমক্তী নোং হাংদোকখিবা তাঞ্জা ওইবনা আতিয়া অসি তরু তরু উই। ঙাঞ্জ্রনবা কোরৌগী মশেক মঙালনা মফম খূদিংদা য়ৈরকলি। অসিগুম্বা মঙাল লক্তা পুল্লে কুচ্ছুদা লময়ৌবী (ঙাংদা ঙৌদানবী), রাশী গুন চঙখোনবী, তোঙ্গানবী নৈশাবী অমা ফীজেৎ লৈতেং নীংথিনা শেং, খুৎ ওইদা ফী ময়োম অমা কোল্লগা লম্বীদু কাউখ্রে মতাগুম ঙকচানদুনা বসন্তখোয়গী থোঙ্গান্দা লেপ্তনা লৈররে।

বসন্তসু মপাগী য়াথং কোক্তা থোং, লৌবুক্তা চৎকদবগী শাজোল লোইরদুনা

থোংজীল কাম্বোকলকই। মাগী মিৎয়েং অমদা শুমহৎনবগী শক্তম পুরিবী লৈশাবীদু হেক উরুরে। খল্লকই– "কনানো! ইমানা পোকপদগী অমুক্তা উখিদ্রিবী ফজবী লৈশাবী অসিবো?" অরেপ্পা লৈতনা চিংন-চিংননা বসন্তসু চংশিল্লি, অসুম অসুম নকসিল্লক্লগা অমনা অমবু শক খঙনরক্লে। কৌরকই–

– "বীনা!"

– "বসন্ত!"

– "চংলকউ লাউ-ও 'সি ঐখোয়গী য়ুমনে।"

বসন্তগী ৱাদু তাবদা হঙ্গোয়বা নোক্লবা হায়বদু করি অমত্তা য়াওদনা ফীজি কৌতক তাখৎলগা বীনানা হরাও হরাও বসন্তগী য়ুমদা চংলকই। ফীভমদু উবদা বসন্তগী থম্মোয়দা বীনাবু নুংশিবগী চাং হেঙ্গৎলকই। অমুক্তা ঐগী য়ুমদা লাক্লবদি নুংঙাইনিদা খল্লম্বা অদুগুম্বা নুপী অদুনা খঙহৌদনা মখোং' থোংনা লাক্লবদা বসন্ত' নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈতরে। বসন্তনা–

"বীনা নহাক ঐগী য়ুমলৈ-কৈরৈসে নোক্লনুকো, য়াম্না মোৎপনি।"

"উম মোচ্চসনু অসিগুম্বা মফমসে ঐগীশু ওইরগে খন্না লাক্লবনি, ঐহাক য়ুমদা হল্লরোই নখোয়দা অসুম লৈরদোইনে।"

বসন্তনা খল্লকই "মীওইবা হায়বসে নীংবু নীংলবদি হেক্তা থুংবোরেকো, অসিগুম্বা তাঞ্জাসে অমুক মাংহল্লরোই, মাবু ফাদুনা থম্লগে, ঙসিদগী বীনাসে ঐগী ওইরগে।"

বীনা মাঙ্গোল কাখৎলকই, লৈরমলিবা অহল-লমন, নুপী অঙাংশিংনা মাবু উবদা ইঙক ঙকই, শোন্নরকই "ফজৈদকো!" অহল অমনা 'ইবেম্মবু কয়ায়দগীনো, মিংনা করি কৌবগে, করি থবক্কী লাকপনো" হংলকই।

"ঐহাক সহরদগীনি, ইমিংনা বীনা কৌজে, বসন্তগী য়ুম অসিদা পুন্সিগী লৈরগে খন্না লাক্লবনি, য়েংবিয়ু সে ঐগী ফী রোল পুন্নমক পুদুনা লাকচরবনি।"

ভাব তাবা অহল-লমনশিংনা থবাক য়ৈরগা "হরে হরে, অঙকপনিদা যুগ অসে, থায়নগী মতমদদি নুপা ওইবশিংনা অপামবা নুপীগী য়ুমদা নম্বো থানরম্মী অদুবু হৌজিক্কী মতম অসিদদি নুপীনা নুপাগী য়ুমদা নম্বো থাবা চৎনরবা!"

পোত্থাবা তৌদে বীনাদো, মফী মরোল হোংদোকই, ফী কৌতক শেৎলি। কোকশেৎ অমসু শাজিল্লি, থবক য়াম্না ফবী নুপী অমগী শক্লোন লৌরগা ইমুং-

মনুং, য়েনখা- লুখা শিত্তোক-নাম্থোকপা হৌরকই। মাগী নৌরবা মায়থোং, ঙৌরবা তবোপ তবোপ্পা পাম্বোম লৈখোম্লা ইতৈ-তৈবা উরগা বসন্ত য়াম্না হরাওজে মাবু লংন-লংননা থবক শুমিন্নরকপনা য়াচংবা মতম ওইরক্লে। নুংশিনবগী চাং অসুম হেঙ্গৎলক্তুনা থম্মোয় অনি য়াম্না নকসীন্নরক্লে। ফমুং- ফানুং শেমজিন শাজিনবা হৌরক্লে।

মতম অসুম হৌখিবনা অথেংবা অহিং ওইরক্লে, মী পূন্নমক তুমখুন তান্নখ্রে, মীচিক মীরাওখোল তারকত্রে। বসন্ত ফমুং চংদুনা হীপথখ্রে, অনৌবা ফমুংদা অনৌবা আশাগা লোয়ননা হীপথখিবগা লোয়ননা বীনাবু চংলকপা ঙাইদুনা লৈরে।

কাংখল খজিক্তং হাইগৎলগা বীনানা বসন্তবু মোমোন মীনোক্না কোন্ননা নুংশিনা য়েংলকই। মাগী শক্তমদু উরগা বসন্ত অৱা-অনা পূন্নমক কাউখ্রে। চুংফীরাল চানা ফজবা বীনাগী মুর্তি মথং মথং উরুবদা শুমহৎলবা বসন্তনা খল্লি "পোকপগী মহে য়ানগদৌরমাক্লে, নুংশি'পম্বুং ফঙ্গদৌরমাক্লে" হায়না খন্দুনা নুংঙাইবা ৱাখলগী সমুদ্রদা তাওবা হৌরকই। চীনবান্দা নোকফেৎ তৌ, শোর শাংনা শাংনা হোন' বীনা ফমুংদা কাখৎলকপা ঙাইদুনা লৈরে।

অদুবু বীনাদি চংলকপগী মহুত্তা "ঐদি তূমনিংদ্রি, ফজবা থাবল য়েংলুখিনি" হায়রম্লগা মপান্দা চেপ্লোকখ্রে। মসিদা বসন্তনা খলহৌই "মশাগী মমল কাহনবা, নুংশিবগী মফমদা কেজ-নৌজবা হায়বসি নুপী ওইবীগী হৌনশা ওইরমাক্লে।"

বীনানা মচংলকত্রবদা বসন্ত খূনিং কাংল কাংলদুনা মপান থোকলক্লে। বীনা থিবা খংদ্রে। বসন্ত নুংশা থীরক্লে। তপ্না তপ্না কৌদুনা য়েংঙি, তাবা মরৈত্রে। কপনিংবা হায়বদু য়ৌরে। তপ্না কৌবদা মতারকত্রবদা খোঞ্জেল হৌনা "বীনা-বী-না বী-না" কৌরকই। মাগী হৌরবা খোঞ্জেল অদু তাবদা মপা অমরনা মচাগী নাক্তা চেল্সিল্লক্তুনা মচাবু হৌদোকই। বসন্ত মমিৎ পাংথোকলকই। মচাগী মনাক্তা অসুম লৈরবদি ইকাইখ্রনি খল্লদুনা "ইবুংঙো! কৈদৌরে, সে সে চেপ্না হিপ্পুসে" হায়না য়াহিপ তাকপীরম্লগা মপা'মাগী কাদা চংখ্রে।

তাইবংগা খেন্নবা লৈতবা লাক্লরগে মতাগুম লাক্লবিরবা তমথীরবা মঙ অদুবু বসন্তনা নিন্দা তৌরকই। মিৎলু অনিদা পিরাং শীন্তরকই। বীনাগী কাওবা ঙম্লরোইদৌবা ফজবা মুর্তি ময়ামদো মঙলানগী অমম্বদা তিনখ্রবদা খাংঙমদবা মৈনা থম্মোইনুংদা চাকপা হৌরকই। চিন্তা তৌদুনা ঙহাক ফম্লগা খল্লকই– "মসি খূদিংমক ঐনা মাবু নুংশিজরুবা অসিগী মমি ওইবা তাই, ওম্থোক্লা ফজখ্রেদা

বীনাগী শক্তম, মুর্ত্তিদো অদুগা মঙদা উবসে অমনা অমবু নুংশিনৈ সু হায়নৈ কো... মহাক্না ঐবুসু নুংশিরম্বা য়াই। ফজরবা মাগী মুর্ত্তিশিংদো পুক্নিগী কাওবা ঙম্লরোই, ফরে ঐশু পাখংনি মাসু লৈশাবীনি, ইকাই-হঙ্গোই থাদোক্লগা নুংশি লৈপুন ওইনবা অমুক্তা হোৎনদুনা য়েংলগে, করিগুম্বা ঐহাক্না নুংশি কাইহৌরুদবা থোক্লবদি ঙসি ঐগী মিৎলুদা শীঙ্করিবা পিরাং অসি মহাক্না উবি খঙবিদনা অরেম্বদা মাঙখিবা তাবনি, হে ইশ্বর ঐগী নুংশিবা অসিনা অশেংবা ওইরবদি বীনা কৌবী মহাকশু ইশুংলাংঙ্গীদমক পিরাং শীঙ্করকপা ওইহনবীয়ু কো।"

অঙকপনি তাইবংপান মঙলান ওইহন্নিংবা থৌদোক কয়া শু লৈ, তাইবং ওইহন্নিংবা মঙলান কয়া অমসু য়াওরকইকো।

## (৪)

বীনানা থম্মোয় শেংনা নুংশিবগী শক্তম অমা মঙলান্দা উখিবা অদুনা বসন্তগী থম্মোয়দা ঙাওহল্লে। তাইবংদি নত্তবনিনা নুপা থোকপা য়াদবা, নুং-শিরমগনি হায়না লৌবসু য়াদবা, মীনসু খঙবীদবা, মদোম থম্মোয়দমক রাজরগা তোকপা অদুগুম্বা ফীভমদা বসন্তদো লৈরি। নুংশিনবগী থাক্না ৱাংলক্তুনা নং অসে ঐগীনি, ঐ অসিনা নঙ্গীনি হায়না য়ানদুনা লৈরবা মতমদা মঙলকপা মঙ ওইরবদি সনাগী মথক্তা তম্পা থিনবগুম্বনি হায়গদবা অদুবু বসন্তগীদমক্তদি নুংশি লম্বীদা খোংদাবদি মচীনফাও' মৈ মুদ্রি হায়বা য়াই। নুংশি নুংঙোলগী মরমদা 'লাইনা তম্মবা লাক্কনি' হায়না অসুম লৈথোকপনদি কদৌঙৈদসু নুংশিজবা মহাক্তো ফঙ্গদবা লৈতে।

বসন্তনা বীনাবু থাদোক্লিংদ্রে। পুক্নিগী তৎন-থান লৈতবা লৈপুন ওইনিংলে। মঙলান্দা বীনা মশামক্না বসন্তগী য়ুমদা লাক্তুনা নৌনা য়ুম্বান হৌরকপগী শক্তম অমা উৎখিবা অদুমক তাইবংদা থোকহন্নিংলে। অদুবু মসিদা মহাক্না খল্লি "বীনাদি অরাংবদা শাৎপী লৈনম চাওবী, লৈশক-লৈচু হেনবী লৈরাংগুম্বনি অদুগা ঐনা ইগুন ৱাৎপা; মিরেন হামচৎনবা অনেম্বদা হৌবা থিকনেম্বা পামেলগুম্বনি, অমরোমদা অমুক মহাক্তী সনা লুপাদা খোংনেৎনা; ফুড়া দলান্দা লৈবনি, পণ্ডিতশিঙ্গী

মশাইগোন্দা চাউবনি অদুগা ঐহাক্তী অপংবা লৌমীনি, ফীজেৎ চাকচা চম্বনি, থৌগল্লোন ব্যবহার ৱাৎপনি।" অসিগুম্বা ৱাখলনা হায়নিংবা কোঙ্গায় হায়ঙমদা, ফোংদোকনিংবা কয়া ফোংঙমদা থম্মোয়নুংদা মৈচাক ওমদুনা থমলক্লি।

মতম্না অসুম হৌখ্রগা বসন্তগী থম্মোয়দা মৈচাক ৱাংবা হেঙ্গৎলকই। লীবদা ফজবদি ঙানি, নুংশিববু লীদুনা থম্বদি মৈচাক খাংবা নত্তনা অতৈ করিশু ফংনিংঙাই লৈতে। হৈ অমা, লৈ অমা পামজবদি পৎ থৎলগা ফংবা য়াই। নুংশিবা ফংজনবা হোৎনবদি মদুনা চৎনদবনা বসন্ত য়াম্না ৱারে। "লোয়ালমগী পাখং অমনা সহরগী লৈশাবী অমবু নুংশি কাইহৌরুবা হায়বসি নামৎ মাংদুনা তোক্কদ্রা নএগা থীকনেম্বনা থাজ লামলুবগী দণ্ডি ওইনা মীমাং তুমাং খঙদনা থীনা চৈরক্তুনা পুন্সিগী নীংবা কায়দুনা তোক্লগদ্রা" অসুম্না বীনাবু পংকিদা কিজবা ৱাখল ময়াম পোকলকই। মহাক্না নুংশিববু নিন্দা তৌরদুনা শোল্লকই "হে নুংশিবা, নং অসে ওহ্লোক্না চমখ্রেদা, খেন্নরিবা অনিসে নহাক্না খঙবীদে। লৱায়-সহর, লায়র অনংশিঙ্গী অপাম-নুংশি তোংঙান তোংঙান থম্বীরল্লবদি কয়াদা নুংঙাইরমগবা নুংশিবদি তোংঙানবা য়াদে, মীচং মীখায় নাইবা য়াদে মতাগুম পুন্না লৈমিন্নহল্লম্বনা ইকাইবা কয়া নংনরি; মৈচাক কয়া ফংনরি।"

ইকাই হঙ্গোই অমত্তা লৈতনা মচীন মৌপ্পাগুম লৈমিন্নরবা নুপী অমদা "ঐদি নহাকপু য়াম্না নুংশিজৈ নহাকসে ঐগী পুন্সিগী লৈপুন ওইজনিংঙি" হেক হায়রুবা হায়বসি য়াম্না নোক্লিংবা, নাতৈ চাদবা ৱাফম অমদি ওই অদুবু থম্মোয়গী অপাম্বদুনদি হিদাক চাদ্রগা হেঙ্গৎলকপা লায়নাগুম নোংমা নোংমগী হেঙ্গৎলকপনিনা তুমিন্না লৈথোকপা ঙমদবদগী মিৎ-না উইশিন্দুনা হায়দোকখিবা শাবী শানৌ কয়া অমা য়াওখ্রে।

বসন্তগী মফমদা অসিগুম্বা ৱাহৈশিংসি হায়জবা ঙম্বগী শক্তি লৈত্রি। করি ৱাহৈনা, করম্বা উপকারনা বীনাগী থম্মোয় মশক খঙগদগে হায়বসিনা মহাক্কী মিকুপ খুদিঙ্গী খনবা ৱাখল ওইরকলে। মানা ফোংদোক্লিংঙি "বীনা, নহাকসে য়াম্না ফজৈদো, নহাকপু য়াম্না নুংশিজৈ, নঙ্গী অপাম-নুশিদা ঐগী থম্মোয়না য়াম্না ৱানা খাংলিদো" হায়বা ৱাহৈ খরা অসিদং হায়জনবগী তাঞ্জা অমা ঙাইদুনা লৈরে।

মহৌশাগা মান্নদবা (অশেপ্পা) ৱাখল অমা খল্লুবসিনা ওইৱমাল্লে বসন্তনা বীনাবু পঙহংদা হঙ্গোইজবা, পংইদা ইকাইজবা অমা পোকলক্লে। বীনানা লাক্কদবা লম্বীদা ঙাইহসি হায়ন্ন মীতোপ উখিগদ্রা কিজৈ, ওফিসতা ওইরে ফাগী তাদুনা তোক্কদ্রা খল্লি। অদুবু ইমুংদা ওইরবসু মপান্দা ওইরবসু তাঞ্জাবু ফংলবদি হেক্তা ফোংদোক্লগে

হায়না শেমশাদুনা লৈরে।

নিংথম থানি। ওফিস কানরবা ফাওবা লৈচিন তাক্তবা অদুগুম্বা অয়ুক্কী মতমনি। বসন্ত খরা ঙন্না কারক্তুনা কম্পাউণ্ড মনুংদা কোয়চৎ চত্তুনা লৈ। নুমিত্তু অনা অয়েক ইমরজেন্সিগী ওইবা অমত্তা লাক্তে। ঙহাক লৈরগা লৈচিনশু খরা খরা হাইদোকখ্রে। নুংশা থোকলকপা অদু য়াইরদুনা বসন্ত মথন্ত লৈরি। মতম অদুদা বীনাসু মাগী কাইনেতিক হোন্দাদু তোংলদুনা তপলপ্না গেৎতা থৌজিল্লকই। বসন্তা য়াম্না হরাওই। বীনানা গাড়ীদুথমলম্নগা বসন্তগী মনাক্তা চংলকই। বসন্তনা নোকমি নোকমি তৌরগা –

– "বীনা, নহাকসু ঙসিদি য়াম্না ওন্না লাক্লেদনা।"

– "অং, ঙসিদি খরা ঙন্থোকখ্রে" (মতোমদা নোকচৈ)

– "য়াম্না ফরবনি লাক্কদবা লৈরবদি ঙল্লপ লাকপসিনা মশোয়দ্রে।"

– "শোয়বদি শোয়দ্রে অদুবু ইংবদি নোংমা নোংমগী হেঞ্জিল্লকলি য়েং-বীয়ুনেসে কোকসে লিক্লানা পুমচোৎ চোৎলেসে।"

বসন্তনা বীনাগী কোক্তা য়েংলুরগা, ঙৌরবা মায়থোং অদুদা ঙহাক য়েংদুনা হেক লৈরুরে।

– "হৈমা করিগীনো ঐগী মায়দা অদুক চঙখোন্না য়েংলিববো?"

– "য়াম্না ফজৈয়ে, ফজরবা মায়থোং অদো চন্দোল সিরিগী তাংজফম ওইয়ে। নীংথিজরবা নাখাং অদুদা চন্দোল সিরি পানবদুদি লক্ষ্মী চেনগদবা মাল্লি, পুন্সিচুপ্না মুথৎকনু কো।"

– "অং মুথৎলোই, মায়কা শুক্তা তাররোই।" (নোকলকই)

অসি হায়রগা বীনানা লমিৎ তুমিৎ কোয়না য়েংলকই অদুগা বসন্তদা হায়রকই।

– "অথাপ্পদা উরিবা খুঙ্গংশিং অদুগা চীংলক মাল্লক্তা লৈচিন্না পানা পানা কুপ্পীবসে ওন্থোক্না ফজখ্রেদা য়েংঙুনেসে চীংজাও অসে চীংশা অমত্তমক ওইরমদ্রে ঙৌরিবা লৈচিন্না তোংঙান তোংঙান খাইদোকপীদুনা মরোল মরোল নাইনা উরিবসে কয়াদা ফজখ্রবনো। অদুগা অমরোমদা নোংপোক থংবা মায়কৈ অসোমদনা মরোল অমা ফজরিবা চাওরবা পাৎকী মথক্তা ঈশিং মনিলনা তপ্না তপ্না কারকপা অদুগা অনকপা অমসুং অরাপ্পদা হৌরিবা উ-ৱা মনা মশীংগী মমিনা ঈশিংদা

তারিবা, কনাগুম্বী খরনা ঈশিং মপান্দা ইন চিংদুনা ঙা ফারিবা ওম্থোক্লা ফজখ্রেদা।"

– "অস, বীনা নহাক্কী ওম্থোক্লা ঙ্গান তানা সিনরী য়েংঙিনা, নর্স ওইবদা হৈশিংবতা নত্তে কবি ওইবসু য়ানিবো।"

– "য়ানি, য়ানি" অসি হায়রগা মখোয় অনি নোকই।

অসিদসু নত্তনা বীনানা ৱাহং কয়া পেৎনা পেৎনা হংলকই। বসন্তখোইগী ইমুংদা মী কয়া চারিবগে, লৌ কয়া লৈবগে, ইচিন ইনাও কয়ানো, নখোয়গী খুঙ্গগী লমদমসি য়ান্না নুংঙাইগদবা মাল্লি, মী পুন্নমক মবুক মপাও ফরমগদবা মাল্লি অসিগুম্বা খঙজনিংবা ৱাহং কয়া মথং মথং হংলকই। ৱাহংশিং অদুগী পাওখুম পীনবা হোৎনবদা অয়াম্বা মতম হৌখ্রে, মানা ফোংদোক্লিংব থম্মোয়গী অপামবা অদুদি ফোংঙমদনা লৈরে।

মতম অসিদা কর্ম্মচারিশিং অমদি পেস্যেন্টশিং মথং মথং লাক্লে। ৱারি শানবা মতম যৎদ্রে। মতুংদা অসিগুম্বা খুদোংচাবা মতম অমা লাকপা ঙাইদুনা লৈরে।

ওফিসকী মতম লোইরদুনা বসন্ত য়ুম য়ৌরক্লে। য়ুম হেক য়ৌবগা য়াচংবা মতম ওইরম্মী। থাশু ঙন্না থোক্তুনা ইংখোল শম্বল অপূম্ব থাবলনা পূমঙাল ঙাল্লি। মহৌশাগী মতৌগুম মফী মরোল হোংদোক্লগা য়োৎ পায়দুনা লৈবাক তৌবা হৌরকই। য়োৎ তৌনা তৌনা বীনাগী ৱাখল খল্লি। য়োৎনিং খদাং শোরিগা ৱাখল খল্লম্বদগী পেল্লকত্রদুনা য়োৎ ফৈনা থম্লগা য়োৎখোক্তুদা ফমলে। মখোং অনি শৎ তিংথোক্লগা বীনানা শাগৈগী মৌ ওইনা লাক্লগা তৌগদবা থবকশিং অদুগী মরমদা ভাবনা দলান শারকই। "অশুঙৈ মতমদা ঐনা য়োৎ তৌরিঙৈদা মহাক্লা ঐগী খুত্তগী য়োৎ মুল্লগা সে ঐশু লৈবাক তৌবা য়াওবীগে, ঐশু ইংখোল শুবা হৈব জাৎনি, নং ঙহাক পোত্থাজৌ, হায়রগা য়োৎলৈ মঙা তরাদং তৌরগা শোর থবেৎ থবেৎ হোল্লকপা, মদুগা লোয়ননা মাগী ৱাই ৱাই তারক্লিবা শমলাংলক্তগী অঙাওবা শমলাং মঙা তরানা তঙাং-তঙাংলবা মায়থোংবু লমফেৎ লুমফেৎ লুমশিনখিবা, খজাইদা চেম্থরকপা হুমাংগী মরীক মরীক্তা থাজগী মঙালনা য়ৈবদা ইরঙ-ইরঙ লঙনা উরকপা, পাঙ্গল শোনবী ওইবনা অৱা-অনা চাউজরবসু ঙাংতক তৌবা চীনবান্দদি মোমোন, তৌরকপা পারবা উম্পানা কুপলিবা ঙৌরবা খৌরিদা মিছুল তিং তিং হুন্দুনা ৱারে হায়বগী খুদম উৎলকপা মতম অদুদা ঐনা অমুক "নংবু কনানা লৈবাক তৌ হায়বগে, নথৌ নত্তনা নশিন শাবদো ৱাদ্রনে, কদায় য়োৎতু পীরক্লো, খুৎশাগী তাং চাওথোকখিদুনা খুদোপ

শিবা য়ারোইকো, চৎলো চৎলো ইমাগা চাক ঈশিং হোৎনরুরো, এঙ্গাং হাওনা থোংলম্মু, ঐ চাক য়াম্না লাম্মীকো।" মতম অদুদা মানা ঐঙোন্দ অমুক করি এঙ্গাং চানিংবগে? ঐনা "ঐগী ইখোলদা ৱাৎতেনা থোংনিংবতা থোংঙু নংনা পীজনিংবদো ঐগী অপেনবনি।" মানা ঐবু হন্না হন্না য়েংলদুনা চংখিবা, ঐনসু মাগী তুংয়ান য়েংদুনা লৈহৌবা, মসিদা মহাক্না ঐঙোন্দা অমুক নুংশিনা য়েংথোকলকপা, ঐগা হেক মিচ্চানরুবা। মাগী ইকাইবা ঙাকপীবা ওইনা তারিব্রা .... হো লৱায় নুপা ঐখোয়দি অহাও-হাওত থিদবনিকো ...।"

মতৌ অসুম্না মঙদ্রঙ অমদা উংদুনা লৈরিঙৈদা মমানা 'ইবুংঙো চাক লোইরে, চাররো" হায়না হেক কৌশিল্লকই। বসন্ত শ্বাই লাওই। বীনানা কৌরক্লবোই নীংলুই। ওইরমদ্রবদা শোর ফুইনা হোল্লগা 'ও! ওম্থোকপনিদা বীনাদি লাকত্রিনা" হায়না শোল্লকই। বীনাগী কায়না ৱাখলগা লোয়ননা চাকশংদা চংলক্লগা চাক চানবা হোৎনৈ। পূক্লিং খোয়দানা চাদে, মতৌ করম তৌরগা বীনাগী থম্মোয়' মশক খঙগদগে হায়বসিনা মাগী অমত্তা ঙায়রবা ৱাখল ওইরে। চাকতা য়েংদে মমিংতো, লৈপাক্তা খরা য়েং, থাউমৈদা খরা য়েং তৌদুনা লৈরে। হায়রকই– "উম চিঠি অমা ইরগা পীবনা খ্বাইদগী হেন্না ফরনি।"

নুমিত্তুগী নুমিদাংনি। মী পূম্নমক তুম্না হীপ্নখ্রে। বসন্তদি তুমনিঙবা ফাওদে। মতম্না অরেপ্পা লৈতনা চৎখিবনা অথেংবা অহিং ওইরক্লে। খুঙ্গংগী লমদম ওইবনা অমুক্কা হেন্না চীকখ্রে। মরক মরক্তা অথাপ্পদা হুই, লমহুই, মকুনচিংবা খোংবগী খোঞ্জেল নত্তনা অতৈ থোইদোকপা তাদ্রে। মতম অসিদা বসন্ত মাগী কাদা চিঠি ইগদবগী হোৎনরি। তরাই তরাইবা, তচোপ তচোপ্পা চিঠি অমা ওইহনিংদবনা ঙৌরবা চে অদু মাংদা থম্লগা ৱাখল খনবা হৌরকই। খল্লুবা খুদিং ফজদবোই খল্লি, ইরুবা খুদিং লাল্লবোই নীংঙি। কোকশাবা হেল্লকলে। তুমনিঙবা ফাওরক্লে। মমিৎ অনিমক পুমঙাং ঙাংখ্রে। মমিৎনা ঙাংবনে, লেনটর্নগী মৈরীনা ঙাংবনে, অঙৌবা চে অদু ফাওবা পুমঙাং ঙাংনা উরক্লে। মসিগী মথক্তা উইরুম উইরুম তৌবগী মম্বা অদুনা অমুক মতেং পাংশিল্লক্তুনা লৈকাং মচুগী চে ওনখ্রে। চে অদুনা লৈকাং ওনখ্রবসু, উইরুম উইরুম্বা মিৎনা তাইবংগী মঙাল' পূম্বা খুমজিনখ্রবসু বীনাগী নুংশিবা অদুবুদি হেন্না হেন্নদুম মাগী থম্মোয়দা ময়েক লাবা হেল্লক্লি।

নুমিৎ নিনি হুমনিগী মতুংনি। মপানা হায়রম্বা মতুং ইন্না বসন্ত লৌবুক্তা লাকলি। মখোয়গী লৌবুক্তী অচৌবা সড়কী মনাক্তা লৈরবসু য়ুমদগী লৌবুক তাবা লম্বী তুরেল অমগী তোবর্বাননা ওইরি। তুরেলগীৱাংমদা চীংশাং পরেংনা শন্দোক্তুনা লৈখ্রে। তোবর্বান অনিদা উজাওশিংনা পরেং শানা হৌখ্রে। তুররেলগী করিগুম্বা মফমদা থম্না, থাংজিং থরো, থারিকথাসু হৌই। পুন্নমকশিং অসি য়েংনা

য়েংনা বসন্ত লৌবুক্তা লাকলি।

চীঙ্গী নিল্লবা মতীক ময়াই, অতৎ-অখম লৈতনা চেষ্থরিবা তুরেলগী ঈচেল, অনেম্বা পামেল্লক্তা শাৎলিবা মচু কয়াগী লৈরাং অব্বাংবদা পাল্লিবা তঙাং-তঙাং লবা উহৈশিং অদুগা মখোয়গী লক্তা পাইদুনা শান্নরিবা খোইমু, কুরাক অমদি জুরা জুরা তোংমিন্নরিবা চেক্লাশিংন্দু উরগা নুংশি নুংঙোলগী ৱাখল পোকলকই। পুন্নমক অসি বীনাগা ফম্মীন্নদুনা য়েংমিন্নরবদি নুংঙাইগনি খল্লকই অদুবু বীনাদি য়াওদবনিনা চিঠি ইবগী ৱাখল ওইনা পোকলক্লে। মন্ত্রনা শুমহৎলবা মীগুম তুমিন্না লৈখ্রে, পুক্নীং অনি লোংখিদ্রে। তপ্না ফমথরগা খুৎ'খদাংদা শৌদুনা লেংদনা লৈখ্রে। অমুক শেমলু শারুবা লৈতনা চিঠিগী মরোলদু থম্মোয়নুংদা ইবা হৌরকই –

বীনা ঐগী থম্মোয়গী নুংশি থোইরবী  
ঙসি ঐনা নশুংলাংগীদমক ৱাজবা  
খোঞ্জেল থোক্লা কপ্তে হায়বদা খাক'  
লোন্না মিৎলুদগী পিরাং শীষ্থরিবসে  
নহাক্নদি করিশু উরি রোইকো।

ঐগী মঙলান খুদিংদা নংতবু উজবা  
তাইবংগী মিকুপ খুদিংদা নংতবু শোঞ্জবা,  
ঐগী থুপ্লবা থম্মোয় লায়ুমদা  
নঙ্গী ফজবা মঙলানগী মুর্ত্তিদো  
লাক্তুনা থমখ্রে হায়বসে  
নহাক্নদি করিশু খঙলিরোইকো।

নীংজরিবা মুর্ত্তি ওইরিবী খোয়দাজবী নহাক্না  
উয়রবা প্রেমগী উশাদা পুন্না কায়দোংমিন্ন'  
তত্তবা লৈপুন শেমজবা পামজরুই অদুবু  
হায়য়ুগবা নুংশিবী, তমলকউ নপাওদো  
লমলানবা ঐহাক্না পাম্মুজবী নফমদা  
প্রেমগী ভীক্ষা নিজবা তায়োন্ননা থোক্লগদ্রা?

লৈশক হেনবী লৈরাংগুম্বী নহাক্নী  
থম্মোয়দা লোক্তুনা থমজবা য়াহৌঙনবা কনাগী  
প্রেমগী বণ্ডি ওইখ্রব্রা নত্রগা  
সহর খুঙ্গং অনিগী মরক্তা তাদুনা লৈরিবা  
খেন্নবগী ৱাংল' চীংজাও অসিবু  
লাম্থোকপবু কিজব্রা ....?

ঙাইজরিবা থৌরাংনা নুংশি নপাও
লৈকংলানা নোংজুথা ঙাইবগুম নত্তেকো
খোঞ্জেল অমগী খোস্থাংনা খুমলকপগুম পাম্মীদো
মীরায়বীদুনা পাওখুম্বীরক্কবা তারবসু
লংজরুবা ইরানগী দণ্ডিনি লৌজগে
য়েংথিনবদি ওইহনগুমসিকো নুংশিবী।

য়েরুবগুম খন্না পাওখুম্বীরক্কবা তারবদি
চেম্থরিবা তুরেলগী লাইজনা
সমুদ্রা ঈপাক য়ৌথ্রগা হল্লক্কবগুম
পীক্লবা ঐগী নুংশি ঈচেলনা
চেম্থরিবা মতমগী ঈচেলদা তিনখিদুনা
নুংশি নুংঙোলদগী ৱাংমা লানখিগেকো।

আশাতনা ৱাংজরু, লাইবক্লদি নেমলম
কায়না ফীজংনা খনখ্রবসু
মুৎপা ঙল্লরোইদৌবা নীংজরিবা নুংশি মুর্ত্তিদুদি
নুজা কনাগী নুংশি মমি তাদ্রিবা
ঐগী থম্মোয়' কাচিন্দা
কনা শোকহন উহনদনা লোত্তুনা থল্লগে।

হন্দকমুক্কী মপোক্তা ইতিক ইপা চাদ্রবসু
ঙাইরমগেকো মথংগী লাংওন অমদা
নশুং লাঙ্গীদমক কেল্লবা হকচাং'সিদি
লঙজরুবা ইরান্দুগী লমন ওইনা
ৱারবা তাইবং কনাগী মফমদা
বলিদান তৌবা ঙমজগে।

নুংশিবা খঙবা, ইকাইবা খঙবা থৱায়না
হন্দোক পীরম্বা শরু পোলাং'সিদি
উপকার পাম্বা তাইবং কনাগী
পুক্নীং লৌশিং ওইজসনু
নোক্না চাওবা তাইবং অদুগীদি
মিৎকী কুম্মে ওইজসনু।

অসিগুম্বা মশানা পেঞ্জরবা শৈরেং মতেক অসি মচীন্দা মুরুম মুরুম শোল্লি। পিরাংশু মতুম মতুম শীন্থরকই। মিকুপ অমত্তং লেপ্পুনা লৈরম্লগা কাওখ্রনি মতাগুম ময়ুম তন্না পরপ পরপ চৎখ্রে।

মাগী মতৌদু লৌ-খোইদুনা লৈরিবা মপানা লাপ্পা উই। মানা খল্লি– "ফমখৈ ফম্লগা অমুক প্রপ প্রপ হনখিবসিবু করি তৌরবা জাৎনো, মশা ঙমদ্রব্রা, অকাও-অরাক য়াওরব্রা" অসুম্না মওল মওল খল্লকই। মতুংদা ভাব তারকই। "ঐগী ইচাসে অঙাং নত্রে, পাখং ফারক্লবনি। হন্দক মরকসি মহৌশাগা ইমান-মান্নদে ... উম, চুম্মী নোংমা মাগী মমঙদা 'বীনা, বীনা' হায়না অরাক অখংননা কৌরকপা অমা য়াওখিকো, মসিনা তাকপদি কনাগুম্বী বীনা কৌবী অমগী অপাম নুংশিদা ইচা ঙাওরে, বীনা কনানো, বীনা থিদবা য়াদে, মতাং অসি য়ৌরবদি মমা মপা ওইবনা জ্ঞান তাবা চুম্মেনা।"

(৫)

নোংমগী নুমিদাং ৱাইরমনি। অমরনা মচানুপাগা তিন্নবা লৈকাই অদুগী বীরমঙ্গোল কৌবা পাখং অমা লম্বীদা উন্নে। বীরমঙ্গোলবু ফারগা অমরনা –

– "ইবুংঙো বীরমঙ্গোল ঙাইখো, নহাক থবক য়াম্না চিলহৌব্রা, পাবুংগা ৱারী অমত্তা শানিংঙিনহে।"

– "য়ানি পাবুং ঐহাক ৱাকিং থোকলকপনি, থোইদোকপা থবক অচিনবা লৈজদে, করিগী মতাং ওইরবনো তাকপীয়ু।"

– "শুমদৌবনি ইবুংঙো ..... মৌ থিদবা য়াদ্রেনহে। ঐখোয়' বসন্তসিবু নুপী অঙাংগী মরমদা নখোয় ৱারী ৱাতাই অদুক শাবা খোৎপা য়াওব্রা; ঐনা হংবসিদা নহাকশু থুপকনু' ঐখোয় অসিৱাইদা ওইরবসু অতে লমদা ওইরবসু মানা পামজবা লৈরবদি ঐখোয়শু তরেৎ তরা থোক্লা খন্নহৌনিদনা, অফ-নুংঙাই ওইরম্লগদি ইচাশিং ময়াম চংদুনা হায়ন শীংনবা, লুহোং-খোংদোং তৌনিদনা হা ইবুংঙো করি হায়বগে?"

— "মানি পাবুং য়াম্না চুমখ্রবা ৱানি, মাগীদমক্তা ঐখোয় লৈরিবসিদি ......... অদুদা পাবুং ঙসি ফাওবদা মহাক নুপী অমগা মরী লৈনৈ, নুপী কোয় হায়বসি তাদে। মসিমা য়েংনিংঙি মসি পাম্মী হায়বসি ঐঙোন্দসু নোংমতা হায়দে। ঐগীমোত্তসু লৈরমলোইদ্রা হায়না খল্লি পাবুং।"

মদু তাবদা অমর ঙহাক নোঙ্বদুনা চিন্তা তৌদুনা লৈ। ছাটিন মনিং লৈবাক্তা শুরগা খল্লি– "অরোনবা অমদি শোয়দনা লৈরমগনি। অরোনবা অসি মী অতৈদা পং ফোং ফোংদোকপসু য়াদ্রি। বীনা হায়বী অমদি লৈরমগদ্রা খল্লিদা"

— "অদু নহাকসু অমুক্তং তাঞ্জা চাবা অমদা মঙোন্দা ৱারী শাও, অহল লমনশিংনা মৌ থিনিংলে হায়বসি অমুক্তদি ফোংদোকউদনা।"

— "ফনি পাবুং ঐ কন্না থেমজগে অদুগা পাবুং মহাকসে য়াম্না ইকাই থীনে, নুপীদা ৱা হংবদি লায়রদনা নুপী মনাক নকপা শুকয়া য়াদেনে।"

— "অদুনি ঐনা নুংশা থীরিবসে, মানসু থিরক্তা ঐখোয়নসু থিবিহৌদা, হয়েং মাবু য়াম্না ফরক তারক্কনিনে। ফরে ইপা ইচা ঙসি মরি মঙানি লৈরগা অমুক উন্নসিকো....।"

অসি হায়রগা অমরগা বীরমঙ্গোলগা কায়নরে। লম্বী চৎনা চৎনা অমরনা "পাঞ্জিনদি থা অমা অনিসিগী মনুংদা ময়ুম পাল্লবদি পুন্সিগী ওইনা য়াম্না নুংঙাই য়াইফগনি হায়কো, বীরমঙ্গোলনসু থেমজরসনু, ঐনসু খরা তকসিল্লগা লুহোংনবা হোৎনদবা য়াদ্রে।"

চয়োল অমগী মতম হৌখ্রে। অমর অমসুং বীরমঙ্গোল উন্নরে। "ঙসি ফাওবদা ঐগা খঙন-চান্নবী কনা অমত্ত লৈতে অদুগা য়ুম-কৈশু পালহৈরোই" হায়বা বসন্তগী পাওখুমশিং বীরমঙ্গোলগী মচীন্দগী তারে। অমরসিং য়াম্না ৱারে, য়াম্না নুংঙাইত্রে। মশক মতৌ খরা ফজবী মরলশু লৈবী; মচীন মৌপ্পা খুৎকন পাঙ্গনবা অদুগুম্বা ইমুংগী নুপী অমা য়েংলগা হায়ন-শীংনদুনা থল্লগা মদু বসন্তবু য়েংহনবদা মাগী থম্মোয় ওল্লকপসু ময়াই। নত্তদুনা 'লুহোংদবা য়াদে' হায়না কন্না মুকলুরগদি হেন্না শাওখিবা য়াই।" মসি খল্লদুনা অমরদু য়ুমদা ঙহাক্তা লৈত্রে, কোয়চৎ চত্তুনা মমৌ থিবা হৌরক্লে।

অমরনা পামজরিবা নুপী অদুমক লৈরমলে। অদুগুম্বা নুপীদু অমুক্কা হন্না য়েং-হন্নিংদুনা মাগী নুপী জীবনলতা য়াওনা নুপী খরা থাখি। নুপীশিং অদুনসু হায়রিবা নুপী মচা অদু য়াম্না পামলে বসন্তসু শোয়দনা য়ারক্কনি হায়বগী আশাদা বসন্তগী

ন্বারী শানবা চংলকই। অহল ওইরবী নুপী অদুনা ঃ

— "ইবুংঙো নং হন্দক্কী মতাং অসে ইবোক্কী মায় অসি ঙাকউকো য়ুম পানবা হায়বসি মনুং মতম লৈবনি, খজিক্তং হেক নাম্থোকখিবদা লাইবক থীবা হায়বদু ওইবা য়াইকো, ইমাগা পাবগগী মতেং পাংগে হায়রবদি মখোয়না পামজবা মমৌ থিবা তাবনি। নংদি খঙলম্বসু য়াই খঙলমদবসু য়াই ঐখোয়না খুল্লোন্নবা অসিদা নুপী অমা য়েংলুবনি, য়াম্না ফৈ, মশক্কা ফজখ্রে মরলসু লৈ, খুৎকন পাঙ্গনবা ইমুংনি, ইবোক্তী য়াম্না পামখ্রে, নংসু অমুক্তং য়েংলুসো, য়ারগদি য়াম্না থুনা লুহোংনবা তৌসিনে।"

মমানা অমুক পাংশিল্লকই "ইবুংঙো নুপীদো ইমাদি য়াম্না পামজে ইমৌ ওইনিংঙি, ইমৌ অমত্তং লৈরবদি ঐশু খরা কোম্লনি। অদুগা নহাক্কীশু সেবা লাংবা ননিং থুং-জগনি।" বসন্তনা খুমলকই

— "ইমাখোয়, ইবোকখোয় ময়াম্না হায়বীরিবসে ঐগী ফনবনি অদুবু হৌজিক হৌজিক য়ুম পানবদি ঐহাক পামদ্রি, ঐনা পাংথোকক্লিংবা থবক ইনখাং খরা লৈরি খরা তপ্না তৌসিদা।"

মপানা হায়রকই– "ইবুংঙো অফবা হায়বসে পংনা থোক্তবনি। হৌজিক নংগী চহি মতাংসে য়াম্না ফবা য়ুম-কৈ পানবগী মতাংনি হান্নসু কুঠি য়েংহৌদ্রে থা অনি অহুমদং লৈরি মসিগী মনুংদা থোক্লবা হোৎনসি। বাবানা হায়রিবসে নংসু অমুক্তদি খঙ্খৌ।"

বসন্ত তুমিন্না লৈ। মানা খল্লি– "বীনা সি হান্না নুংশিনদুনা লৈবা ওইরবদি কয়াদা কোম্বা থবক্লো ঐনবু চেল্লকলবসু অহল থাদুনা হায়ন শীংনরবসু য়ারম্বনি অদুবু মদুমক্তী থোকত্রি কো ..... ফরে মতম খরগী মনুংদা বীনাগী থম্মোয় অসি খঙদোক্লবা হোৎনরগে, চিঠি অদু পীরগে, য়ানবা থেল্লগে।"

মপানা মখা তারকই– "করি থবক্লো নংনা তৌনিংলিববো, য়ুমপাল্লগা তৌবা য়াবা থবক্তবু, নং হৌজিক থবক ফংদে হায়বসু নত্তে মদুনসু পুন্সি লেনবা য়ারবদুবু .... ফরে ফরে থা অনিগী মনুংদা লুহোংলসি মসিদগী হেনবা য়াদ্রেকো।"

মতাং অসিদা হনুবী অদুনা হায়রকই– "ইবুংঙো ঐখোয়না পাল্লবসু নংনা পামদ্রবদি উপাই লৈতে নহাক্না পামজবা নুপী লৈরগসু ঐখোয়দা হেক তম্মু, হায়বা হেক্ত চৎকনি, নংনা পুরক্কে হায়রবসু হেক পুরকউ করি বেরা লৈ ইশুসিদে। য়ারি য়ারি মতম লৈরিকো।"

অহলদুগী ৱাদু তাবদা বসন্ত খরা নুংঙাইরে। মফম অদুদগী চৎখ্রে। মপানা খরা কল্লপ্না হায়রকই "ঙসি য়েংঙুরিবা নুপী অদুদসু নত্তনা অতৈ থিখিগনি নত্রগা নহাক্কা পামজবা লৈরবসু খুদোম্বীদা থিল্লু ইপানা হেক্তা হায়রুনি।"

বসন্তনা খল্লকই "থায়নগী মতমদদি অপাম্বা নুপী অদু মমা মপাদা হায়জ নিজরগা লৌন-লৈনবা চৎনরম্মী হায় অদুবু হৌজিক্তী মদুসু চৎনদ্রে। করিগুম্বা মদুনা হৌজিকফাওবা চৎনরম্লবদি শোয়দনা বীনাসি ফংজগনিকো। হোয়দা হৌজিক মতম লৈরি। ঐ থৌনা ফরগে, ঐ নুপা মচানি, চংলুরবদি হল্লরোই, বীনানা ঐগী অহানবা অমসুং অরোইবা নুপী ওইরগে। ঙসি তরানি, কুন্নি অসিগী মনুংদা বীনা' য়ানবা থেল্লগে হেক য়ারকপা নুমিত্তা য়ুমদা হেক্তা পুরক্লগে অদুগা– "য়েংঙু পাবা নমৌ পুরক্লে" হায়দুনা হেক উৎকনি। বীনাগী ফজবনা মখোয়বু শুমহৎকনি, ঐবুসু ইম্ফল নিংঙোল, মশক মতৌ ফজবী, থবক তৌবী নুপী থিরকই হায়দুনা লুনা তৌগনি।"

অসোমদদি বীনাগী ইমুং মনুংগী অৱা অনা দযা অমা য়াওবদগী ওফিস কারকত্রে। মমা মপা অনিমক হোস্পিটাললাইজ তৌদুনা লৈবনা মতম খরা শাংনা ছুটি লৌরকই। হেক উন্নবা মফমদা পীগদৌরিবনি খন্দুনা ইরকপা চিঠি'দু মতম কুইনগী ওইনা ফুরিৎখাউদা তাদুনা লৈরে। করি করিগুম্বদা হাংদোক্তুনা পাদুনা শান্নে, অমুকশু হান্নগুম থুপচিল্লি, মতৌ অসুম তৌবনা ঢে থেকফম অদু তৎপা হৌরক্লে, অমনবা হায়বদু ওইরক্লে। অমনবা চিঠি লৌ হায়বা য়াদবসু খঙদে হায়দুনা অনৌবা অমুক ইথোক্লে। মীগী অৱাবা উবিদবা, মথৌ শোয়দ্রগা লোইরে খনবা মতম কৌবা লাইনা অসুম অসুম চৎখিদুনা থা অমগী মতম ফাজিল্লকলে।

ঙাইজমনগী কান্নরে। মহৌশাগী মতৌগুম বসন্ত, বীনা উন্নরে। অনা-অয়েক্কী মরমদা ৱারী ঙহাক শারে। "অনাবসু খরা মখৈ ফনরক্লে অদুবু ঐ ঙহাক চেঞ্জরকপনি শোই তৌরম্লগা তনমক অমুক হঞ্জগনি" হায়না খোঞ্জেন তনিক তনিক্কা হায়রকই। বসন্তনা খল্লি "অসিগুম্বা ফিভমদা লভ লেটর পীবসিবু নুং-ঙাইগদ্রনে হুম তথি তথি হায়রগা চিঠি শেগায়রম্লগা চৎখিবা থোক্লবদি ঐদি লোইরেদনা" অসুন্না খল্লুবনা অয়ুক অদুদা বসন্ত হুমাং তৈথোকই। মানা হায়রকই– "ঐশু নোংমত্তং হোস্পিটালদা লাক্কে, পাবুংগা ইমাগনা চানবা করিগুম্ব খরদং পুরক্কে।" মসিদা বীনানা খুমলকই– "য়াইয়ে য়াইয়ে লাকপীয়ো।"

বসন্ত – "অদু হয়েং খৈদি অসুম কারক্লগদৌবা নত্রো?"

— "ঐ ফিভম য়েংলগা লাকচগনি।"

তাঞ্জা চারে খন্দুনা বসন্তনা মাং-তুং, মীরৎ নারৎ হুইফেৎ য়েংলগা; য়াম্না কিনাঃ

— "বীনা। "

— "করি হায়গে।"

— "ঙসিদি নংগী নফমদা পোৎ অমত্তা পীজগে হরাও হরাও অমুক্তা লৌশিনবীয়ুকো।"

— "করি পোৎনো?"

— "সিনিদা চিঠিনে কুইরবনি নঙোন্দা পীগে খঞ্জরিবা।"

— "হৈমা করিগী চিঠিনো কনাদা পীয়ু হায়বনো?"

— "নঙ্গীদমকনি, নং নত্তনা ঐগী নীংজবা কনা অমত্তা লৈজদে।"

— "অদো ঐদি ঙম্মোয়দা, ঐগী পুন্সিদা নুংশি নুংঙোল থমজরোই ইমা ইপানা হায়বা ইঞ্জগনি" অসি হায়রগা খোংবী লৈদা তক্কুনা লৈরে।

বসন্ত য়াম্না ইকাইরে। পুথোকলুবা চিঠিদো পীথোকপসু ঙমদা লৌশিনবসু ঙমদা "সে লৌশিল্লো নংনা ঐবু নুংশিবীদ্রবসু চিঠি অসি পাবদদি পাবীয়ু ঐ করিশু হায়জরোই, পঙ্গৌনা য়াবা মফমদা নহাক্কী থম্মোয় কৎথ্রবসু নুংশিজরুবা ঐগী থম্মোয়সিদ দি খঙবীরগা অদোমগী নীংবা থুংবীখো, কল্লক য়েংথীনবা করি অমত্রা থমজরোই।"

বীনানা নোকমি নোকমি তৌরগা বসন্তগী লাইবক্তা চিংনা য়েংলকই। মতুংদা লমলানবা কনাগুম্বনা উব্রা হায়বগী মতাগুম কোয়না অমুক্তং য়েংলম্লগা বসন্তগী খুত্তগী চিঠি অদু লৌশিনখ্রে. বসন্তদো দষা অমা কোক্রে মতাগুম চিঠি পায়রম্বা খুৎ অদুনা কোক নাক্লি, ফুরিৎকী কোল্লর শেমজিল্লি, খৌদেম্লগা খল্লকই "নুং-শিনবা হায়বদো অসুম তৌমাল্লে।" বীনা মফমঅদুদগী মিৎনা লৈখাদা য়েংলগা অসুম থোকখ্রে। 'বীনাসি ঐবু শাওরমাল্লে' খন্দুনা মিঙ্গল তিং তিং চোংদুনা লৈহৌরে। মঙলানগী ৱারীদু তাইবংদা থোক্কদৌরমাল্লে খঞ্জবনা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাওরে, মাগী মমিত্তা সংসার পুন্নমক ফজবনা থনখ্রে।

(৬)

থা মখায় অমগী মতুংদা বীনানা বসন্তগী চিঠিগী পাওখুম হল্লকই। পাওখুম অদুদা "ঐহাক নহাকপু নুংশিজৈ অদুন্নদি ওইরগা অহল-লমনগী য়াথং য়াওদনা ইনিংইখা তৌবা ঙমজদে ঐখোয় পাবুংদি মানা হায়বা ইন্দ্রবদি ঐবু হাৎকনি নত্রগা 'হু' চারগা মতোমতা শিজগনি অসিনচিংবা হায় অদুনা অদোমগী অপোকপা অহল লমন থাবিরক্তুনা অহলমশেল য়ানহনবা পামজৈ" হায়না অকোনবা ষ্টেঞ্জা অমদা পল্লকই। ৱাফম অসি বসন্তনা বীরমঙ্গোলদা ৱারী শাই "অদু ওইরবদি য়াম্না কোম্লে ভাই, মখোয় অহলদো থায়নগী লোনচৎ খরা পাম্বজাৎনি" অসুম্না হায়নরবা তুংদা অমরদা পাও তমলে। "বীনা কৌবী বসন্তগা থবক তৌমিন্নবী ইস্মালদা লৈবী লৈশাবী অমগা প্রেম সম্বন্ধী লৈনৈ তাবদা অমরদো ওম্থোক্লা নুং-ঙাইরে। বসন্তগী মমঙদা হায়খিবা 'বীনা বীনা' হায়বা ৱাহৈ অদু ইবেম্মা অসিগী প্রেমদগী ইচা ঙাওদুনা লৈরম্বা জাৎনিদনা, নহালমখৈ ইচানা য়ুম পানসি য়াদবসিদি অসিগুম্বা ফীভম অমা লৈবসিননি "অসি খল্লদুনা অমর অমসুং জীবনলতা নোক্লা নোক্লা ৱারী শাজৈ। নুপী হায়বা চৎনবা থৌরাং হৌখ্রে। বীনাগী লৈফম, য়ুমনাক শাগৈ, মপাগী মমিংনচিংবা নীংথিনা হংন-খোৎনরবা তুংদা অফবা নুমিৎ অমা খল্লগা লৈকাইগী অহল খরগা লোয়ননা অমর মমৌ হায়বা চৎখ্রে।

অসোমদা বীনাগী মপাদু মাঙ্গোলদা পোখাদুনা লৈরম্মী। চংলকলিবা অমরনচিংবা খরনা চৎনবী মতুইন্না ভক্তি তৌই। ফীদাদা কৌশিন্দুনা ফমহল্লি। হংলকই "করি মরমগীদমক লাকপীবনো, করি লমদগী ওইরবনো?" অমরনা খুমলকই –

– "ওঝাবু ননাই ঐখোয় লোয়ালমদগীনি, মৈত্রবাক্কী চৎনবীগী মতুং ইন্না ৱাফম খরদং ফোংদোকচনিংদুনা মফম অসিদা লাকচবনি"

– "করিনিনা হায়বীয়ু?"

– "অদোম ওঝাগী ইচানুপী অমা লোয়ালমদা থবক তৌই হায়বা তাজরে অদুগা ঐগী ইচানুপা অদুসু সেন্টর অদুদা পুন্না থবক তৌমিন্নমাল্লে, তাইবংপান ওইবনিনা অসুম তিন্নরকপদগী প্রেম সম্বন্ধী লৈনরক্তুনা গৃহস্থা পুঙ্গিদা খোংদানিম্ননিংবগী ৱাখল পোক্লরকপা অসি ননাই ঐহাক্লা তাজরকপদগী ব্যাবহার কায়জনিংদদুনা ইবেম্মবু পোকপা অহল লমনশিংগী মফমদা চানবী হৈবা,

থৌজাল অদু নিজগে হায়দনা লাকচরিবনি। (তাঞ্জা অসিদা বীনা ঈশিং সনাবুল অমা কোল্লদুনা ইরুজবা কারকই। পুন্নমক্কা মাবু য়েংনৈ) "ফজৈদা ইবেম্মসিদি, অসি ওইরমাল্লে, অসি ওইরমাল্লে" হায়দনা থম্মোয়নুংদা শোন্নৈ। থোইদোক-হেন্দোক্কা অমরনা "ইস ফজখ্রেদা মসিবু ইমৌ ওইনা ফংজরবদি নুংঙাইখ্রনিদা" শোল্লকই। মতম অদুদা বীনা'পানা

— "উম হৌজিক তাকপীববু ঐগী ইচা নুপীসিগা অদোমগী ইচা নুপাগা থবক তৌমিন্নবদগী প্রেম সম্বন্ধী লৈরক্লে, ব্যাবহার কায়নিংদবনা অহল-লমন উন্নরগা; হায়ন-শীংনদুনা লুহোং-খোংজোংসি ইমৌ ওইজরগে অসিনিনে অদোম্না তাকপীরিবদো?"

— "হোই হোই, মানি মানি।"

— "চুম্মী সংসার অসিদা মচা পিবা, মচা নিংঙোল পোক্লবদি থাজ-য়োঙ্গবা লৌন-লৈনবা, ঙাইসেন ওইনবা হায়বসি লাইহাক্তুক্তগী তৌনরকই। অদুবু ৱাদি ৱারৌবীনু ঐগী ইচানুপী সিদি মতোমতা পোকপনি, অয়ুক্কী নুমিৎ নুমিদাং' থাজ হায়বদু ওইরিবনি, ঐহাক্তী নিংঙোল মৱা য়োক্কে খল্লিবনি, অসিগীশু মথক্তা অরাপ্পা লৱায় থৱাই, চীংখোং চীংয়াদা ইচা থমজরোই সিনি ঐগী ৱা হায়ববু।"

— ময়াম্না "এ: ৱাসিদি" (মুরুম মুরুম শোন্নরকই)

— "চুম্মী তাকপীরিবা ৱাফমদুবুদি অদুদা ননাই ঐহাক্কীশু ইচা নুপা অমখক্তনিদো। য়ারগদি নুপী মচাদু ইমৌ ওইজগে লৱায়-সহর, লাইর-অনংদি থোইদোক্না থিবিগনু থম্মোয়না পামজবা মীদু ইশ্বরনি, লৈজনিংবা মফমদু স্বর্গনি খল্লম্বসু য়াইকো।

— "ৱামখা তাবীরগনু শিংবা তান্নবগী ৱাফল্লা তাকপীরিবদুবো, ঐগী ইচা নুপীদি লোয়ালমদদি থাজরোই।"

— "ৱাফম অমত্তগা হঙ্গচ্চগে" অমরনা হায়রকই।

— "করি ওইরবনো?"

— "ঐগীশু অমত্তা পোকচবা মিৎকী মনি ওইজবা ইচা নুপানি। ইচা অসিগী ইমৌ অমা থিরগা মখোয়গী মপান্দগী মপা অমা ওইবা ঐখোয়শু নুং-ঙাইজগে অমদি মখোয়গী পুন্সি নুংঙাইনবা শেম্বী শাবীরমগে হায়না মপা ঐনা খঞ্জবনি। উপাই অমত্তা তৌবীয়ুনে নুপীনা নুপাগী, মপুরোইবগী য়ুমদা লৈবা

হায়বসি হৌনবীরা হায়না খঞ্জবনি।”

— “হৌনবা, হৌনদবগী ৱা অসিদি শেমদোক শেমজিন লোইন্না য়াইদা, অদোম্না খনবিরিবদো ঐগীশু অমত্তা পোকপনিনা অদুম মখল্লি। য়ান্নবগী মখা পোল্লিদা, ঙম্মোইদবা লৈরগদি হেক্তা তোকপিয়ু। ৱা য়াম্না ঙাংনবগী কান্নবা ফংলোই নিংঙোল ময়াম পোকপা থিবিয়ো অদোমদি।”

— “মতম খরদংদি ইচাগা ইমৌগা লোয়ালমদা থমজগে অদুগা দরকার লৈরকপা মতমদা ইস্ফালদা অমুক থম্বীয়ু মসিদি য়াবীগদ্রা?”

— “চীংখোং চীংয়া লৱায় থৱাইদা ইচা মিকুপ অমগী মতম লৈহন্নিংদে, ইচা মপাঙ্গল সোল্লি, মশা ফত্তে, নারক য়েকলক্লগসু লৱায় থৱাইদা ডাক্তর লৈতবনিনা ইচা মপুন্সি তেনখিবা য়াই।”

— “মদুদি য়াম্না থম্মোয়পীকপগী ৱানি, অদুম্না খল্লবদি করম্বা মমা মপানা মচা থাজ-য়োঞ্জবা ঙমগনি, মী মীগী মরায়বক্সী অদুগা নিংঙোল হায়বসিদি লৱায় সহর হুন্দোক্লগা মপুরোইবগী ময়ুমদা সতী ধর্ম্ম ঙাক্লা লৈগদবনি হায়না শাস্ত্রনা লাওরিবসিদি।”

— “কনা লৈজদবা নুপা কয়া অমা নুপী কয়াগী মফমদা নম্বো থাদুনা পুন্সি চুপ্পা য়াওং ইনদুনা লৈনরিবসিদি করি খনবীবগে, মসি আইন্না য়াই, শাস্ত্রদগী আইন্না হেন্না চাওবসু লাকপনি। ফরে কান্নদে য়ৌবীরো, নচা নুপাদুসু কয়া মথোং চারমগদবা মান্দেদা তলবকা পিশক পিকলমগনি, গুন্দা শারগা ইচাবু কিহন্দুনা কোয়বা ওইরমগনি” অসি হায়রগা বীনাগী মপা ইমুংদা চংখ্রে।

অসুম্না নুপী হায়বা চৎলুবা অমরগী কাংবু নীংবা কায়না হল্লকই “ফরবা নুপী য়াম্না লৈরি, থুনমক অমা থিরগা মখোয়গী মমাংদা ইচা লুহোংগে” মসি অমরনা হল্লকপগী লম্বীদা খনবনি। মহাক্লা মায়থীরকপগী ৱারী বীরমঙ্গোলদা তম্মী। বীরমঙ্গোলসু য়াম্না নুংঙাইত্রে। মথং মথং ঙাংনরকপদগী বসন্তসু তারে। মদুতাবদা য়াম্না ইকাইজরে। অমরসিং ৱা অমত্তা ঙাংদনা লৈখ্রে। তশেংনা য়াওং ইলহলনিংবগী ৱা ঙাক নত্তবা, লৱায়দা থমনিংদবগী ৱা ঙাকশু নত্তবা, বসন্তবু অফবা ওইরমমোই হায়না চিংনবগী ভাব মানবা অমসু ফোংদোক্লগা ঙাংলকপা ৱাঙাংশিং অদুদা বসন্ত মপা মচাগী থম্মোয়দা য়াম্না চমম্নহল্লে। অদুবু য়াম্না কোম্না বসন্তনা খল্লকই “নুংবু নুংশিনরবদি হেক্তা চেল্লক্লগা লোইরে, মখোয়না ঐবু হাৎখ্রগা হাৎখ্রে; ঐগী থম্মোয়দি বীনাদা চোংশিনখ্রে, য়াওং ইল্লু হায়রবসু ইল্লগা

লোইরে; ইমুং অনিমক্কী য়ানবা চৎকনি। বীনানা ঐবু নুংশিবসি কদায় ফাওবা নুংশিরবনো, ঐগীদমক খোংফম কদায় ফাওবা চেৎলবগে হায়বদুদি খঙদোক্তবা য়াদ্রে।

বসন্তগী অহল লমনশিংনা বীনাবু হায়বা চৎলুবা নুমিৎ অদুদগী হৌনা বীনা ওফিস কারকত্রে। বসন্ত চিংনবা হৌরকই, মহাক্না খল্লি– "করি তৌরবা জাৎনো, মপানা চৈরবা জাৎলা, মফম অসিদা থবক তৌহন্নিংদবদগী অতোপ্পা মফমদা ট্রান্সফর তৌনবা হোৎনখ্রব্রা" হায়বা ৱাখলশিং অসি খন্দুনা লৈ। বীনা লাকপ্রা হায়না গেটতা য়াম্না তোয়না য়েংঙি। মহৌশা নোকমি নোকমি তৌদুনা থবক তৌরম্বা অদু হৌজিক্তী ইশুক শুকথনা উই। মাগী মতৌদু ইস্মহালদগী লাকপা মী খরনদি য়াম্না নোক্লিংবগী মওং উৎলকই। তশেংনা মখোয়না বীনা অমসুং বসন্ত ৱারী হেক হেক শাবা অমদি অহল লমন থাদুনা হায়না শীংনবগী থবক অদু ফাওবা খঙলবনি। অমনা হায়রকই "বীনানবু য়াব জাৎলনে, বসন্ত খক্তনা পামজদুনা বীনাগী ৱাখলদি খঙদনা অহল লমন হেক্তা থারিবজাৎলা" অমনা অমুক হায় "মনুংদদি খঙদে মপাঙ্গোংদদি বীনানসু বসন্তবু নুংশিবা মাল্লি। অয়াম্বা মতমদা মখোয় অনি য়াম্না তিন্নৈ, চামিন থকমিন্নৈ বসন্তনা বীনাগীদমক চু কাপুরকই। অসুন্না খরা খরা ঙাংনরকপনা অয়াম্বা কর্ম্মচরীশিংনা বসন্ত অমসুং বীনাগী তোপতোপ্পা লমচৎ খঙনরক্লে।

নোংমদি ইখঙ কঙহৌদনা বীনাদো ওফিস কারক্লে। বসন্তনা মহাকপু ৱাবৌরমগনি খন্না খন্না লৈরিঙৈ তাঞ্জা অদুদা কনাগুম্বী মাগী স্তাফকী মমান্নবী অমনা 'বসন্তনা মহাকপু হেক হেক ঙাইবনি হায়বা ইঙ্গিৎ তৌরকই। তশেংবদি মমান্নবী অদুনা বসন্তবু পামজৈ, লৱায়দা লৈবা ওইজরবসু মাগী অফবা খিবিকতু কল্পকচবনা মখোয় অনি থুংনহঞ্জনিংঙি। বসন্তনা বীনাবু থিরকত্রিঙৈদা হান্ননা বীনানা বসন্তবু থিরকই। নুমিত্তু বসন্ত থেংনা কারকই, মথ্বায় নুংঙাইতনা চংলকই। বীনানা নোকমি নোকমি তৌদুনা মহাকপু লম্বীদা ঙাইদুনা লৈরম্বা মতৌদু উবদা 'নীংজরিবা লাইরেম্বী' অদুনা শ্বয়ং ফাওরক্তুনা বর পীরকপগুম হরাওজৈ। কৌরকই 'ও! বীনা!" অসি হায়রগা লেপ্তুনা লৈরে, ৱা অতৈ হাংবা ঙমদ্রে, "তশেংনা বীনানা ঐবু নুংশিরে" হায়বসি খঙজবনা বীনাগী মায়থোংদা য়েংলগা খূৎ অনিদু নোইদুনা লৈরে।

বীনানা বসন্তগী ৱা ঙাইদুনা লৈ। বসন্তনা হংনিংবা ৱা য়াম্মী অদুবু করম্বনা হান্না হঙ্গদগে খনবদা ইক ইক তৌদুনা লৈরে। কারকপগী শোই ফাওবা তৌদনা বসন্তসু বীনাগা লোয়ননা খোংনাং মখোং অদোমদা, মায়ামদগী খর লাপতক্লা

চখোক্লগা লেপলুরে অদুগা হায়রকই "বীনা, ঐগী চিঠিগী রিপ্লাই মতুং ইন্না ঐনা নহাকপু থাজবদগী ঐগী চন্নবা ইপাবু নহাক্কী বাবাগা উন্নহনবনি অদুবু নহাক্কী বাবাগী ৱাখল মতুং ইন্না খরা তায়োন্নবগুম থোকলে। নহাকশু খঙলম্বা য়াই, নহাকপু লৱায়দা থমনিংদবগী ৱাফম, নুপা য়োকনিংবগী ৱাফম, ঐবুসু ফত্তবা মী ওইরমগনি হায়বগী চিংনবা ৱাফম অমদা অসুন্না ফোংদোকলকই, মসিবু' অচুম্বা ওইরিব্রা, মসিনা অচুম্বা ওইরগদি নহাক্কী মোত করি লৈবগে?"

– "খঙদেদা .... তৌববুদি ঐ অসে, হান্না হায়জখিবা অদুনি ইনিং ইখা তৌবা ঙমজদে হায়দনা, ঐ ইতোমতা পোকই অদুনা অরাপ্পদা থম্বসু পাম ... লম... লোই, অদুগা নহাক্কী অফ-ফত্ত অদুদি বাবানা চিংনজবগী ৱা ওইরমগনি নুতিগী উন্নবদি নত্তবনিনা মদুদি থোইদোক্লা ৱা ওইনা লৌবীরুগনু।"

– "হোয়নে ... ঐবুদি নখোয়গী য়ুমদা লৈসি হায়রবসু য়াইদা সোমদসু বাবাগী নাক্তা খরা লৈ' অদুগা নখোয় বাবাগীনাক্তা খর লৈ' তৌব হায়দুনি কৈদৌই হায়বগে ইম্ফালদা লৈববো, নং ঐদবু নুংশি পম্বুং ওইরবদি তুঙ্গী ফনবদুদি করিশু লৈতবা ৱানি বীনা, থাজবীয়ু ঐদি নংবু য়াম্না নুংশিজে, য়াম্না পামজে, নংনা ঐগী থৱায় ওইরবনি, ঐগী মঙলান কয়াদা নং ঐ য়ুম পানমিন্নবগী দৃশ্য অদুতমক উদুনা লৈরবনি, ঐ হৌজিক য়ুমদা লৈফম চাপম খংদে ননাক্তদা লৈনিংঙি, নঙ্গী নুংশিবা শক্তম অদুদং য়েংদুনা লৈনিংঙি। শন্না হায়রবদা নঙ্গী নুং-শিবগীদমক ঐহাক শিবা ঙমগনি খল্লি। নুংশিবা হায়বসিবু মশক খঙলিবা ঐগী থম্মোয় অসে নংগী নফমদা শিন্নরবনিকো। ঐনা চৎলিবা শুরিবা খুদিংমক হকচাং পোলাং অসিখক্তনি হিংবগী মশক ওইরিবা থম্মোয় অদুদি নঙোন্দা লৈখ্রবনি, ইজখিবা নুংশি চিঠি অদু পংই ইখিবা নত্তেকো ৱাশক অমগা লোয়ননা ইজখিবনি, .... হৌজিক ঐবু নুংশিবীবা মতম ওইদ্রিব্রা, করিগুম্বা ঐনা হায়জবা অসিদা নহাক্লা তায়োন্নবীবা তারবদি ঐদি য়ুমদা লৈররোই। ঐগী অৱাবা খঙবীয়ু, ইপাগী মমায়বুসু ঙাকপিয়ু, ঐগী পোক্লফম লমদমবু নুংশিবীয়ু, অদুগা নহাক অসে পুিন্সিগী মরুপ, পুন্সিগী খোংলোয় ওইজগেকো বীনা" ৱাহৈশিং সি পিরোয়নদুনা হায়রগা বীনাগী খুৎ অনি চেজেৎ পায়রগা চুপলকই। বীনানসু ইকাইরপ তৌনা "ঐখোয় অনি পুন্সি লৈপুন ওইসিকো" হায়রকই।

(৭)

অমরনা নীংজরিবা মচা লুহোংবগী অফবা মতম লোইখিগদৌরে। মহাক্না বীনাবু অমুক হন্না মমৌ ওইগে খল্লে। বসন্তনসু বীনাগী মরমদা মপাদা সুম তৌসি হায়না ৱাফম অমত্তা হায়দ্রে। মচাবু নুপী ময়ুমদা থমখিনি হায়না খল্লুবদা 'ফজখ্রেদা মসিবু ইমৌ ওইজরবদি নুংঙাইনিদা' হায়রম্বদো খ্বাইদগী হেন্না শকথীবী নুপী অমগুম খনখ্রে।

মতম্নদি নোংমা নোংমা হৌখিবনা থা অনি ৱাংমা লানখিগদৌরে। অমরনা মাগী মরুপ অমগী মচা নুপী খরা লৈবদু য়েংলুবনি। মচা নিংঙোল অহুমনি, অহুম অদুগী মনুংদা ইতাওনা নমৌ ওইনিংবা অমা খল্লু হায়বদুদা, খ্বাইদগী হেন্না ফজবী ইতোন তোনবী অদু পীবিয়ু হায়রুবনি। মশক ফজৈ, লাইরিক হৈ, মরমচৎফজৈ। লৌচা শীংজা মরাংকায়না লৈ, লমশু নক্নে। মদুনা হেন্না খুদোং চাগনি খন্দুনা অমরনা লুহোংলসি হায়রুরে। লুহোংবগী নুমিৎ ফাওবা লেপ্লখ্রে।

ৱারী অসি নুপীশিং অদুগসু তান্নরে, অদুগা বসন্তগী নাকোং য়ৌনবা বীরমঙ্গোলদসু ৱারী অদুম শারুরে। অমরনা হায়রকই– "ইবুংঙো বীরমঙ্গোল পাবুংনা হায়রুরিবা নুপী সে বসন্তগা অমুক্তা য়েংমিন্নরুসো, হন্দক্কী মতাং অসিদি লুহোংবা শোয়বা য়াদে হায়না কন্না থেম্মু, অতৈ অতৈগী ৱাখল লাম্মুনু হায়য়ু, ইম্ফাল নিংঙোল বীনাগী ৱাখল থাদোকউ হায়য়ু, ইনাৎ নত্তনা শঙ্গোম চাবা মৌনদুনা য়াইবী মাংঙি হায়বদো তাদুনা তোক্কনি। ঙসি তরানিদা ঙায়রবনি। মানা নুপী অমা পুশিল্লকপা হায়বদো ঙম্মরোইনে ইবুংঙো পাবুংনা খঙঙিনে।

লুহোংবগী থৌরাং লোইশিনখ্রে হায়বসি বসন্ত খঙলকলে। বসন্তনা মপাবু ওম্থোক্না লুহোংনিংখ্রবা হায়বদু ওইরে' হায়দুনা শাওই, মানা মপাদা হায়– "ঐগী ৱা অমা তাদনা পাবনা লুহোংবগী থৌরাং হেক্তা লোইশিনবীবসি ঐ য়াম্না নুং-ঙাইজদে। নুমিৎ থাবু হুইনা চাখিগদৌগুম পরপ পরপ হেক্তা হোৎনবী, লুহোংবগী মতম য়াম্না লৈরি। পাবনা হায়রুরিবা নুপীদো ফত্তে হায়বা নত্তে, পামদে হায়বসু নত্তে। নচাগীশু খরা খনবীয়ু, চঙশিল্লুবা থবক অসিগী অরেপ্পা অমত্তংদি খঙজনিংদুনা তৌবনি।"

– "আ: লুহোংবগী মতম য়াম্না লৈরি চংশিল্লুরবা থবক অসিগী অরেপ্পা অমত্তং খঙনিংদুনা হায়বা ..... নংনা হায়রিবসিনদি বীনাগী ৱাখল হোংদ্রি ... তপ্পা

মহাক্কা লুহোংবা য়াই অসিনি নংনা খল্লিবদো ... মদুনা অশেংবা ওইরবদি ইবুংঙো কান্নরোই বীনাগী ৱাখলদি থাদোকপনা ফরে, ঐদি ইচা কায়নবা ঙমলোই অদুগা মখোয়গী মপাদো ৱারী শাবা য়াম্না নুংঙাইতে ঐগা মোত চান্নদে লৱায় ইম্মল য়াম্না খায় মাগা ঐগা লান তৌনরক্কনি অদুগা নংনা লুহোংবগী মতম য়াম্না লৈ হায়বদো চুম্মী। অদুবু মী মীদুগী খ্বাইদগী ফবা পক্লবা মতম হায়বা অমা লৈরিনে, নঙ্গী ফনবা অদুনিনে ইপানা হোৎনরিবসে ... সে সে ঙসি তরানিদা ঙাইরবনি লুহোংগদবসে বার্তৌনি নুংদোন তৌগদবা খিবিক ইপাগা তান্নরসি কো।"

— "পাবা হন্দক্কী লুহোংবসি তোকখিসিদা লুহোংবা অসি হায়দোকপীখোদা।"

— "ইস, হরে হরে মতাং অসি য়ৌরক্লগবু লুহোংবা হায়দোকপা, ঐদি ইতাওগী মমাংদা শিবনা ফরেনা, ঐগী ইচা ফৈ, মরম ওকই, হায়বা ইল্লি হায়দুনা নুপী হায়রুবনি অদুগা খুমদোরক্লিবা ৱাতা অদুগা ... ইস ওহ্নোকপনিদা নহানমাংখ নংদি কৈদৌ লৈ ঐঙোন্দসু ৱা অমত্তা হায়দে, নংগী পাংদবা মতৌ অদুদা ইপানা নুংশা থীদুনা নুপী অসি হায়রুবনি অদুগা হৌজিক্লা লুহোংবা হায়দোকউ হায়বা। নহানমুকশু লুহোংবা অমা হায়দোকখ্রবা হন্দকমুকসু অমা অমুক হায়দোক্লবা. মতুংদদি কনা অমত্তনা পিরক্লরোই, নুপী মপা ময়ামদুনা ঐবু ফ্দুনা শিবা তারেনে" মসি হায়রগা অমরদো শাওনা শাওনা ইমুংদা চংখ্রে অদুগা শোম্থাংননা "ও: ওহ্নোকপনিদা অশেংবা ইচা ওইরম্লবদি অসুম থোকলোইকো" হেক হায়দোকখি। ৱাকায় য়াওখ্রে হায়বসি অমরনা খংনীং নীশিংলকই। শ্বাই লাওই। নীং-ঙমলক্তবা মিৎয়েং অমনা বসন্ত তাহৌব্রা হায়বগী ভাবতা য়েংথোকলকই। ৱাহৈশিং অদুদা মমানসু ইঙক ঙকই। "করি নুপানো ঙাওব্রা কৈনো" হায়না মতৈ মনাও শংব্রিক য়েংনৈ। "ইস হরে হরে করিগুম্বা বসন্ত তারম্বা থোক্লবদি মপুক্লীং ওনখ্রনি কমদৌনি হায়না থম্মোয়নুংদা শোল্লকই।

মপাগী ৱাহৈশিংদু বসন্তসু তাহৌই। খঙনীংবগা লোয়ননা ইমুংদা চঙলক্লগা মপাদা তপ্না হংলকই "পাবা, ঐ অসিবু ইমা অমসুং পাবগী অ'পোকপা নত্তব্রা নখোয়না পোকপা নত্রবদি ঐগী অশেংবা ইপা ইমাদু কনানো, মখোয়বু কদায়দা লৈবগে" হংলকই। মপানা "ঐনা করি হায়খ্রবগে বসন্ত ঐনা নংবু পোক্তবনি হায়খ্রব্রো, তুমিন লৈয়ু অদুগুম্বা ৱাখলদু খক খনগনু, মহৌশা নপুবোক্লা ঐবু চৈথাংবদা হেক হেক হায়বা ৱাহৈদো ঐশু মতৌ তমদুনা হেক চৈরুরে ঐ অসে নপুবোক্তুনা পোকপা নত্তে ময়াম্বনা পোকলম্বনিনে .... ফরে ফরে নংনা ময়াদ্রবনিনা উপাই লৈতে অমুক হন্না লুহোংবগী ৱা পনখ্ররোই। মীগী মচা নিংঙোলদো

লৈবাক ব্বা ব্বা লাওদ্রিঙৈদা হায়দোকলুরগে।"

নুমিৎ অদুদগী হৌরদুনা মপাদু বসন্তদা ব্বা ইঙাং ঙাংখিদ্রে। বসন্তসু য়াম্না হৈনদ্রে, মহৌশা সেগা মাইগা তান্নদুনা হরাও হরাও লৈমিন্নরম্বা অদু হৌজিক্তী তৌখিদ্রে মোত ইমান মান্নদবগুম তৌরে। মাগী মাগী তৌফম থোকপা মথৌ অদুদং তুমিন তুমিন শুনদুনা লৈরে।

মরক অসিদা ইস্কালদা লৈবা ইনাক খুনবা, বীনা মপাগী মরুপ ইনাকখুনবা গৌরোনা বীনাবু মমৌ ওইবা পাম্মী। মরুপ অসিগী মপান্দগী শেল পুথোক পূসিন তৌদুনা বীনাগী থবক চংখিবনি অসিদসু নত্তনা করি করিগুম্বদা ইমুংগী অব্বা অনা তারকপা মতমদা মরুপ অসিদগী শেল হেক হেক পুই। মরুপ অসিগী মচা নুপা মরিনি। মরি অসিগী মনুংদা য়াইমা ওইরিবা হেমন্তগী লোয়নবী ওইনবা বীনাবু হায়বা পাম্বনি। হেমন্তনসু বীনাবু খরা নৌরিঙৈদগী হৌনা ফাগী জোগায় কয়া তৌদুনা অপাম্বা উৎখিবনি অদুবু বীনানা মহাক্পু শুকয়া য়াদবনি।

নোংমদি হেমন্তগী মপা, বীনাগী য়ুমদা লাক্লুনা বীনা মপাগা লোয়ননা হায়ন-শীংনবগী ব্বারী শানৈ। ব্বারীদুগী পাওখুম ওইনা বীনাপানা হায়রকই– "য়াইনে মরুপ নুপা মচাদুসু ঠিকা খরা খরা তৌবনিনা মবুক থঞ্জবদি ঙম্লনি, ঐশুমশক খঙঙি হেমন্ত হায়বদু ওইরিনিনে?"

– "মানি মানি হেমন্ত হায়বদুনি, ময়াম্বদি ময়ুম পাক্লে মানা ইঞ্জিনিয়ারনিদনা অদুগা মখা অনিদুদি মনিপুরদা লৈতে লাইরিক তম্বা চৎখিনে। অদুগা হেমন্তসু ওখাক থবক ঙম্লবা ঠিকাদারনি ময়ুমকা ফজনা শার পোৎনিদা।

– "এ! অদুগা অকায়বা অমদি লৈরেনে মরুপ ... মানদি ময়ুম শারে হায়রিবা অদুগা ঐনদি ইচানুপী অনি শুবদি নত্তবনিনা নিংঙোলমব্বা য়োক্লিংঙিবা। মসিদা মরুপসু খনবীয়ু মদু ঙম্বীগনি হায়রগা হেক্তা লুহোং খোংজোংসি।

ঙহাক চিন্তা তৌদুনা লৈরবা তুংদা মরুপ অদুনা হায়রকই– "হোয়নে হোয়নে মদুসু চুমলিবনিনে .... মানা শারুরিবা য়ুম অদুনা মনাওশিংগী ওইহৌরগা মানা অসিদা অমুক শাজবা হায়দুনিদনা; মরুপকিশু হিংগোল শম্বলদি চাওরিদনা।"

– "চাওই চাওই।"

অসুম্না ঙাংনেরবা তুংদা মরুপ অনি অদুনা লুহোংবগী ব্বাশু লোইনখ্রে। বীনা মপানা খল্লি "লব্বাই থব্বাই গী নুপা থমদৈ শরুকপুদি শেঞ্জাও পায়বা; মীরক তিনবা, ইজ্জৎ লৈবা ঐনসু মশক খঙবা সহর মচাদা ইচা পীবনা ঐগী অমদি

ইচাগী অফবা ওইরক্কনি। য়াম্না থুনা লুহোংনবা হোৎনহৌদ্রবদি লোয়ালম মচাদুনা ফাবী পুনবিখিবা য়াই অদুনদি থবকশু হেক লেপহনবা য়াদবনিনা লুহোংদ্রিঙৈ মরক অসিদি হেমন্তদা বীনাবু চাওশেন শেন্নহনবা তাবনি।”

হেমন্তদা পীদুনা য়াওং ইলহনগনি তাবদা বীনাদো য়াম্না নুংঙাইত্রে। মপাবু নিন্দা তৌরদুনা হায়রকই “পাবুং, ঐবু করিগীদমক লুহোংনবা থৌরাং তৌবিরিবনো, ঐহাক হেমন্তদা লৈবা ঙমলোই, ঐগী ৱা তাদনা লুহোংবগী ৱা তুপথোকলিবা করিগীনো,. ঐ ঙমলোই, লুহোংবা শুকঙম ঙমলোই” অসি হায়রদুনা কপলকই।

– “হায় অঙাওবী নংনা ঐগী ৱাখল খঙদ্রি লৱায় লৌথ্রাও থার্দ ক্লাসতা লৈদে শরুক্কপুদি সহর ময়োনদা লৈবা নিংথৌগুম নুংঙাইনা পাল্লিবা ফার্ষ্ট ক্লাসকী ইমুং অসিগী মৌ ওইবনা ফত্রা। হেমন্ত হায়রিবা নুপা অদুসু মতীক চাবা ঠিকাদারনি মহাক্তনা নংবু য়োকপা ঙমগনি ইমুং অসে মাগীমপান্দগী পুমলং লঙ্গদৌরিবনি খঙঙু। অহল ঐনা হায়বা ইল্লু; অঙাংনা মৈকিবা খঙদে হায়বদো তৌনু। লোয়ালমগী ৱাখলদু থাদোকউকো।” মপাগী থৌদৌ অসি বীনা য়াম্না পেন্দ্রে। কপ্পনা মমায় মমিৎ ইপোম পোম্বদুদা ইকাইজদুনা ওফিস ফাওবা কাদ্রে।

নোংমা নিনি লৈরগা, বীনা ৱাখল অমগা লোয়ননা ওফিস কারকই। মানা খল্লি “ঙসিদি করিগুম্বা বসন্ত কারকলম্বা থোক্লবদি “ঐবু নংনা পুনিংবা মফমদা পুরো; ঐখোয় অনি চেল্লসি হেক্তা হায়রগে” অসুম' খল্লদুনা লাকপনা ওফিস য়ৌরকই। নুমিৎতুদা বসন্তসু মপা মমাগা মোত মান্নদবা অমা লৈবগী হৌনবা নীংবা কায়বা, শাওরং য়ুরংনবগী মমি তাবা শকফমগা লোয়ননা ওফিস কারকই। অদুবু বীনাগী মায়থোং হেক উরুবদা অৱাবা খরা কোকখিবগুম তৌই। মহৌশাগী তয়াং তশোইবা শক্তমদু নত্তবা থম্মোয় পীকথবা মানবা অদু উরুবদা বসন্তনা বীনাবু ৱাহং খরা হংনিঙঙি।

লন্সকী মতম য়ৌরকই। মখোয় অনি চা থকপা থোকমিন্নরকই। হোটেল অদু সেন্টর অদুগী গেট ৱাংমদা লৈবনি। বীনানা হায়নীংঙি– “ঙসিদি ঐখোয় অনি চেল্লসি ঐ য়ুমদা লৈনিংদ্রে।” বসন্তনসু হৌদোকনীংঙি– “বীনা নহাক ঐখোয়দা লৈরসিনা, ঙসি হেক্তা চেল্লসি।” অদুবু মখোয় অনি হেক হৌদোক্লবা ঙমদদুনা লৈরে।

চা থক্লা থক্লা বসন্তনা বীনাগী মায়থোং উরুবদা হংলকই

– “বীনা নহাকপু কৈদৌরবগে নশা অদু ঙমদবা মাল্লি, নমায় নমিৎ ইপোম পোম্না উই নখোয় বাবানা য়াম্না চৈরব্রা?”

– “ঐ য়ুমদা লৈনিংদ্রে, হেমন্ত কৌবা ঠিকাদার অমদা ঐহাকপু লুহোংনবা শীল্লমলে। ঐ মহাকপু পামদে।

— "ও! নংনা মাবু য়ানিংদবা ওইরবদি শিরগা শিরে, চংলগা চংলে ঐখোয় অনি চেল্লসিরা ঐশু নহাক য়াওদ্রবদি য়ুমদা লৈবা য়ারোইদৌরে, অহল লমন্না ঐবু য়াম্না শাওরে। বীদেশ অমদা চৎখ্রসিরা খল্লে বীনা।"

— "অদু ওইরবদি হোরেন ছুটি হেক ওইবগা ঐগী গাড়ী মচা অসিদা চৎখ্রসি নংনা ফগনি খনবা মফম অমদা লৈরুরসি।"

— "ফরেনে শোয়বা য়াদ্রেকো" অসি হায়রগা অমগা অমগা নুংশিনা য়েংনৈ মোমোন নোকচৈ। অসুন্না হোটেলদগী মপান থোকলক্লে। নুংশিবা থুংনবা হায়বদু ওইগদৌরে খল্লুবদা থম্মোয় মকা লামলকই।

মখোয় অনিগী ৱারী ৱাতাই তারগা, মিৎয়েং নায়েং উরুরগা ঙসিদি করিগুম্বা খরা থোক্লবা য়াই হায়বসি হোটেলদা লৈরম্বা মী অমদি হোটেল মপু ঐজ্ঞা অদুনা খল্লি। "করিশু কায়দে মশা মশাবু য়ান্নরবদি তৌসনু" হায়না ময়াম্না নোক্লা নোক্লা লৈহৌই।

ওফিস ঔৱার লোইখ্রে। ময়ামসু হন্নখ্রে। ইম্ফালদগী লাকপা থবক তৌবা মীশিং অদুসু অয়াম্বা চৎনখ্রে। বীনাবু খঙবা মীওই খরনা "করিগীনো ঙসিদি বীনাসি চোম্থহৌইদা করিবু তৌদৌরি জাৎনো" হায়না খন্না খন্না চৎনখি।

ফাইরেন থাগী মতম ওইবনা নুমিৎ তারে। বসন্ত, বীনা অনিসু বীনাগী গাড়ী মচা অদুদা পুন্না তোংলগা অৱাং পাংনা থৌরকলে। খরা চৎলগা মাগী খুঙ্গং তাবা লম্বী অমদা বসন্তনা গাড়ীদু হেক থৌজিল্লকই। মতম অদুদা মখোয়গী তুংদা ইন্নরকপা অঙৌবা কার অমদা তোংলকপা মীওই খরনা থান্নগা, থাং পায়বা নুপা অমা কুমথরকই। অতোপ্পা নুপা অনি বসন্তগী মনাক্তা চংশিল্লকই। থাং পায়বা অদুনা—"বীনা নং কদায়দা চৎকদৌরিবনো? কার অসিদা তোংখৎলু অদুগা নংগী গাড়ী অসিনা ঐখোয়না পুরক্কনি" হায়রকই। বীনানা য়াদে বসন্তবু কোন্দুনা লৈখ্রে। নুপা অদুনা বীনাবু কারদা তোংখৎনবা হন্না হন্না হায়রফাওবদা বীনানা য়াদে মানা হায়রকই।

— "হেমন্ত, করিনো নংনা তৌরিসে ঐহাক নংগা মরী লৈনদে তুক্কচৈ, বসন্ত হায়বা নুপা অসিগা ঐগা চেনগে হায়দুনা থোকলকলবনি। নঙ্গী গাড়ীদা তোংবগী দরকার লৈতে ঐবু থাদোকউ, ঐখোয় অনিগী নুংশি লম্বী করিগী অপনবা পীরি। হৌজিক মক লম্বী থাদোকউ। করিগুম্বা নহাক্লা নুপা অসিদগী ঈ মরীক অমত্তং থোকহল্লবদি ঐশু শিগনি খঙঙু।"

হেমন্তনা বীনাগী মখুৎ পায়রগা চিংথোকই অদুগা কার মনুংদা ইনশিনখি। অদুগা বসন্তদা ওল্সিল্লগা "হায় লোয়ালম হেরো বসন্ত, বীনাবু নংনা লৌবা মপোক অসিমগী খল্লুনু; ঙসিদগী হৌনা বীনাগী ৱাখল থাদোক্কদবনি, করিগুম্বা মখা তানা অমুক ঐবু উশিং থওইদদুনা মহাক্কা মরী লৈনরক্লবদি নং সংসারসিদা লৈত্রে খঙঙু।"

— "ভাই হেমন্ত থম্মোয় অমবু জয় তৌবা হায়বসে থম্মোয়দনা ঙমগনি থাংনা, তেন্না জয় তৌগদবা নত্তে, নুংশিবা হায়বসে থম্মোয় মনুংদা লৈগদবনি থাং ময়াদা লৈগদবা নত্তে, নংনা ঙসি বীনাবু ঐগী ইখুত্তগী মুন্দুনা পুগদৌরিবা অদু নংগী থম্মোয়না হৈ-শিংনা, থেমজ নৌজদুনা মুন্দুনা পুবা ওইরবদি ঐনা নংবু সনমান তৌগনি নুপা মচা থোকই হায়গদবনি, ঐবু হাৎলগা ঐগী থৱায়দগী হেন্না নুং-শিজবী নুপী অমবু খুল্লগা পুবা হায়বসে শাহিং চাবা শাগা পাংখল্লী মীওইবগী থম্মোয় নত্তে। খুৎলাই অদুগী মপান্না নুপী লৌবনি, মতৌ অদুম্না নুপী লৌগদবা নত্তে। নংনা থৌনা ফরবদি খুৎলাই অদু থাদোকউ, ঐখোয় অনিদং ফিজিকেল চেল্লেঞ্জ তৌনসি, অশিবদু মরায়বক ওইনসি।"

হেমন্তনা মমান্নবা অনিদুদা বসন্তবু ফুনবা ইঙ্গিৎ তৌই। মখোয় অনিনা বসন্তবু কাওবা থিনবা হৌরকই। শারাক ফবা বসন্তনি ফুরকপা য়াই খন্দুনা রেদিদা লৈরম্বনা ঙম্বমমখৈ ঙাকথোক্লবা হোৎনৈ। অনিগা অমগা ফুনবদি অনিনা খরা লাকচগল্লি। অদুবু বসন্ত অৱাবা খঙদে, অৱোইবা থাদুনা অনিদু ফুবা হৌরকই। মতম অদুদা হেমন্তনা "থাংনা থিন্দুনা হাৎলগে" হায়না লাওদুনা বসন্তবু কিহল্লি। বীনানা পাখৎত্তুনা বসন্তগী নাক্তা চেনশিল্লক্লগা বসন্তবু কোন্দুনা থম্মী। খোঞ্জেল অদুদা লকক তৌদুনা বসন্তনা লৈরিঙৈদা নুপা অমনা তুংলোমগী নুঙ অমনা বসন্তগী মকোক্তা শুরকই। বসন্তনা মকোক পায়দুনা ঙাওনা ফৈনা লৈরিঙৈদা হেমন্তনা খোংপাক্লা কাওদুনা লৈমায়দা তুহল্লি। বীনা কপলকই, লাওরকই। মতম অদুদা বীনা ৱাহুখিরম্মী। বীনাগী ফীভম অদুদা নুংশা থীরদুনা থুনা চৎনবা থৌরাং তৌরকই। তাঞ্জা অদুদা বীনাগী মপাশু মচাবু ওকপা লাকই। হেমন্তনা হায়— "লোয়ালমগী পাখং অসিনা বীনাবু ফাদুনা পুরম্বদগী ঐখোয়না কল্লগা পুরক্লিবনি। য়েংবীয়ু ঐখোয়না ফুবদগী তাদুনা লৈরিবসিনি। মদু বীনা মপানা য়েংলকই অদুগা হায়রকই "উম তৌরমগনি খল্লি ঐসু অদুগা বীনানা কৈদৌরবা?" বীনা গাড়ী মনুংদা তাদুনা লৈরম্বদুদা হংলকপনি। "বীনা ৱাহুৱা করিনো অমা তৌখ্রে; য়ারবদি খরা থুনা ডাক্তরদা চৎনবা ....। " মদু তাবদা মপানা— "হায়! করিনোনে হায়রিসিবো অদু

ওইরবদি পরপ পরপ চৎসি, মগী গাড়ী অসিনা কনানো অমা থৌরক্নো" অসি হায়রগা মখোয় পুন্নমক চৎখ্রে।

মী লৎপা মফম অমসুং মতম ওইবনা লমদম অদুগী মী অমত্তনা বসন্তগী থৌদোক অদু উহৌদে অমসুং তাহৌদে। পুংজা খরা ৱাঙ্খদুনা লৈরুরবা তুংদা বসন্ত জ্ঞান খরা লাকলক্ষ্মী মাগী ফীভম অদু কনাগুম্বনা উখ্রগা চোপকদবা অদু উরদুনা ওঙ্খোক্না ৱানা হোৎনদুনা য়ুমদা য়ৌরদিকো খন্দুনা তপ্ন তপ্না লাক্লে। মশা পুন্নমক নাই, কোক্তা ঙাওবা অমসুং অনাবা ফাওরকই। নিংথমথাগী মতমগা ওইবনিনা থক থক নীক্না লৌবুক লমহাং, খোংবাল-লুকলাং শম শমদুনা লাকই। করিগুম্বদা মায়কৈ ঙাওই, করিগুম্বদা খুদি থীজিল্লি, করিগুম্বদা লৈতোং অমদা ফল্লগা থৱানমিয়াকশিং য়েংলগা চিন্তা তৌদুনা লৈ।

অসোমদা, থেংলবা নুংদাং ফাওবদা মচা লাকত্রবদা বসন্তগী মমা মপা লৈফম চাফম খংদ্রে। মপানা খল্লি– "লুহোংসি য়াদে হায়দুনা চৈরুবদুদা শাওদুনা চৎখ্রব্রা নত্রগা নুপী অমগা চৎমিন্নখ্রব্রা নত্রগা বীরমঙ্গোল খোইদা লৈরমগদ্রা অসুন্না মওল মওল খল্লকই। ঙাইবা ঙম্বমখৈ ঙাইরি, চাদে, থক্তে, তুমদে। অহল অনিসিগী অৱাবসি লৈবাকলৈসু তারদুনা মৌপ্পা বসন্ত লাক্তবগী অৱাবদা শরুক য়াররে। অহিং মমৈ ওইরক্লবদা বসন্ত য়াম্না ৱানা মশা থক থক নীক্তুনা চংলকই। লৈরমলিবশিং অদুনা অশুক থেংনা কদায়দা চৎলুই; করি তৌরে; হংলকই। অদুবু বসন্তনা করিগুম্বা পাওখুম অমত্তা পীদনা নোঙ্খরপ তৌনা চঙলক্লগা মফী মরোল বানা হোংদোক্লগা মাগী ফমুংদা দম তাখ্রে। মচে লৈবাক্লে চেঙ্গিল্লক্তুনা মৌপ্পাগী সেবা তৌরকই। মমা, মপা অমসুং লৈবাক্লেনা বসন্তগী অকোয়বদা ফল্লগা করি তৌরবনো হায়না য়েংঙি। মখোং মখুৎ লৈখোম মক্তনি, মফীমরোল শেগায়রক্ষ্মী, মকোক্তা ঈ থোকলক্ষ্মী মায়দা দাগফম লৈরক্ষ্মী। মখোয় অহুল্লা কপ্পা কপ্পা "কনাগ খৎনরিবনো, কনানা ফুরক্লিবনো, কনাগী মফমদা করি লাল্লুবদগী অসুক থীনা ফুরক্লিবনো" অসুন্না হংবোই শোনবোই তৌদুনা কপ্নরকই।

লৈবাক্লেনা কোক্কী ঈ অদু চামথোকপিরে। মমায় মমিৎ তৈথোকপিরে। অরুম্বা ফৈজুপ শুপ্পীদুনা পোথাহল্লে। বসন্ত কন্না তুমথখ্রে। চোইরোলদা হায়রকই

"ইচে, ঐ য়াম্না ৱারে; পাবা নচানা লানখ্রে, নচাবু ঙাকপীয়ু, হয়েংমখৈ পাবনা হায়বা ইল্লগে।" মসি তাবদা মপাদু থম্মোয় পুবা ঙমদ্রমাল্লে– 'ইপাগী ইবুংঙো বসন্ত, ইচানা করি লানখ্রবগেনে, কনানো ইচাদা লাকচথিরিবা ইপা লমন খুমগেনে ইবুংঙো" অসি হায়রগা ৱাশকখ্রে। মমা জীবন লতাসু মতম্বাক্তা

চাওজরকপা মচানিনা খাঙুথক্তা শিরগদ্রা খঞ্জদুনা মচানা জ্ঞান হেক লাকত্রিফাওবা হিক হিক কপতুনা মচাবু কোন্দুনা থমখ্রে। সেকেণ্ড, মিনিট, পুংজা কয়া হৌখিদুনা অহিং মতোল লোমলকলে। বীনাগা চেনসি হায়না ঙাংনখিবা নুমিৎ অদুসু লোইখ্রে। নোং ঙাল্লে। লৈবাক্লেনা চানচিংবা অথুম অহাও শেম্বীদুনা মৌপ্নাদা পীথক্লে।

মশা ঙমদদুনা লৈবনা ওফিস চত্তবা হাপ্তা অমা ফাজিল্লক্লে ছুটিশু নিহৌদে হয়েং কোন্না নিবা য়াগনি হায়বগী ৱাখলদা ইকোম কোন্না লৈথোকলুই। অশোমদদি মাগী ৱারী পুন্নমক ডাক্তরনা খঙলক্লবনিনা য়ান্না শাওহে, লমচৎ নাইদে, লায়েংশঙ অসিগীদমক খনদে মতীক চাবা একসন লৌখৎকনি হায়দুনা লৈরে।

বীনাদি নোংমা নিনিদং লেপলুরগা ছুটিগী চেগা লোয়ননা কারকপনিনা থোইদোক্লা দণ্ডি লৈত্রে। মহাক্লা নুমিৎ নিনি লাক্তবা অদুদা চিংনদুনা থবক তৌমিন্নবা মমান্নবা খরনা ময়ুমদা চৎলুবা অদুদা থৌদোক থোকখিবা ৱারী অদু খঙলকখিবনি। অমরোমদা বীনা মপানা মচাবু ওফিসতা হেক হেক শঙবা লাকপা অসিনা মপানা বসন্তবু য়াদে হায়বসু খঙনরকই। বীনানা বসন্তবু নুংশি হায়বসি মপানা খঙবনিনা অমুক হন্না চেনবা চোংবগী থবক অদু থোক্তনবা অমদি ডাক্তরগী পাওতাক মতুং ইন্না মতম খরগী ওইনা মপানা বীনাবু শঙবা লাকপনি। ডাক্তরনা হায়খি "মহাক অসি অকি-অখং, অৱা অনাগী থৌদোক; মথ্বায় নুংঙাইতবা ৱাখল, ৱা কন্না কন্না ঙাংনবা ইমুং, মাগী নীংজবা হেক কায়হনবা, নোংমৈ বোমনচিংবগী মখোল, থাং তেন উৎপা অসিনচিংবা মঙোন্দা পক্লদ্রে; হাট শোনবগী লায়না অমা লৈরে। ঙসিবু করি করি থৌদোক থোকখিবা য়াওবগে?" হেমন্তনা খুমলকই "শুমদৌবনি নুপী অসি কনাগুম্বা নুপা অমনা ফাদুনা পুরম্বদগী ঐখোয়না নুপা অদুবু ফু-চৈরগা নুপী অসি মুলহৌবনি।" "মদুদবু থাং তেন শিজিন্নখিব্রা?" 'হোই" হেমন্তনা খুমলকই। "অদুগা ঐ ৱা অমদি ফোংদোকচনিংঙি ইচম চম্ননিকো ৱারৌবীবদি য়াদে নুপা অদু নুপী অসিগা য়ান্নদুনা চেনবা ওইরমগদ্রা খল্লি, ফাবা ওইরগদি নুং-ঙাইতবা ৱাখল অদুক হাক্লা লৈরোই, ৱাহুদবসু য়াই, মসি ডাক্তর ঐখোয়শু খঙজবা খরা লৈবননি ৱারৌবীবা য়াদেকো।" মখোয় ময়ামদু অমগা অমগা য়েংনৈ। মতম অদুদা মপানা হায়রকই– "মসি মহা লৱায় মচাদুনা থোকহনবা ঙাক্তনি।"

হাপ্তা অমগী মতুংদা বসন্ত ওফিস কারকই। নুমিৎ অদু বীনা কারক্তে। "বীনাদুবু করি তৌরবনো নুমিৎ অদুমক্তদা অদুম চেল্লমলগদ্রা নত্রগা মমা মপানা ফু-চৈদুনা ৱারকপদগী কিদুনা লাকত্রিবজাৎলা" হায়না বসন্তনা খল্লি। অসুন্না

বীনাগী ৱাখলগা, ওফিস কাহৌদবগী ৱাখলগা, মমান্নবশিংনা মাবু ফুদৎলগা মখূত্তগী নুপী মুলহৌবগী ৱাখলময়াম অদুগা লোয়ননা থবক কারকপনি। ইনৌ নৌনা থবক চংলকপগা পাংখক ওইনা মী খুদিংমকপু মানা ইকায়জে, মীশিং অদুনসু মাবু হরাও হরাও তৌবীদবগুম, নোক্নবগী ভাব অমদা লৈনবগুম উই। "অহানবা থবক চংলকপা নুমিত্তি বীনাগী নুংশিবা শক্তম উইদো অদুবু ঙসিদি বীনাগী নুংশিবা অমসুং ফজবা শক্তমদো উবা ফংলরোইদ্রনে" অসুন্না থম্মোয়নুংদা খল্লগা অঙাওবগী মতৌগুম ভেরেনদাদা লেপ্তুনা লৈরে।

মতম অদুদা ডাক্তর সঞ্জয় কারকই। ডাক্তরনা মাবু উবদা "বসন্ত! লাও চংলকউ ঙসিদি ঐ ৱা অমা নঙোন্দা হায়গে নহাক ঐবুদি শাওগনু; ফরবসু ফৎত্রবসু নহাক অসে নুংশিজবনা ফার্মাসিষ্ট ট্রেনিং থাগে খল্লিবনি অদুবু নংদি লায়েংশঙ অসিবু করি অমত্তা খনদ্রে, ইথক ইরাংদা তাওদুনা লৈরে, নথক থোংবশিংবু থওই উশিংলকত্রে। নংনা তৌরিবা লমচৎ শাজৎ অসিদি মফম অসিদদসু নত্তনা পৃথিবীগী লোয়শঙ খুদিংদা চৎনবা য়ারোই। নহাক্না অশুক কুইনা লাক্তববু কেজ্রেল লিফ অমা ফাওবা ইরক্তনা তুমিন্না লৈথোকলিবা অদো নঙ্গী ননিং নখা তম্বনি। অসিগুম্বা লায়েংশঙ অসিদা লৈবদা নহাক মতীক চাদে, নংনা খঙলিবদুনি লায়েংশঙ হায়বসি করিনো, কান্নদে মখা তাদুনা মফম অসি সরকারগীনি, মীয়ামগীনি নথন্তগী নত্তে, ইথন্তগীসু নত্তে অদুনা মফম অসিদগী নহাক অরাপ্পা চীংনুং অমদা ট্রান্সফর থানবা হোংনরগনি। ফরে থোকখিবা য়াররনি।" মসি তাবদা বসন্তনা "হন্দক্কী মতাং অসিদংদি ঐবু ঙাকপীয়ু সার ঙমজদদুনা তৌজখিবনি। মতুংদদি য়াম্না হায়বা ইনবা, লমচৎ ফজবা, ইথক ইরাংদা লুপ্তবা মী অমা ওইজরগনি সার, চয়োল অমগী কেজ্রেল লিফ ইরগা পুজরক্লবনি মাসিদদি এসেপ্ত তৌবীয়ু মসিদদি য়াবীয়ুনে সার, ঐনা খোঙ পায়দুনা হায়জরি।" অসুন্না নোঞ্জবা য়াবা মখৈ নোঞ্জরগা অইবা ছুটিগী চে অদু ডাক্তরদা পীবনি অদুবু অরেম্বা তাখ্রে। "মদু ঐ লৌবা ঙমলোই, তুংদা লমদম্নবা লাক্কনি" হায়রল্লগা ডাক্তর মপান লোমদা অমুক থোকখ্রে।

মথঙ্গী নুমিৎনি বসন্ত খরা থেংতক কারকই। মাগী মশক উবদা লৈরমলিবা কর্ম্মচারিশিং' মচীন খুল্ল খুল্লদুনা পংনোক্তা নোকই, খোঞ্জেল থোক্লা নোকলকপসু য়াওরকই। অমনা হায়রকই– "মী মীগী মরায়বক হায়দুনি," অমনা অমুক হায় "ওইরোইদৌবদা হোৎনবা হায়বসি মতম মাওঙি, হকচাং মাওঙি।" অসুন্না ঙাংনরগা নোকলম্বা ময়ামদু বসন্তনা তারগা খল্লি "করি তৌরবা জাৎনো ঙসিসিবো নত্রগা ঐবুরা ময়াম্না নোক্লরিবসে" অসি খল্লদুনা চংলক্লগা ময়ামদা হংলকই–

"ইচিন ইনাওশা করিগীনো ময়াম্না নোকলিবসিবো করি তৌবা য়াওরবগে?" ইস্পালদগী কর্ম্মচারী অমনা খুমলকই–

– "বীনাদু চেনখ্রে হায়হৌইনে।"

– "কনাদনো, কদায়দনো?"

– "কনাদা ওইগনি ইস্পাল মচা শেল পায়বা হেমন্ত হায়বদো অদুদনি।"

"উম ফরে, চেক্তা চেকসিল্লক্লগা অহেনবা, শেল পায়বা সহর মচাদা হেক মতাই" অসি হায়রগা মচীন্দা মুরুম মুরুম শোল্লকই, লেপলম্বদগী ফমথখি, চিনবান্দদি মোমোন তৌরকই থম্মোয়নুংদদি কপ্লে। ঙহাক লুকথদুনা চিন্তা তৌদুনা লৈরগা চে অমদা করিগুম্বা খরা খোৎ খোৎ ইরগা ফুরিৎ খাউদা হাপচিনখ্রে।

ডাক্তর কারক্লে। মাগী ফমফমদা ফমখ্রে। বসন্তনা ব্যবহার তৌদুনা মনাক্তা চংনবা য়াথং নিরকই। ডাক্তরগী অয়াবা লৌরগা চংলক্লগা ফুরিৎ খাউদগী চে অদু লৌথোক্তুনা লান্সিল্লি। রিজাইনেসন লেটর ওইরম্মী। বসন্তনা হায়রকই "ঐগী ট্রান্সফরবু ওইরবসু, দিসচার্জবু ওইরবসু অমত্তা তৌবীরুরগনু, সারনা কোয়চেন চেন্দুনা ৱানা হোৎনবদো ঐ য়েংবা ঙমজরোই ইশানা য়ানা ঙসিদগী রিজাইন তৌজরবনি। চে অসি মাংখিদনবা থম্বীয়ু ঙসিগী তারিক, চৎলিবা থা, চৎলিবা চহি অমদি ইখুৎ মক্কী সিগ্নেচর শুনা ইজরবনি। সারগী অচুম্বা চৎপা, করপসন লৈতবা, মরৈবাক নীংবা, ওফিসার অমা ওইনা মথৌ মশক খঙববু থাগচ্চরি" অসি হায়রগা বসন্ত মপান থোকলকলে। লাইবক থীরবা মায়থোং অদু মফম অদুদা কুইনা উৎনিংদ্রদুনা বসন্ত তপ্না তপ্না চৎখিবনা পি,ঐচ,এস, সি, লোয়শঙ অদুগী গেট ৱাংমা লানখ্রে।

## (৮)

নুংঙাইবা, ফজবনা থল্লবা তাইবং ফম্বাক থক অসিদা শৈরোল শুরবা ইথক-ইরাঙ্গী পাদারদা নুংশি-নুংঙোলগী সারিগম পাল্লগা শকনিংবা ইশৈ শক, নুংঙাইবা মশক খংজগে, অমৃতনা থল্লবা যৌবন পুন্সিগী রস অদু ফংজগে খন্না তিংলুবা থম্মোয়গী বীনাদো অরেম্বা তারে। বীনা শেম্বা হৈতবা কলাকারনা নিয়ম কায়না তিংলুবা বীনাগী তার, তৎখিদুনা শাগচ্চরুবা রাগ পুম্বা কায়খ্রে। বসন্তগী থম্মোয়নুংদা চেৎনা থমজরিবা তাইবং বীনাগী নুংশি লৈপুন তৎখ্রে, রানা শাগচ্চবা রাংলবা ফুড়াগী মখোং চেৎখিদবনা মতেক মতেক কিম্থ্রে। লাংজরুবা কর্ম্মনা অরোনবা ওইখিবনা মদোম তরক রাজরে। কং-ঙাওনরবা মাগী থম্মোয়বু থেমজিন খোচিনবীনবা মরুপ মপাং রাৎখিবনা বসন্ত ঙসিদি তৎলবা তেলঙ্গগী মতৌগুম পল্লেপফম খংদনা চৎখিবা তারব্রা।

অশেংবনি, য়ুম চংলুবদা মায়থীবতা ফংলনি খল্লে বসন্তদো। থবকশু তোক্লে, মমা মপাগী য়াথং ইন্দবদগী মাবু য়েক্লবগুম উবিরে, বীনাগী আশাসু মপোকসিমগী ওইনা মমী শামলে, সংসার পুম্বা অরাবতনা কুপখ্রবা খল্লে, পোক্লফম লমদম য়েক্লবগুম উরে। মীনা ফৃখিবগী দাগফমগা লৈবনে। শিরশিরা হায়বা রাখলদু য়ৌরক্লে।

মাগী ওফিসতগী ময়ুম য়ৌবা লম্বীদা তপ্পা তপ্পা লাকপনি। লমহাংগী লৈতোং অমদা ফল্লগা চনৈনরবা রাফমশিং করম্বনা ফগদগে খনবা হৌরকই। “বীনাদো মীগী ওইনা চৎখ্রবসু মাগী নুংশি মুর্ত্তিদি ঐগী থম্মোয়নুংদা লোত্তুনা থমহৌরিনা, মাগা ঐগা তাম্নখ্রবসু মানা ঙাংলম-শকলম্বা নুংশিরবা রাহে রাতা কয়া ঐগী নাকোংদা ঙংদুনা লৈহৌরি। মঙলানমক ওইরবসু নোংমা ঐগী মঙলান অমদা মানা ঐগী য়ুমদা লৈরনি হায়না মখোংনা থোংনা লাকলম্বা, মদুদা ফজরম্বা মাগী শক্তম মুর্ত্তি ঐগীনি হায়না খঞ্জরুই, তশেংনমক য়ুম পাল্লবনি নীংজরুই অদুগা অমরোমদা মাগী ঐগী থম্মোয় কখোল্লা নুংশি লৈপুন ওইরসি হায়না য়ানদুনা চেন্ননবা থৌরাং তৌমিন্নরুই। মদুদা মহাক্লা ঐবু নুংশিজদুনা ঐগী নাক্ত, ঐবু কোন্দুনা লৈখিবা ঐনা কাওররোই। মায়কৈ অমদা ঐনা মঙোন্দা ইখিবা নুংশি চিঠিদা পনখিবা রাহে ঃ

*হন্দকমুক্কী মপোক্তা ইতিক ইপা চাদ্রবসু*
*ঙাইরমগেকো মথঙ্গী লাংওন অমদা,*
*নশুংলাঙ্গীদমক কেম্লবা হকচাং' সিদি*
*লঙজরুবা ইরান্দুগী লমন ওইনা*
*ব্বারবা তাইবং কনাগী মফমদা*
*বলিদান তৌবা ঙমজগে।*

অসুম্না ইখুৎমক্লা ইখ্রবা ব্বারোল অসিমক ব্বাশক ঙাক্লা চৎত্রবদি ঐগী পুক্সিদী কৈদৌননি। কদায় ফাওবা ঐহাক্লা বীনাবু নুংশিবগে হায়বদো ব্বাশক ময়াম অসিনা উৎলগে, নুংশিজবা মশুংলাংগীদমক ব্রহ্মচারী ধর্ম্ম চৎলগে, ইশাগী ওইজবা থাদোক্লগা মীওইবা কাংলুপকী য়াইফনবা হোৎনগে, অশোন-অনা খিবিক্কি সেবা তৌদুনা পুক্সি লেম্লগে অদুগা মাগা ঐগা কায়নরবা মতুংদা পাউতাক অমদি পীরম্মী "থৌনা ফৌ, শেল পায়য়ু, লৌশিং শিংঙু" মসি মচীনমক্লা হায়রমদ্রবসু মাগী থৌদোকশিং অদুনা তাকপনি।

মাবু লমজীংবিরিবা মপাদি, লাইর চুদৎনবা লব্বায় মচা পামদে শেঞ্জাও পায়বা, সহরমচা; মশক ফজবা ঠিকাদার হেমন্তগুম্বা পামখিবনি। অব্বাবা ব্বাখল্লক্তা অনৌবা আশা অমা লাকলম্মী। শেল য়াম্না তাল্লগা মমা মপা য়োক্কে, লৈবাক সেবা তৌগে, অশোন অনাগী য়াইফনবা হোৎনবদা থব্বায় থাবা কিখ্ররোই হায়না ব্বাশকলে। ব্বাখল অসি লাকপদগী অব্বাবা খজিক্তং কাওখিদুনা ময়ুম য়ৌনা চৎপগী পাঙ্গলদি ফংজরে।

মমা মপানা ঙাংবা শকপা খুমদে, শাওদে অদুবু মিৎলুদগী পিরাংদি হেক হেক শীষ্করকই। অসুম্না নোংমা নিনি লৈরম্লবা তুংদা নোংমগী নোংঙাল্লমদাই মতমদা বসন্ত হৌগৎলগা মমা মপা অনিগী খোঙশিং লাইবক কৎলি, পি শিষ্করকই, লাইনিংথৌ সনামহী কাদা চঙলগা "লাইনিংথৌ ইবুংঙো ঙসি ঐনা চচ্চগদৌরিবা অসি অব্বা-অনা তারুগে হায়না চচ্চগদবা নত্তে লংফৈদা পৈশা লিককোল মরাং কায়না তাঞ্জরগা মীওইবা সমাজগী সেবা তৌজগে খঞ্জবনি, ননাইগী নীংবা থুং হনবীয়ুকো" হায়দুনা খুরুম্মী। মতুংদা খাউ অমদা ফী অমা অনি য়োম্লগা য়ুমদগী থোকলকলে। মাগী খুঙ্গং লাম্থোকলমদাই মতমদা খুঙ্গং অদুবু ঙাকপীরিবা উমং লাইনচিংবদা বরনিজরগা খুঙ্গং ব্বাংমা লাল্লক্লে।

বসন্তদো অহিংদা মপান থোকখিবদগী হঞ্জিল্লকত্রে হায়বসি লৈকায় ব্বা ব্বা

লাওনরক্লে। নোংমত্তসু অহল লমন' তাকলমদনা অহিং তাইবংদা মপান থোকখিদবা মচানা হজিল্লকত্রবদা মমা মপা অনিগী অৱাবদি করিনা প্রমান ওইগনি। ৱাবনা পন্দোল লোমলে। মহৌশাদি অসুন্না ঙাইনরবা তুংদা অথেংবা অহিংদা মীগা ফুনরুই হায়দুনা লাকখি অদুবু ঙসিদি লাকপা মরৈখিদ্রে। খলহৈদবা ৱাখল কয়া খনবা হৌরক্লে। অনিগী অৱাবা মতৌ অসিদা য়েংবা ঙমদ্রদুনা কৈরোয় লৈকায়গী মীপুন্নমক লাক্কুনা অঙম অঙম্বা মতেং পাংলরে। অহল' মতম ওইরক্লবা মমা মপাদো হেন্না ৱাখিদনবা জ্ঞান তাবা মা খরনা "ঐখোয় থিগনি, খবরদা হাপকনি শোয়দনা লৈরমগনি" হায়না থেমজীনবিরে।

নুমিৎ মঙানি শুজিল্লক্লে অমরসিং অনুতাপ লাক্লে "করি নুংগী মহাকপু অপোকপা নত্তে তাহল্লুবা, লুহোংসি য়াদে হায়বগীদমক করিগী তথি তথি ঙাং লুবা, মাংজরেদনা ঐদি, ইচা লাকত্রিমখৈ করিগুম্বা অমত্তা চাখ্ররোই থকখ্ররোই" হায়না ৱাশকখ্রে।

মথং নুমিৎকী অয়ুক্কী চাকচা মাংনি। তিল্লিবা মী পুন্নমক চিন্তাগা লোয়ননা লৈনরি। তাঙ্গা অসিদা লৈকাই অদুগী পাখং বীরমঙ্গোল চেল্লক্লগা "ময়াম পুন্নমক ৱাবীগনু বসন্তগী চিঠি লাক্লে" হেক হায়ৈ। ময়াম হরাওই। "কদায়দনো, কনাগা লৈবনো, করম্না লৈরিবনো" অসুম্না হংনবদা পুমলাং হেক লাঙঙি। ময়ামগী ৱা মতুং ইন্না বীরমঙ্গোলনা চিঠি অদু পাথরকই –

মোকোকচুং
নাগালেণ্ড
তাং ....................

নুংশিজরবা ইমা অমসুং পাবা

লমদম তান্না লৈহৌরবা ইমা অমসুং পাবগী মফমদা খুরুমজবগা লোয়ননা চিঠিনা মরম ওইরদুনা ফোংদোকচরি মদুদি ঐহাক হৌজিক নাগালেণ্ডগী মোকোকচুং টাউনদা লৈরে। য়াম্না নুংঙাইনা, চীংমী পুন্নমক্না লুনা তৌবীদুনা লৈ। সমসন কৌবা ঐগী চান্নরবা মরুপ অমগী য়ুমদা লৈবনি। মহাক লৈবাক অসিগী শকনাইরবা উগী কারবার (ফেক্তরী) চাওনা তৌবা নিপা অমনি। ঐখোয় অনি পুন্না থবক তৌমিন্নসি হায়না হোৎনরি। ঐশু মসি পামজে। সরকারগী থবক্তী চাওখৎপা তপ্পী অফা-অপুন্নে। মফম অসিদা মতম খরদং নাদ য়েক্তনা লৈজনবা ইমা অমসুং পাবগী থৌজাল নিজরি। লৈকাইগী নুংশিজরবা ইপা ইপল, ইমা

ইবেল, ইচিল-ইনাও পুন্নমক্তা ঐহাক্কা ইকোক নোঙ্গরকই হায়না তম্বীয়ু। ইমা অমসুং পাবসু নাদ-য়েক্তনা লৈবীনবা ইশ্বরগী মফমদা খুরুমজরি।

নখোয়গী মচা
বসন্ত

বসন্তগী পাও তাবদা মী পুন্নমক নুংঙাইরে। অব্রা-নুংঙাই অনি পুন্না থোকপা থৌদোক অমা হায়য়ু হায়বা তারবদি মতাং অসিসু অমা ওইরনি। পুন্নমক হরাও হরাও ময়ুম ময়ুমদা হন্নখ্রে।

বসন্তনা ফনা নুংঙাইনা মীরৈবাক্তা লৈ হায়বা খঙলবসু মমা মপাগী থব্রায়দি কম্বী থক্কী লেপ্লেগুম ওন্না থোইনা খাংলি। "করিগী মৈত্রবাক থাদোক্লগা, বীদেশী চীংমী মরক্তা লৈগদৌরিবনো, জগৎ পুন্নমকনা তান্নরিবা সরকারগী থবকপু করিগী মীরায়রিবনো, ওম্থোকপনিদা ঐগী ইচাসে ওম্থোক্লা পঙভিদা" অসুম্না মতৈ মনাও অনিদি তুমফম চাফম খঙদনা কপ্ন কপ্না লেনবা হৌরক্লে। বসন্তনা মতৌ করম্না মোকোকচুং য়ৌরক্লিবনো হায়ববু' মহাক্লা ইম্ফাল সহরদা থবক শুফম অমা হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা থবক থিরিঙৈদা মহৌশা মহাক্কা লাইরিক তম্মিন্নখিবা সমসন উন্নখিবনি। সমসনসু মাগী মরী মতা অমগী য়ুমদা লাকপনি। বসন্তগী নীংবা কায়বা ব্রারীশিং তাবদগী মাগী মতেং পাংবীবা ওইনা নাগালেণ্ডদা চৎমিন্নখিবনি।

বসন্তসে মীনা নুংশি। চীংমী হায়বা লৈতে, তম্মী হায়বা লৈতে প্রেম হায়বসি লৈরবদি খেন্নবা অমত্তা লৈতে। বসন্তগী লমচৎ শাজৎত্তা নুংশিজবা, পামজবা লৈশাবীশিংগী মরক্তা তেমজিলাসু অমনি। তেমজিলাগী অহনবা লৈতনা তকশিলক্লিবা নুংশিগী লান অদু কিজবদগী বসন্তনা নাথৈ নাথৈদুনা চেঞ্জে। লানফমদা চেল্লবা মীদা খুৎলাই থানদে। মায়োকনদুনা লাম্থেংনবা তারবদি তাইবং লানফমদদি য়াইবী মাঙ্গল্লি অদুগা নুংশি লানফমদা ওইরগনা থম্মোয় অনিদু লৈপুন ওইগল্লি।

"ঐদি পুক্সি সিমগী লুহোংলোই, নুপী খুদিংমক ইমানি নত্রগা হেক পোকমিন্নবা ইচে নত্রগা ইচলনি খল্লবনি।" ব্রাহৈশিং অসিনা মন্ত্র ওইদুনা মশাগী গুন হেঙ্গৎহল্লি অমসুং মীনা কিহল্লি।

সমসনগী ফেক্তরী অসি শেম্থোক মরাং কায়। তৌববুদি লন্নাই থবক ওইবনিনা হকচাং অদুক্কী মতীক ব্রারগা শেল য়াম্না ফংবদুনি। বসন্তগী নোম্বা কনবা, হৈ-শিংবা অচুম্বা চৎপা অদুদা মহাজন ওইরিবা সমসন্না য়াম্না পেনবী

অমসুং শেল চাওনা চাওনা পি। করি অমুক হায়গনি থাজবগীদমক পাম ফাওবা বসন্তগী খাইবী অদুগা ফেক্তরী অদুগী তঙ্খাই অমা বসন্তবু মেনেজর ওইহল্লি। অসুন্না শেনফম খরা খরদি মমা মপাদা থারকপা ঙমলে। নাগালেণ্ড বেঙ্কতা মশাগী একাউন্ট অমসু হাংলে।

মতম খরা হৌখ্রে। বসন্ত শেঙ্গাও পায়বা মা অমা ওইরক্রে। নাগালেণ্ডগী মী অয়াম্বনা বসন্তবু "বসন্ত সাহেব" হায়দুনা ব্যাবহার তৌবা হৌরকই। মাগী ফেক্তরীদগী উ লৌবা লাকপা অমসুং কার্পেন্টিরী, ৱার্কসোপকী পোখোক লৌথোক লৌশিন তৌবা লাকপা মীওই ময়াম্না মাবু খঙদবা য়াওরকত্রে। অচৌ-অচৌবা ডিপাটমেন্টশিংগী কর্ম্মাচারী মচাদগী ওফিসার ফাওবা খঙনরক্তুনা সহর অদুদা লৈবা মী অয়াম্বা মাগী মরুপ ওইরক্লে।

মোকোকচুংদা লৈবা ডিপার্টমেন্টশিংগী মনুংদা মহাক্না খ্বাইদগী পামজবা ফীদমনিং-ঙাই ওইবদি মিসন হোস্পিটাল অদুনি। চীং নাপোম অদুদা পিকতক চেংতক, তরু তনাল লৈবা অনা-লায়েংশঙ অদু ওস্থোক্লা নাতৈ চাখ্রে। মশক মতৌ ফজবী, ঙৌরোক ঙৌবী নর্স অমসুং মশক মতৌ ফজবা ডাক্তর নুপা নুপীশিং, মখোয় অদুদসু নত্তবা মীরৈবাক্তগী লাকপা ইংলিস মচা ডাক্তরশিংগা লোয়ননা মথৌদা পুক্নীং চঙনা লায়েংবদু উরগা বসন্তনা মিহৌরুই, অদুগুম্বা হোস্পিটাল অমত্তং লোয়ালমদা লিংখৎপা ঙম্লবদি নীংজবা মহৈ য়ানগনিকো খল্লকই।

(৯)

বসন্ত নাগালেণ্ডদা থবক তৌদুনা লৈরে হায়বসি মাগী খুঙ্গংদা অয়াম্বনা খঙনরে। অসুন্না মথং মথং ঙাংনরকপনা পি.ঐচ.এস.সি, গী ওফিস অদুদসু ৱারী অসি শানরকই। ৱারী অসি বীনাশু তারে। মানা খল্লি "মাগী মরমগীদমক বসন্তনা মখুঙ্গংদা লৈবা ওফিস হুন্দোক্তুনা লাপ্লবা নাগালেণ্ডদা থবক তৌখ্রে তাবদা য়াম্না নুংঙাইজদে। মপা মমা অমসুং মহাক্তদা লৈজবা ইমুং অদুদা মহাক্না চৎখ্রবদা অহল অনি অদুনা ৱারমগদবা অদো ওস্থোক্লা য়েংহৈদবা মতৌনি। মপা অদুনা ঐবু মমৌ ওইজনিংবদগী অমদি ঐগী ৱাহৈগী মতুং ইন্না হায়বা লাকখিবনি অদুবু ঐগী

পাবুংনা লৱায় মচা পামদে, নিংঙোল মৱা য়োক্লনি অসিনচিংবা কয়া হায়দুনা তাহ্লোকখি। লাঞ্জদবা বসন্তবু পাবুংনা মী থাদুনা ফুনহনখি অদুগা ঐবু হেমন্তদা নমদুনা চেলহললগা লুহোংখি। ঐ অসে য়াম্না ৱাথোক চাওবী ফত্তবী নুপা অমা ওইনা বসন্তগী মমিত্তা উহল্লে। বসন্তনা ঐবু করিনি হায়না খল্লমগনি, ঐবু হিংচাবী, মীওৎপী; অওন অওন চাবী, শেল পাম্বী, সহরদা য়াম্না লৈনিংবী, ৱাশক ঙাক্তবী নুপীনি হায়না খল্লমগনিদো অসুম খল্লুরগা ঐহাক মী ওইনা হিংনিংদ্রে।"

মসিদসু নত্তে বীনানা ৱাবদি। হেমন্তদো ঠিকাদারনি হায়দুনা নিশা শুনা চারে। য়ু থক্কুনা লাক্লগা মকুবোক লৈতবা মতমদা বীনাবু অচোপ অরেম খঙদবা ৱাহৈ ৱাতানা থীনা থীনা ঙাঙঙি, পোৎ-চৈ থুগায়, করি করিগুম্বা মতমদা "নমা নচামক হাত্তোকলম্লগা চৎখিবা ঙম্বা জাৎনি। ঐগী নুপীসিবু নংদা ওইরবোই নীংব্রা মনিপুরগী মফম খুদিংদা ঐগী নুপী লৈরিবনি খঙব্রা" অসিনচিংবা থম্মোয় শোকপা য়াবা ৱা কয়া কয়া ঙাংদুনা বীনাবু য়াম্না ৱাহল্লি। মকুবোকলৈবা মতমদনা "পাজি সে পাজিনা চানবা পেংবা লৈরকপনি, শারেং লৈরকপনি, থবীসিনা চমফুৎ চানবা য়াওশিল্লকপনি, চুরুপ্পা শোমদা লৈজরে" অসিনচিংবা কয়া কয়া হায়দুনা মকুবোক্কী মবুক পেন্নবা হোৎনৈ। অসুম্না ওল্লে পাল্লে ঙাংদুনা হিংবদা নুংঙাইতবা ফীভম কয়া মরুম বীনানা হেক হেক ফংঙি।

করি করিগুম্বা মতমদা হেমন্ত অহিং কয়ামরুম য়ুমদা হল্লক্তবা য়াওই। মসিনা বীনাগী ৱাখল য়াম্না নুংঙাইহন্দে মানা খল্লি "অতোনবী অমা শোয়দনা লৈরম্লগনি, মানসু মহৌশা অদুম্না পনখি, কনা ওইরিগবা মশক খঙনিঙঙিদা, মসিগী নুপাসি ওহ্লোক্লা ফত্তেদা।" মকুবোক্লসু মহাকপু য়াম্না শাওই হায়রকই " করিনুংগী মঙোন্দা ইচা পীরুবনো, করিনুংগী মাবু য়াওং ইনহল্লুবনো মা হেক লাকঙৈদগী নোংমা নোংমগী লৈখা তারক্লি, ময়ুম মকৈ শাবদি লায়থোক্লদনা হান্নগী য়ুম অসি ফাওবা শেমজিনবা ঙমদে, মানা ঐখোয়বু থাক্কব্রা হায়রগা ঐখোয়দগীদুম কোখোক কোখোকতুনা চাথোকই; য়োক্ত-য়োকপা হায়বদো হেক শেংঙিদা, ওহ্লোকপনিদকো ঐগী লাইবক অসে। মহৌশাগী লোয়ালম' নুপা মচা অদু নীংথিনা হায়নরগা য়োকলমবসু য়ারম্বনি। মদুগী অঙাংদুদি মহা সাধুনি মানা ইচাবু নুংশিজদুনা অহল থারকখিবনি হুরানবা নত্তে। মহাক পু ফু-চৈদূনা ইচাবু মুলহললুবা অদুগী পাপ ওইবা তারে ঙসি ঐনা ফংলিবা অৱাবসে।

বিল ফংলনি, পৈশা পায়রনি হায়বগী আশাদা নুমিৎ খুদিংগী পার্টী হেক হেক তৌই, পৈশাদি ইরাক লাক্তে। মশক ফজে হায়রিবা বীনাদা ময়ামদুগী

পাওখোল্লোই ওইহনবী। বীনাসু তঙাইফদনা য়াবনি, মশানদি পামজদে। হুইনাও চাল্লগা লৈতোন লেকই হায়গুল্লদনা হেমন্তবু লুনা তৌরুবদগী বীনা মপাগী ধর্ম্ম কর্ম্মদা য়াম্না নীংবা কায়, ইজ্জৎ মাঙণ্ডি। মকূ মমাক চিন্দা পাওদানদুনা খৎনৈ। মফম অসিদা লৈরনু হায়না তাল্লি। হেমন্তনা খুমলকই– "পাজিনা চৎলো হায়রসু চৎকনি তৌবতবু বীনা মমা মচাদি পুখিবা তাই, আদা চীংখোং চীংয়া অমদা হেক লৈরুরগা লোইরে; মদুদা য়াদ্রগা হু চাদুনা হেক শিরগা লোইরে।" মসি তাবদা মকুবোক্লা "শিগে শিয়ু শিরোই তোকউ, ইচাগা ইশুগা পুখিবা য়ারোই।" হেমন্তনা "চৎকনি নংগী নয়ুমসে লৈনিংদে শুকলাক লাকওই, লৈয়ু হায়রগা হেক লৈ, চৎলো হায়রগা হেক চৎ নঙ মঙাইরেহায়" হায়রল্লগা য়ুঙাওনা ঙাওনা হেমন্ত চৎখি।

মতম্না অসুম হৌখিবনা বীনাগী মচাদো পাখং ফারক্লে। মমা মপানা নীংথিনা মিৎয়েং চংশিনবীদুনা য়োকলক্তবদগী হায়বা ইন্দবা পাখং অমা ওইরক্লে। মপাগী মতৌ তমদুনা চুরুট থকপা, য়ু থকপা হৌরকলে। শেল হুবা হৌরক্লে। বীনা য়াম্না নুংশা থীরে। "দ্রগ চাবকা তমলক তোকঅরনি" খল্লকই। অসুম্না মথাই ৰানা লৈরিঙৈ তাঞ্জাদা নোংমা কনাগুম্বা অমনা "বীনা নঙ্গী নচা নুপা মনিচন্দ্র সে দ্রগ চাবা য়াওরে' হায়বনিকো খবা ৰারকহৌ ইবেম্মা" অসুম্না হায়রকলম্মী। মসি তাবদা বীনা ৰাছখ্রে। মতম অদুদা মপানা নীংশিংলকই – "অৱাবা পাও তাবা য়াদে হায়বনিকো, কমদৌনি সিদি" হায়রগা লৈকাই ময়াম কৌরগা হোস্পিটালদা পুখৎলে।

ডাক্তরনা হায় "অসিগুম্বা লায়না সিদি য়ারিবমখৈ হৌদনবা হোৎনবীয়ু তোয়না হৌরক্লিবা অদুক খুদোং থীবা হেল্লক্কনি, ইমুং মনুং মোত তিন্নমা লৈনবা হোৎনবীয়ু নত্রবদি তুংদা য়াম্না খুদোং থীবনি। শিবা ফাওবা য়াই।

## (১০)

অমর অমসুং জীবনলতা মরক মরক্তা মচা উরক্তবগী নুংঙাইতবা অদু হেক হেক ৰারী শাই। অমরনা শুমাংদা ফমদুনা মতোমতা মুরুম মুরুম শোল্লি "নিংথমথা কয়া হৌখ্রে, কালেন কয়া হৌখ্রে, বসন্ত কয়াশু চৎখ্রে অদুবু ঐগী ইচা বসন্তদি

ঙসি ফাওবদা মরাকত্রে, চিঠি খরা খরা ইরকপা, শেল খর খর থারকপা অদুনা মহাকপু শিদ্রি হায়বা খঙবতা মঙায়রে সেগা মাইগা তান্নদুনা ইপা ইচা মতেং পাংনদুনা য়ুম অসিগী মখাদা হিংমিন্নবা অদুদি ফংদ্রেকো।" অসুম্না ইংলবা নিংথম থাগী হৌনবা শুমাংদা চাক চারম্লগা, লুখাক চগুম অদুদি জীবনলতানা শেংদোকখ্রবা মতুং, ফকশু থাদ্রিঙৈ মতম অদুদা ফমখিবদুনা হৌগৎকনি হায়বসু খঙদে, ফক পুরকউশু হায়দে মশাদু পিশক পিক্লা তাশিল্লগা ৱাখল অসি খন্দুনা লৈখিবনি। ঙহাক লৈরগা জীবন লতানা ফক অমা পুথোকলক্লগা মপুরোইববু ফমহল্লি অদুগা কারুবাক পুথোকলক্নুনা চামিন্ননবা শেম শারকই। অদুগা হায়রকই –

– "হো নংনা অদুম্না হেক হেক শোনবা অদুনা ইচাদো থবক শুফম চাফম খঙলম্লরোই খুদি থীরম্লনি।"

– "খন্দবা য়াব্রা, শোন্দবা য়াব্রনে নংনা হায়রিবসিবো, মিৎকী মনি ওইরম্বা ইচানি, নোংমত্তং উদবদা ঐগী থমোয়সে অমম্বনা পুমকুপ কুপলিবনিনে।

– "লাক্লনিদা চহি ময়ামলক্লে মাগীশু ৱাখল লৈজরিবনি ঐখোয়বুসু খন্দবা তৌরমলোই।"

– "মানা চহি খরা শাংথনা লৈগে খল্লবদি নোংমতসু ফৎ লাকউদনা অদুগা অমুক চচ্চখো মশকতু য়েংনিংঙিনে, কাওবু কাওশিল্লক্লে মাগী মশক্তো।"

– "কাওদেদা করিগী কাওরুগবনো ইচাগীমশকপো চাওদম শাংদম ঙৌরোক ঙৌরদনা মমিৎনা অমা নুংশিরিবা, মশম্না জ্বাই জ্বাই তারদনা য়েংঙুদনা মাগী ফোটোশিংদো, মশক্কাদো তইং তইং।"

– "হো অদুবুদি অদুনি ৱাবু হায়রিবা; মশা মউনা অমা ফরিবা মনঙ্গনকাদু ফৌরামুক পাক্লবোই নিংঙিনে।"

– "মশকা ফখ্রবনিদা। নুতি নুমিৎ খুদিংগী ইচাদো ইতম্বাক্তা পমলিবনি হায়না খল্লি। অহিং অমত্তা মাগী কা মৈ মুৎপা নত্তে, নুতিগী ফমুং কম্থোকলিবনি, আদা লৈখ্রবসু 'ইচাগী মশাদা তুমিৎ কাং চীকপা য়াদেকো হায়দনা কাংখল খল্লিবনি, কাং হোইদোকলিবনি।"

– "অদুবু মাগী কুঠিদুবু কুমসিগীদি য়েংদ্রিনে।"

– "য়েংদ্রি, হাকুমদি দশা পাংদে, চহি খরা লৈরি হায়দনা পাঞ্জিনা প্রতিকার ইরক্তনা লাই খুরমখিবা অদুনি কুমশিসু য়েংথোকপিবা ফৈ, মাগী অপাইবা দষাশিংদগী খরা ঙাকথোক শেংদোকচনবা।"

– "হাকুমদি মাগী চহিসি কুনথ্রাগা তরেৎ/নিপাল শুখিগুম তৌবনি মাপলগা চংলক্লবদি খরা খিৎ ফরদ্রা মদুসু অমুক্তঙ্গ য়েংলুখিবতারি। লাকহন্নিংঙেদা ইচাদো মহাক লাক্লগা থবক শুমিন্নগদবা য়াম্না লৈরে ঐনা কল্লিঙৈদদি থবক খুদিংমক অকিবা লৈরমদে শোংলবা জঙ্গল তেংলম্মী অচৌবা পৃথ্রী ফুল্লমলিবনি অদুবু হৌজিক্তী শোল্লে ঙমদ্রে, হিংগোল শম্বল ফাওবা য়েংশিনবা ঙমলক্তদনা" অসুম্না ৱারী শাদুনা লৈরিঙৈদা মহৌশাগী মতাও অমা লাক্তুনা হায়রকই ঃ

– "ইতাও! নুংশা য়াইরিব্রা, করিনো হাকচাংদুবু য়াম্না শোকচিন্ন উইদা ঙমদ-খোত্তবা য়াওব্রনে?"

– "এ! ইতাও লাও ফকসিদা হক্তা ফমসি লাও। অদুগা নুপীদা ওন্সিল্লগা 'ইতাওগী পান্ন শেমলকউ" হায়রকই।

অমরনা ৱা মখা তারকই– "ঐসে ইতাও' খঙদে চানা চানা অসুম শোকচিল্লকই করি তৌরবনো খঙদে, করি থবক্কীনো অসুম চখোকলকপ্রা ইতাওদি?"

– "উন্নদবা কুইরে হায়দনা অসুম চখোকলপনি" অসি হায়রগা লমতু কোয়েং কোয়েং য়েঙঙি অদুগা হায়রকই "হিংগোল শম্বলনা চাওরিবা শুবী নোম্বীনবনা ৱাৎলেনে করি অমত্তা থাদ্রমাল্লেনে তৌরিসে?"

– "ইতাউ, শুবা ঙমদ্রে নুপা মচাদু লৈরিঙৈদা খরা খরা শুমিন্নরম্মী হৌজিক্তি পুমতল তল্লে, পাঙ্গলসু শোল্লে, শিদনবতা হোৎনরে তু আদা মরোয় খজিক্তং থারি, কোবী পাম্বী মঙা তরাদংগা থারি অসিনা লোইরে, পাল্লিবা উহৈ ৱাহৈ ময়াম অসি ফাওবদা য়োনবীনবা লৈত্রে লৈকাই অঙাংশিংনা লাক্ল লাক্ল পংচাদা চাই, মহৌশাদি লমপাক অসিমা চু পীকথন্না থারীবনি। চুহী দিন কুন কুনথ্রা চহি খুদিংগী লোকচরমলিবনি।"

(মতাউদু জীবনলতানা লানবা পান্না লৌরগা চায়)

– "হোয়নে ঐগীদি অদুম্মক তৌরিনে হৌজিকশু। ঐগীদি ইচাদি লোইনা ফরে নুপাশিং অদুসু মরন্নাই থবক কন্না কন্না শুনবনিনা লোইনা মচিঞ্জাক চাজে, অদুগা নিংঙোল অহুম মদুসু লোইনা ফৈ, মচে অনিদুনা ওংবা ইমুংদুসু লোইনা তিন্নবা নুংঙাই ইনক নকনৈ হু-হা হেক হায়বদা নংনৈ। অতোনবী, ইতাওনা নমৌ ওইনিংঙি হায়দনা য়েং' লাকলম্বদো মাদদি ময়ুম পান্দ্রি পান্নি হায়বসু থাজদ্রে মশক্তি মানা ইহেন হেনবনি, এম,এ, হায়ব্রা কৈনো অদু পাস তৌরগা কোলেজগী ওঝা ওইদুনা লৈরিয়ে।"

— "এ! অদুদি ইতাওদি স্বর্গগী নিংথৌগুম নুংঙাইনা লৈরেনা, নহানমুক মপোক্তা অফবা কর্ম্ম তৌরকপোইনা।"

— "খঙদে ইতাও ইশ্বরগী কৃপানি, ঐ হৌজিক খুত্তা হান্নগা চারে, এপ্লাংশু নোংমগী মথেল মরি মঙাদি অদুম চায়, মরক মরক্তা ভারতকী লাইফমসিংসি কোয়বা চৎলি লাইফম অয়ামবা দর্শন তৌরুরে, অদু ইতাওসু শেল থুম খরা কোম্ব মতমদা অমুক্তংদি ইশ্বরগী খুভমশিংদু দর্শন ফংলুসিদনা ঐ হেক্তা মতমদু হায়জরক্কে।"

— "মদু ইতাও হৌজিক মক্তী ঐ ঙমলোই হয়েং ইচা বসন্তনা থোকলক্লবা কান্দা চৎকদৌ মঙায়রে ঐশু অমুক্তদি নচল অসিগা লোয়ননা চৎনিংবনি অদুবু হৌজিক ফাওবদি শ্রীহরিনা কৃপা পীবিদ্রি। ঐগী হায়ববু সে বৃন্দাদেবীগী লৈফম ওইরিবা তুলসি মখোং অসিনা বৃন্দাবন ওইনা খঞ্জরগা হেক হেক খুরুমজে ইতাও।"

"হোয় হোয় ইতাও থম্মোয় শেংনা নীংজরগা চপ মান্নবজাৎনিদা। অদু ইচা নুপাদুদি করি থবক্কো মহাক্কা নাগালেণ্ডা লৈখি হায়বদুদি, সিফাইরা?

— "নত্তে, উ ললোনবনি হায়নে ইতাও ঐশু উরুবা নত্তে মাগী চিঠিগী মরোন্দা ইরকপনি।"

— "ডাক্তরগী থবক্লী হায়বদাইনে মানা তৌরম্বদুবো?"

— "মানি হেলঠ ৰাকর হায়দুনি, য়াম্না নকখ্রবা লোয়ালম মচীন অসিদনি থবক মফমদি অদুবু ইতাও খঙদে করি আশাদগী নাগালেণ্ডা চৎনিংলুরিবনো?"

— "হোয় মীনসু মাবু পংঙি, তুঙ্গী ৰাখল খনদে. মরন্নাই কান্ননবা থবক তৌদে মমা মপাবু নুংশিবা খঙদে হায়দনা ৰা ৰা ঙাংনৈনে।"

— "উম ইতাও ঙাংনরমগনিবো মদু চুমখ্রবা ৰানি।"

— "অদুগা মতম অদুদা হায়ননিখববু; মসি মীনা হায়রকপনিকো ইতাও; চুম্রনে হায়বগী ভাবতা ইতাওদা হংজবনি।"

— "করি হায়নখিবগে ইতাও?"

— "মহাক্কা থবক তৌমিন্নবা নুপী অমা মানা পামলুমাল্লে মদুগী মরমগীদমক ফুন-চৈনবা অমা থোকখ্রমাল্লেনে, মদুদা মীনা লাকচখিবদো য়াম্না পেনখিদে ইতাও। ঐগীদি ইচাশিং ওইবনিনা য়াম্না নুংঙাইখিদে অদুবু ঐনা হায়নিংবদি

করিগী সহর নিংঙোল পামলুরিবনো ঐগী থাক, ঐগী ইরমদম, ঐগী চৎনবী, ঐগী ইনাৎ অসিদগী হেনবা করিবু লৈরিবগে। লমগী ষন মচী শাংঙি, হায়বদু খনগনু, লাপলিঙৈদা লাই ওইবনি নকশিল্পক্লগা মী হেক্তা ওইরম্বনি হায়বসিনি মঙোন্দা হায়নিংলিবা।"

– "হোয়নে ইতাও, মাগী মামিত্তা নুপী অদো লাই ওইনা উরুরমাল্লে।"

– "ফরে হৌজিক্তী পুম্নমক হৌখ্রে মসি পুম্নমক মাগী লাইবক্লা তমখ্রবনি, অদু লৈবদুনা ইতাওগা ঐগা ঙাই শেন ওইগদবদগী তৎনখিবনি।"

– "মানি ইতাওমদু অশেংবনি অদুগা ইচা নুপা অদুগী ৱাখল খঙদনা ইতাওগী ইচানুপীদু ঐনা হায়জবনি ইচানুপীদু পামদে হায়বদি নত্তবা অদুনা মতুংদা ইকাইরক্নুনা দেশতা চেনখিবা ওইরমগনিনে ইতাও। নুপী মচাদো হৌজিক ফাওবা ময়ুম পান্দে হায়বা অদুদা ঐনা মাগী যাত্রা পুত্রা থুগায়বীবা ওইনা থোক্লব্রা খল্লেনে ইতাও।"

– "এ,এ, অদুদি মহাক থোইনা খল্লমলোই হৌজিক ফাওবদা মঙোন্দা ইরাং য়াওদে, মতম অদুদা মাগী থম্মোইনসু ইরাং লাংলিঙৈ, ইতাওনসু নমৌ ওইনিংঙি হায়বদুদা পুন্সিগী তৎননিংদবনিনা ইতাওদা পীথোকচবনি অদুবু হৌজিক ফাওবা ইচা নুপাদুনা ময়ুম মকৈ পান্দ্রি হায়বনিনা হয়েং মানা থোকলকপা মতমদা অমুক খন্নসি হায়রবসু কায়দেকো ইতাও, ঐশু চৎলগে, শোয়বকা য়াদেকো অদুগা মতম কুইনা হিংমিন্নখিসিকো" অসি হায়রগা মরুপ অদু চৎখ্রে।

– "ফনি ফনি ইতাও য়ৌবিরো, ঐ অসুম লৈজহৌরে" অসি হায়দুনা অমর লৈহৌই।

## (১১)

বসন্তসু নাগালেগুদা লৈরিবসি নোংমত্তসু মমা মপাবু কাওদে, মখোয়বু নীংশিং-দুনতা লৈ। মরম অসিমক্লা মহাক্লা মমা মপাগী মফমদা শেল হেক হেক থারক্লিবনি। মমা মপাগী ফোটোনচিংবা য়াওরকত্রগসু করিগুম্বা পোৎশক নত্রগা লৈই খরনা খোৎ খোৎ খোৎলগা শক্তম অমা নাইহল্লি মদু মহাক্লা মমা অমসুং মপানি নীংজরগা পুজা তৌদুনা থম্মী, মসিমক্লা ওইরমাল্লে ঙসি ফাওবদা কনা

অমত্তনা মহাকপু লাকচদবা, অহোয়নদুম মীনা লুনা তৌরিবা। করিগুম্বদা মহাক্না লংফৈদা লৈরিবসি কুইমনখ্রে মমা মপানা ৱারৌরম্লনি খল্লকপা মতমদা য়ুমদা হেক হেক চৎনিংলকই অদুবু তাল্লিবা শেনফম্না পিশক পিক্লগদি মায়কৈ খুদিংদা অমাঙবতা ওইগনি খল্লুবনা মতম খরা খরা নমথ নমথদুনা লৈরকপনা চহি তরামঙা, তরুক শুজিল্লক্লে। মশাগী চহি নিফু হায়রক্লে।

“পাবাগা ইমাগসু শোল্লমলনি মখোয়গা লৈমিন্নদুনা মখোয়গী সেবা অমুক তৌরুরগে. করিগুম্বা শিখি নাখিবা থোক্লগা পুন্সিগী ওইনা লমন তোলহৌরনি, ঐগী নীংবা কায়হৌরনি” হায়না বসন্তনা খল্লক্লে। চয়োল অমমুক লৈরগা চৎলগদবনিনা মরক অসিদা শেল অমুক থাররোই হায়না লেপ্লে। অদুনা মহাক্না সমসন্দা অমসুং ইমুংমনুং অদুগী মীশিংদা ৱারী অসি শারগে হায়না খল্লকপা মতম, (অয়ুক্কী পুং তরামুক তারকপা) অসিদা ডাকপীয়ন অমা চংলক্তুনা মপানা থারকপা চিঠি অমা বসন্তদা পীররে। হাং-দোকত্তুনা য়েংবদা মমা মপা অনিমক কন্না ঙমদদুনা লৈরে মহাক থুনমক থোকলক্তবা য়াদে হায়না ইরক্লে; চিঠি অদু থা অমগী মমাংদা ইরকপা ওইবনা বসন্ত য়াম্না ৱারে। চীং লম্বী নীংখায়দুনা গাড়ী চথোক চংশিনগী অপনবা লৈখিবনা চিঠি অদু থীহ্নলা ফংবনি। তঙাই ফদনা ময়ুমদা চত্তবা য়াদ্রবা অসিগী ৱারী পুন্নমক সমসন অমসুং মরী লৈনবা মীওই খিবিক্না লাঁরে। পুন্নমকসু য়ারে। হয়েং অয়ুক বসন্ত ইস্পেলগীদমক মোকোকচুং খাদোক্লবা হায়বা নুমিৎতুগী নুমিদাংবন। কেক্কৌবগী থবক তৌমিন্নবশিং খঙ্গন-চান্নবশিং অমাদি লাক্কৌরবশিং লাক্লুনা রিয়াব বেলগী মিতিং অমা পাংথোকই। সেক্রেটরী অমগা মী, অমনা [illegible] অসি থাদোক্লুনা চৎথরবদা অচৌবা অহেং অমা লৈহৌগনবা অদু সমসনগী মঙোল অতোপ্পা মাশিংনসু নুংঙাইতবা ফোংদোকই। মহাকপু যাম্না পাংৎপগা লোয়নবা মানা তৌরুবা থবক খুদিংদা মঙ্গল ওইয়ু হায়না বর পীনরকই। মতুংদা বসন্তনা মীয়ামদা মাগী অপাম্বা অমত্তং ফোংদোকই– “ঐহাক্না য়ুম য়ৌরগা অনা লায়েং শঙ অমা লিংখচ্চনিংঙি, লাইবক ফদুনা মসিনা পাংথোকপা ঙমলগদি ময়াম পুন্নমক লেংবীরক্লুনা হোস্পিটাল ইনোগুরেসন নত্রগা চহি খুদিঙ্গী পাংথোক্লদৌরিবা ফাউণ্ডেসন ডে নুমিৎ অসিদা য়াওবীয়ু মদুদা নুংশিজরবা মরুপ মপাং পুন্নমক্কী অতিথি সেবাদু ঐহাক্না ফংজগে।” মতম অদুদা মরুপ অমনা “মরুপ বসন্তনা হোস্পিটাল লিংখৎকনি হায়রবদি ঐখোয়না খায়নরগা লুপা লাক্ষ অমা শোয়দনা মতেং পাংজগনি, মতম চানদা পাও পীবিরকউ” হায়রকই। মহাক্না অমুক খুমলকই “শিদ-নাদ্রবদি ঐহাক শোয়দনা পাং-থোকচগনি, ৱাশক্তুনা হায়জরি।” অসিগী মতুংদা অচম্বা চাক্লেন অমা চামিন্নববা মতুংদা ফিয়াররেল’ মিতিং লোইশিল্লে।

ময়াম চৎনখ্রে। তুমলমদাই মতম ওইরক্লে। মমা মপা কন্না ঙমদদুনা লৈরে হায়বসিদা বসন্ত তুমনিংবা পোক্তে, অহিংদুদা প্রপ প্রপ চৎনিংবা হায়বদু য়ৌরে। অদুগা নাকল অমরোমদনা লৈমিন্নরিবা মচে, মচল, মরুপ, মমা মপা শক্লবা মেরী অমসুং কুমশোংবু থাদোক লম্নগনি খল্লুবদা অৱাবগী মৈখুনা কুপ্লা হৌরকই। মীওইবগী ৱাখল হায়বসি য়াঙখ্রে, মোকোকচুংগী চীংদোন্দা লৈরিবা মহাক্লা মনিপুরগী লোয়ালমগী খুঙ্গং অমদা ঙমদদুনা লৈবা মমা মপাদো মমিৎতা হেক্তা উই। মখোয়গী সেবা তৌনিংবনা খ্রো খ্রো হেক্তা খোৎলি। মাগী ময়ুম লমদম খল্লুবদুনা ওইরমাগ্লে ঙহাক্তং উইরুম উইরুম তৌরুবা অদুদা মমঙ অমা মঙলকই। মমঙ অদুদা বীনাসি লৈশারী হায়না তৌই। মপা অমরনা মচাগী মমৌ ওইনিংদুনা হায়বা চৎলুই। হরাও হরাও য়ারক্কুনা লুহোংগনি তৌরম্মী। বীনানা নীংথীনা কেদুনা পোৎলোই শেংপদু মহাক্লা উবগুম তৌই। মহাকশু বর যাত্রা লোইরদুনা কৈন্যাগী য়ুমদা চৎনবা থৌরাং তৌরম্মী। অঙৌবা ফীজোল শেংপা মা পুন্নমক্লা অঙৌবা ফীনা কুপ্পবা কবোক-হৈবোক্কী দোলাইশিং অদু তুমিন তুমিন পুরদুনা পংচত্তা চৎনখি। মহাক মতোমতা ঙন্দোক্কুনা থম্বীরম্মী। মথায় শোক্লা রারম্মী। মাগী ফীজেৎ লৈতেংবা অদু ফজরবা হায়না যেংজরম্মী। অদুবু শেংলিবা ফীজোল খুদিংমক শেগায়রবা অমনবা খুদৈ ওঙু ওইরম্মী। য়াম্না শাওনা মীয়ামগী তুং ইনখিই। অদুনু মীয়াম অদু লুহোংবা চৎপা ওইরমদ্রে, চাওবদা লমহাং অমদা ঙিকনা লপাগী হুঞ্জু (পোৎলোইশিং) গী মঙ্গুম্সা ওইরমলে। মালেমগী নশাদি শিকনা মপাবু হৌনা হৈনা কৌরদুনা কপলম্লে।

মাগী কপ্পগী খোজেল অদুনা ইম্ফুং অদু পুমনিল নিল্লি। সমসম্না বসন্তবু হৌদোক্লই। মসন্ত মিৎ পাংথোকলকই। ফুক হৌগৎলকই। কায়না য়েংঙি। লোয়ালম ওইরমদ্রে, মোকোকচুংগী ৱাংলবা চীংদোলদা লৈবা য়ুম অমগী ফম্ফুদো মঙবা মঙ ওইরমলে। অসিগুম্বা মঙ অসিনা করি শাক্কিনা ওইগদৌরিবা. মপাবু করি তৌরবজাৎনো হায়না চিংনবা পোকহল্লে।

অমরোমদা অমুক মতম কুইনা অকাও লৈরোল চল্লুরবা বীনাবু মঙলান অদুনা নৌহৌনা অমুক নীংশিংহল্লে। মানা খোঞ্জেন পীক্লা অঙাওবগী মতৌগুম হায়রকই "নীংশিং নীংশিং অসুম লেল্লগদবা পুক্কিনি, মাবু নীংশিংলগা করিবু কান্নবা ফংলকখিগনি, পাক-চাওরবা লৈকংলাগী মথক্তা উবা মরিচিকানা থৌরাংলবা শজীবু নমথাক তৌদুনা তান্নহল্লগা লময়ায় য়ৌবনা মতমদা চাকথেকপীদুনা য়াম্বী লৌখিবগুম বীনাগী নুংশি মরিচিকানা চাকপদা ফংজবা মৈশা অদুতনি ঐনা ফংজগদবদি।"

মঙফাওনরবা বসন্ত তুমথবা অমুক পামদ্রে। হৌগৎলগা মপান থোকলক্লে। মোকোকচুং টাউনগী ফজবা অদু উরগা "হয়েংমখৈ ফজখ্রবা, নুংশিখ্রবা লমদম অসি উররোইকো, বাংলবা চীংদোলশিংদগী মৈঙাল পরেংগা লোয়নবা চীং লম্বীশিংনা থেক্লা খোয়না মথাং মথাং হাইথখিদুনা লৈতেম মান্নবা মফমদা লৈবা টাউগুদা পুল্লিবা, দুকান পরেং পরেংদা ঙাল্লিবা মৈঙালশিং অসিগা পুন্না য়েংবদা লীক্লাং পরেং তাবগুম ফজরিবা, পুন্নমক অসিগী মরক মরক্তা উজাও কয়ানা মতুম মতুম তুমিন তুমিন লৈরিবা, পুন্নমক অসিনা থম্মোয়বু ইংহল্লি। চীংমায় খূদিংদা য়েনবাশিংনা অবায়-অখুম তৌদুনা খোংলকপা, চীংদা কাখৎপা গীড়ীশিংগী মখোল, সিফাইশিংগী নোংঙাল্লমদাইদা খোংলকপা বেঙ্গুলগী মখোল ময়াম অসিনা অমুক থম্মোয়বু থৌনা হাপলকই।

মতম ঙহাক্কী মতুংদা বসন্তনা ময়ুম লমদমদা চৎকন্দবা নুমিৎ অদুগী মেঙলবা, নুংশিরবা মঙাল' নোংপোক থংবা চীংদোন্দা উরক্লে। বসন্তসু খোঙশান্নবা থৌরাং লোইরে। সমসন অমসুং মচলশিংনা বসন্তবু থিন্দোক্লবগীদমক হোবে হোবে পার্কিং তন্না লাক্লি। মরুপ মপাং অমদি লৈশাবীশিং খরসু থিন্দোকপা য়াওগনি হায়দুনা লাকলি। তান চারিবসু মানা তোংনিংলিবা গাড়ী অদু চৎকদবগী হোর্ন তোয়না তোয়না খোংলকই। পোৎ-চৈ খুদিংমক গাড়ী মথক্তা হাপকৎলে। চৎলমদাই মিকুপ য়ৌরক্লে। কায়নরমদাই মতম লাক্লবদা রোজিলা, তেমজিলা অরলানচিংবা লৈশাবীশিং অদু মিৎলুদা পিরাং শীঙ্খনা হিক হিক কপলক্লে। বসন্তনা মখোয়বু অমমমতা ওইনা মপি তৈথোকপি অদুগা হায়রকই–"কপকনুদা, নখোয়না কপ্পবদি ঐগী খোঙ অসি করন্না থাংদোক্কুনা চৎপা ঙমগনি, ঐ অমুক লাকখিনি মদুদা নখোয়বু ইম্ফালদা পুবীগনি।" মসি তাবদা লৈশাবী অমনা হায়রকই– "শোয়দনা লাকউকো, ঐখোয়দি নহাক লৈত্রবদি য়াম্না কপকনিকো।"

বসন্তনা সমসনবু কোল্লগা "মরুপ ঐ চৎলুখিগে, ঐ অমুক শোয়দনা লাকখিনি" হায়রকই। অতোপ্পা মরুপশিং জোহন, বুলু, হেনরীনচিংবা মথং মথং কোল্লদুনা পুন্নমক্তগী বিদাই নিরকই। বসন্ত গাড়ী তোংখৎখ্রে। গাড়ীশু তপ্প তপ্পা থৌবা হৌখ্রে, মাগী খূৎ অদু থোংনাওদা থিন্দোক্লগা বাই বাই হায়রকই। নৌরবী লৈশাবীশিং অদুগী ঙৌরবা পাম্বোমসিং বাংনা থাঙ্গৎলগা বাই বাই হায়না অমুক ওকলকই। মদু বসন্তনা য়েংনা য়েংনা চৎখি।

শেৎনা-খাইনবগী অবাবা চৈথেং অদু মহৌশানা মঙ মঙ্গনবা বসন্তগী মফমদদি মঙ ওইরবোই নীংলক্লে। মঙলৈবাক্তা নিংথৌ ওইরম্বা লায়রবা অমনা

মঙফাওনরকপা মতমদা ফংবা অৱাবা অদুগা চপ মান্ননা বসন্তনা ফংঙি। নুংশিরবা মরুপ মপাং, মচল মচে অহল, লমনশিংদগী ফংজরক্লিবা য়ুমদা হনবগী বিদাই অসিদি অশিবগী থৱায়না তাইবংপান থাদোকলম্লগা চৎখিবা অদুগা পাংখক ওইরে। "কায়নবসু ঙমদে, চৎতবসু য়াদে, ঐগী মতম্না লোইরবদা, ঐ চৎলে, নখোয় লৈহৌরো নুংশিদা হে তাইবংপান তৎনবা হায়বদো ওইরেদো ঙসিদি" হায়বা থৱায়গী তেংথারোল অদুগা পাংখক ওইরে বসন্তগী ৱাখলদি।

ময়াম অদুনসু গাড়ী অদুবু হেক উরিমখৈ য়েংদুনা লৈরি। গাড়ী অদু অসুম অসুম লাপথোকখিবনা লৈচিন নোংফাইনা কুপ্পা হৌরক্লে। মিকুপ খরগী তুংদা নুং-শিবা মশক খঙদবা চীঙ্গী নাপোম অমনা বসন্তগী গাড়ী অদুবু খনজিনখিদুনা বিদাই মপৃং ফাহনখ্রে।

(১২)

মরিনি শুবা নুমিৎকী য়াচংবা মতমদা বসন্ত মাগী খুঙ্গং য়ৌরকই। গাড়ীদগী হেক কুমথবগা ময়ুম য়ৌনবা খোংলৈ থুনা চৎপা হৌরকই। মমা মপাবু প্রপ প্রপ উন্ননিংবগী ইখৌলাংবনা কন্না চৎপগী মথক্তা চেল্লসিরা হায়না খল্লকই।

বসন্ত মাগী কোম্ভোং কাপ্সিল্লকই। কোয়না অমুক্তং য়েংবদা ইংখোল অদুদা অহোংবা ময়াম উরকই। উৱা ময়েং তাবগুম তৌই, মফম খুদিংদা হাওনা, তুমনৌ, শীংনাংগী পাম্বীনা কুক কুক ইন্ননা হৌবা উই। মমাং শঙ্গোয় লৈরমদ্রে মদুগী মহুক্তা ইনছাং নাপী থাবগী মতৌ উই। অৱাং শঙ্গোয় তেকলমলে মদুগী মহুক্তা চৈতেক-চৈরাং, অকংবা ৱা পৈরম্মী। শুমাঙ্গী ময়ায় খরদি তনান তনান লৈরম্বা উই। মদুনা মাগী থম্মোয়দা মিপাহল্লি। নাগালেগুগী মঙ অদু নীংশিংলকই। তনমক মাঙ্গোল কাখৎলি। তফিং তফিং থোংজাওদু হাংদোকই। করাম্লবা মিৎ অনিদুনা ইমুং অদুদা কোয়না য়েংবদা মৈ ফুৎলি ফুৎলি চাক্লিবা ফুঙ্গা নাক্তা খ্বাং য়াইদুনা লৈরিবী হনুবী অদু উরুবে। "অসিবু ইমারনে" খল্লি। চংশিল্লগা খোঞ্জেল তনিক তনিক কৌরকই "ইমা!" শোল্লবা খোঞ্জেলনা খুমলকই "হা-ও।" খঙহৌদনা বসন্ত মিৎলুদা পিরাং থুমহৎলকই।

বসন্তনা মশামক মমাদা "ইমা! ঐ লাক্লে ...... নচা বসন্ত লাকএ" হায়না শকতাকই। মমানসু মচা লাক্লে হায়বদুদা য়াম্না হরাওরে। কপ্পা কপ্পা নোক্লবা

মমানা মচাগী মায়থোংদা পেন্না য়েংলগা "ইমাগী ইবুংঙো বসন্ত, নহাক লাকপা ফরেদা, ইমানা জ্ঞান মাংদ্রিঙেদা ইচা লাকপা য়াম্না নুংঙাইরে, ঐগী নীংবা থুংলে।" অসি হায়রগা মচাবু চেজেৎ কোল্লি, শীৎ শীৎ নানবী।

পিরাংনা চোৎলবা মায়থোংনা বসন্তদগী লৈথোক্লগা হিক হিক কপলকপা বসন্তনা উরুরে। "ইমা করিগী কপলিবনো, করম্বা অৱা-অনা য়াওবগে" হংলকপগা লোয়ননা মপাবু নীংশিংলক্তুনা "ইমা পাবদি, পাবা কদায়দা চৎখি, পাবদুবু" অসুম্না মমাদা মনম মনম হংলপগা লোয়ননা ফুক হৌগৎলগা মপা থিরকই মমানা কপ্তুনা লৈবা নত্তনা পাওখুম অমত্তা পীদে। মচানা হন্না হন্না হংজিল্লরুবদা "ইবুংঙো, নঙ্গী পাবদি লোইদাম থাবুম অমা হেল্লক্লে সংসার অসিদা লৈখিদবা।" মপা লৈখিদ্রে তাবদা সনজীং নাপোম অমনা মথক্তা ননবমুক ৱাখ্রে, মপা মচা উন্নদবা চহি তরা মঙা শুরে অসিগীশু মথক্তা শিবা ফাওবা মপাগী মশক উহৌদ্রবদা বসন্তগী নুংঙাইতবদি করিনা প্রমান ওইনগনি। নোং খোংবগুম হৌনা হৌনা কপতুনা কোয়চেল চেল্লগা মপাবু থিবা নত্তনা। মমা মচা কপমিন্নরে। মমানা কপ্না কপ্না "নপাগী পুন্সি লোইরমদাই মতমদা নংবু য়াম্না শোল্লম্মী। নঙ্গীদমক য়াম্না ৱাজরম্মী। মহাক্না কন্না নাদুনা ফমশেন্নদুনা লৈবা মতমদা নঙোন্দা চিঠি অমা ইরগা থাহনখিবনি য়ৌরিদ্রা য়ৌরিরোইদ্রা খঙদে।"

– "য়ৌরকই ইমা, থেংনা ফংঙি, চিঠি হেক ফংবগা লাক্লিবনি. চীং লম্বী নীংখায়দুনা মতম খরা অপনবা ওইদুনা লৈরুরে। চিঠি ফংলবসু ফংদ্রবসু ঐশু য়ুমদা থোক্লগে খল্লিঙেদুদা চিঠিগী পাও ফংবনি ইমা।"

– "পুন্নমক মপু মাগী লিলানি, নপা নচা উন্নৌ তমদবননি। করম্নদি তৌনি ইচাসিদি, নংদ তেক্ত কায়দনা য়ুম য়ৌরক্তুনা ইমা ইচা অমুক উন্নবসে মসিমুক নুংঙাইবা লৈত্রে, শিবা তারবসু ঐহাক খুয়া তুশিৎনা শিরনি।"

মমাদু পেরি পেরি তৌনা পিরাং তৈথোক্তুনা লৈরি। বসন্ত য়াম্না নীংঙমদনা –

– "ঐগী ইরান ঙাক্তনি, ঐ অসে মমা মপাবু নুংশিবা খঙদবা পাপী হায়বদো ওইরুরে .... নচাগী ইরালসে ঙাকপীয়ু ইমা।" মমাগী খোং কোল্লগা হায়জে।

মতম ওহাক অদুগী মনুংদা মপানা মাগী ফনবা ঙাংবীখিবা ময়াম; মপাগা থবক শুমিন্নবগী দৃশ্যশিং, মপাগী নুংশিবা শক্তম অসিনচিংবা মথং মথং নীংশিংলক্তুনা, ফুঙ্গা নাক্তা চিন্তা তৌদুনা লৈরে।

ঙহাক লৈরগা ইতাও তাওবা থম্মোয়গা লোয়ননা শুদবা য়াদবা থবক কয়া শুরে। নুমিদাংগী চাক-ঈশিং থোংদুনা মমাবু পীজরে। নহাল মখৈ চাক-ইনছাং মহাও খঙনা চারুদ্রবা মমাদো মচা নুপানা হরাও হরাও থোংদুনা পীজবদা নোকমী নোকমী তৌদুনা খরা মখৈদি চাখ্রে। মমানা য়াম্না ফত্তবা, অরুবা লায়না অমনা নারে হায়বসি মচাদা তম্মী মদুগী অৱাবা খাংবদা অদুক্কী মতীক থুনা শোঞ্জিনখিবনি হায়না মরীক চুম্না মচাদা লীরে।

অহিং চুপ্পা মিৎশেল খাঙদুনা মমাগী সেবা তৌদুনা লেপ্লে। মতম অসিদা থোকখিবা থৌদোক কয়াগী ৱারী মচাদা লী। হায়রকই "নপানা কন্না শোঞ্জিল্লকপা মতমদা লৈকাইগী মীয়াম চংলক্কুনা সেবা তৌবী মাইব মাইবী কয়া অহিং লেক্কুনা হোৎনখিবনি। ময়াম্না ডাক্তর কৌনবা হোৎনবদা মতীক চাবা ডাক্তরদি লৈতবনিনা য়াম্না অৱাবা তাখি। অসিদসু নত্তনা শ্রাদ্ধ কর্ম্ম লৈকাইনা শোনবীবনি, ঐনা করি ঙম্লুনি পোৎপাং-চৈবাং খরা ফংবদু মোনপাক মখাদা লৈবনি মদু নং থমজিঞ্জৌ নপাগী দিন তাবগী উসবসু ঙসিমঙানিদা ঙায়রবনি .....।" মসি তাবদা বসন্ত থমোয় শোক্লা ৱায় নুংশা থীবা অমগা লোয়ননা 'ইমা, নোং হেক ঙানবগা ইমাবু ডাক্তরদা পুরগা লায়েংগনি, ইম্ফাল' হোস্পিটালদা মতম খরা লৈরগা শোয়দনা ফগনিদা ইমা" হায়রকই।

মমানা– "লায়েংলবসু ফবা ঙম্লরোই, অরেম্বদা শেল তিংলনি লায়েংবগী মহত্তা নংগী পুক্নীং লৌশিং ওইনবা ৱা খরা হায়রমগে" মদু তাবদা মমাংঙৈদা মপানা কোংদোকপা ঙমখিদ্রবা অরোনবা ৱারী অমা লৈখিবদু নীংশিংলকই। মদুসু মমাগী মফমদা হংহৌগে হায়না খল্লি।

মমানা হায়– 'ইবুংঙো নং নত্তনা ঐখোয়গী কনা লৈতে, নপানা থমলমলিবা লৌ-ইংখোল খুদিংমক নহাক্কী ঙাক্তনি মদু নহাক্লা খঙদবগুম তৌই, অমুক হন্না লংফৈ চৎলনু পুন্নমক অসি লোইসন- খামজিল্লু নপাসু লৈখিদ্রে. ঐশু হোরেন হয়েং নোংদম নাইদে, নহাক্সু য়ুম পানসি হায়বা য়াদ্রবনিনা খংদ্রেদা" অসি হায়রগা ৱা মখা তাবা ঙমখিদবগুম তৌই।

মতাং অসিদা বসন্তনা –

'ইমা শাওদি শাওবীনু খঙজনীং' তৌবনি ...... ঐ অসিবু ইমা-পাবগী অপোকপা নত্তে হায়বগুম্বা অমা নোংমা পাবনা হায়ফেৎ পনখি মসিবু চুম্রা ইমা?"

"ইবুংঙো মতম অদুদা নপানা পাওখুম অমা খুমখিবদো আচুম্বনি। অরেম্বদা

ৱাখল, পাঙ্গল মাংহনগনু। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু লৈরিবা লৌ-ইংখোল নহাক্কীনি অমরগী মচা বসন্ত হায়দনা পাট্টাদা ইশ্বরনি কনাগুম্বনা মোইথেম তৌদুনা মুন্নবা হোৎনরক্লবসু মাইরোং য়াথোকউ ইচাসিদি।"

"হোয় অদু ঙাইরে পুম্নমক ঐগী ইরায়বক্লনি ঐবু য়োকপীরিবা ইমা ইপা অসিদগী হেনবা কনা লৈ. নখোয়না ঐগী ইশ্বরনি" হায়না থম্মোয়নুংদা শোল্লগা মমাগী সেবাদা পূক্নীং অমুক চংখ্রে।

মমা মচা ৱারী শারবা মতুং ঙহাক লৈরগা মমাগী অনাবা হৌরকই। লোক খুই ঈ য়াওই, জ্ঞান মাংঙি, শোর চাওই, অমসুং শোর ফুনগৎলকই, মশা চিংলকই। শিরদ্রা খল্লি বসন্তনা কোয়চেল চেন্না হোৎনৈ হুমাই হুম্মী, লৱাইদা ঈশিং থোম্মী, খোং-খুৎ নোইখী। অহিঙ্গী মতমগা ওইবনে, মতোমতগা ঙায়বনে, ঙাওরে বসন্ত। নুং-ঙাইতবা ৱাখলনা থোকহল্লিব্রা খল্লি, করি নুঙ্গী হংলুরবা ৱাহংনো শোল্লকই।

নোং ঙাল্লে। বসন্তনা মমাবু ইম্ফাল হোস্পিটালদা পুনবা হোৎনৈ। অদুবু লম্বী, থোং ফত্তবা, অনকপদা গাড়ী ফংদবা অনাবগী ফীভমনদি লুশিল্লকপা খিবিক অসিনা অৱাবা অমা ওইহল্লে। মশা ঙাক্তা থুনা ইম্ফালদা চৎলগা অফবা ডাক্তর অমা কৌরুবনা হেন্না ফরনি খল্লদুনা বসন্ত মমা হুন্দোকলল্লগা খোং শানলক্লে।

অচৌবা সড়ক্কগী হৱাগাড়ী তোংদুনা চৎপনি। ইম্ফাল য়ৌরে। মমিংচৎপা ডাক্তর থিবা হৌরক্লে। থেংনরুবা ডাক্তর অমত্তনা লোয়ালমদা কুম্বীয়ু য়াদ্রে, বসন্ত পূক্নীং নুংশিরক্লে, কপ্তে হায়বদা খাক্লে। ডাক্তর অমা ফংদ্রিমখে য়ুমদা হল্লরোই খল্লক্লে। নুমিৎ ফনা য়াম্না চায়রক্লে। সহর, খুঙ্গং অনিমক্তা ডাক্তর থিবা হৌরকই। সহরদগী খরা লাপতক লৈবা মুসলিম খুঙ্গং অমদা এম.ডি. আজাদ কৌবা ডাক্তর নহা অমা ফংলদুনা লোয়ালমদা লাকমিন্নে। আজাদ নহা ওইজরবসু লায়েংবদা পীথোরকপগী শক্তি লৈ; পূকচেল চাওই, য়ুমদা লন্নাই ক্লীনিক হাংদুনা লায়েংবগী থবক চৈখে।

মখোয় অনি লোয়ালম য়ৌরকই। মীনা শীনবনা অমা লাইনা শীনবনা অমা হায়বদু ওইরে। য়ুম হেক য়ৌবগা মমাগী আত্মাদি সংসারদগী বিদাই লৌখিরমলে। করিদি তৌরুনি থৱায় য়াওদ্রবা মমাগী নাক্তা ফম্লগা খোং কোন্দুনা কপ-লাওবা নত্তনা, মতম অদুদা ডাক্তরনা –

"শিবা হায়বসি ঐখোয় খুদিংদা তোল্লিবা লমন্নি, থোইদোক্না য়াম্না হকচীন্না

খন্থরুদুনা থরায় হকচাং শোকহনবগী দরকার লৈতেদা, মীওইবগী থরায় য়াওদ্রবা হকচাংসে চেল্লম্বদগী য়ারক্তবা ইনজিনগুম্বনি। খরা খরা ফরিঙেদা চেক তৌহৌবা ইঞ্জিন্না বেরা তৌদবগুম মীওইবসু নারকপগী খুদম হেক ফংবগা লায়েংহৌগদবনি, অদুবু তামো হৌজিক্কী কমদৌনি, ইমাগী আত্মানা স্বর্গদা নুংঙাইনা লৈরক্নবা ইশ্বরদা প্রার্থনা তৌবনা হেন্না ফবা ওইরনি। ইচিন ইনাওগী লাইবক থীখিবনা ইমাবু লায়েংবা নংহৌদ্রে। হৌজিক্কী স্বর্গিয়া ইমাগী তৌফম থোকপা সেবা হোৎনরসি। বসন্তনা ডাক্তরগী ৱাহৈশিংদু কোক্তা হাপ্লগা মমাগী অরোইবা সংস্কারগীদমক কোইচেন চেন্দুনা লৈকাইগী মী খোম্লে। কনা লৈতে মতোমতনি হায়না থম্মোয় পীরক্লম্বা বসন্তদো খংহৌদনা ইশ্বরনা থারকপা মনাও অমা কংজরবদা থম্মোয় মকা লামজরে।

সংস্কার লোইরদুনা মী য়ামসু হন্নখ্রে ডাক্তরসু চৎলগে হায়রক্লে। মীনুংশিলৈবা মুসলিম ডাক্তর আজাদকী খোং কোল্লগা হায়বকই– "ইবুঙো ডাক্তর, নহাক্নুদা ডাক্তর মফম কৈদা লৈরম্লিনি মীংদে নহাক্কী অচম্বা মরুপ মপা নত্তে ঐঙোন লেপকিন্নবা ইনাওনি।" আজাদনা বসন্তবু কোনখৎপীবগা মখোয় অনি চেরেং চেংদুনা লৌখ্রে। প্রেমগী মীরুন অমনা জাৎ তিন্নদনা বসন্ত আজাদ অনিগী পিরাংনা মালেম থক্তা তপ তপ তামিন্নদুনা অমত্তা ওইনা তিংখ্রে। চৎলমদাইগী মিকুপ্তা কর মনুংদগী--

"তামো ঐহাক ইমাগী শ্রাদ্ধ কর্ম নুমিত্তা ঙক্তা লাক্কনিকো অদুগানে ঐখোয়গীদমক্তো খনবীররোইদৌবা লৈখিদ্রবা মীগীদমক কন্না খনজিনবীরুনুকো, খল্ল-খল্লগা নুংঙাইতবা অসুম হেঙ্গৎলক্কনি। নুংঙাইতবা ৱাখলনা হিংহৌরিবা ঐখোয়গী পুন্সি তেলহলগুমসিকো। নং ঐ নহানি লৈবাক্কী য়াইফনবা থবক কয়া মরুম তৌরমখিসি, ঐ চৎলে, চৎলে।" অসি হায়রম্লগা আজাদ গাড়ী থৌখ্রে।

বসন্তনা আজাদকী কার অদু য়েংদুনা লৈহৌই। মিৎলু অনিদগী শীম্থরকপা পিনা অসুম অসুম থুমগৎলকপা, লম্বাগী উফুলনসু অসুম অসুম কুপশিনখিবা, নুংশিরবা ডাক্তর অদুগী কার অদু অসুম শামখ্রে। ঙহাক্তং থোঙ্গানদা লেপতুনা লৈরম্লগা ফীজিনা পি তৈথোক তৈথোক্লা হাংলবা য়ুমজাও অদু তম্না তপ্না তপ্না চংলকলে।

## ( ১৩)

থাবুম খরগী মতুংনি। কুমগী নোং লাক্লে। অখাক-অরাওনা জগৎ পুম্বা নিনবা হৌরক্লে। লৱায় থৱাই অমদি লোয়ালমদা লৈবা নুপা হায়বা কাংবু মখৈ লৌবুক্তা লোইনা কুম্নখ্রে অদুবু বসন্তগী পাবদি "ইবুংঙো লৌবুক্তা চৎসি" হায়রকখিদ্রে, তুমিন্না লৈখ্রে। মচা লৈহৌরি কাওখ্রমাল্লে, মমাসু অদু মণ্ডায় নোং-মতা ফাওবা মণ্ডলান্দা লাক্কুনা মচাগী য়াইফনবা ঙাংলখিদ্রে। পুম্নমক অসি খল্লুবদা বসন্ত থম্মোয় পুবা ঙমলকত্রে।

নাগালেণ্ডগী পুন্সিদুগা লোয়ালমগী পুন্সিগদি য়াম্না খেন্নবনা হৈনদবা অমসু য়াওরে। লৌ-উদ্রবদি হিংবা ঙমদবা লমদম ওইবনা অৱাবা ৱাখল খিবিক তুং ওইনরগা লৌ-উগে খল্লক্লে। নোংমদি য়াহৌ ঙন্না হৌদুনা শম্পোৎ খোইবা চৎনবা থৌরাং তৌরকই। ওঙ্গোকপনি শঙ্গোলদা ষণ লৈরমদ্রে, শণ্ডতপ্তা লাঙ্গোল য়াল্লমদ্রে কোয়েৎ ফীজিনা পিরাং তৈথোক তৈথোক্লা ইমুংদা অমুক হঞ্জিল্লক্লে।

মথংগী নুমিৎকী অয়ুক্তী নোংশু হাংদোকখিদুনা নুমিৎনা নোংপোক চীংদোন্দগী তরং তরং হুন্দোকলকই। মতম অসিদা য়োৎপাক অমা পায়রগা বসন্ত লৌবুক চৎকদবগী থোংজীন কাম্বোকলকই। থোঙ্গাল্লোমদা হেক য়েংথোকলকই। মিকুপ অসিদা নীংশিং-লকলে মমাংঙৌদা মণ্ডখিবা, মণ্ড বীনাগী পুক্নীং হুব্বা মুর্তিনা থোঙ্গালদা লেপ্তুনা লৈরম্বদো, থম্মোয়দা তুজুংবা পোকই, শোল্লকই "নুংশিখ্রেদা বীনা, ফজেদকো নংগী মুর্তিদো অদুম্নদি ওইরগা নহাকপু ঐনা তাইবং মীনি হায়নদি খল্লবোই, মণ্ডা-মণ্ড ওইখ্রবী, মণ্ডলানগী লাইরেনবীনি হায়না থম্মোয়নুংদা লাৎতুনা থমজরগা ইথৌ-ইঙম পাংলগে" অসি খল্লগা মমিৎনা লৈখাদা য়েংলদুনা প্রপ প্রপ লাক্লে।

শজিবু থা অসি মহৌশানা বসন্ত ঋতুগী মমৈ ওইরবসু লম্মিৎ তুমিৎ য়েংবদা পুক্নীং হুই। ফাইরেন, লমদাদা হুনখিবা য়েংনিং অদু থা অসিদা মপুং ফায়। উঁহৈ খিবীক মপুং ফায়, লৈরাং খিবিক লৈশাৎতম্মী। খোইমু কুরাকশিংনা লৈকা খূদিংদা তোংলি, চেক্লা খিবীকসু মখৌ পোঙনা পোঙনা খোংলি।

অরেপ্পা লৈতনা বসন্তনা গম গম লাকপনা দৃশ্যশিং অসি মথং মথং উরক্লে। থেংনরুরে মফমদু, মদুদা ফম্লগা বীনাগী নুংশি ৱাখল খনখিবা, চিঠিগী ৱারোল ফংখিবা। হায়রকই "হে ঐগী পোত্থাফম নহাক্তী অসুম লেংদনা লৈরমলি,

তুরেলগী ঈচেল নহাকশু লেপ্তুনা অসুম চেল্লমলি। চীঙ্গী চেক্লা চা নখোয়শু জূড়া কায়দনা হিংলমলি, লোয়ালমগী মালঙবা নহাক্শু অৱা-অনা য়াওদনা চেন-চোংদুনা শান্নরমলি, খোইমু; কুরাক নখোয়শু অপাম কাদা য়ৌ, নুংশিকাদা থুং' নুংঙাইনা হিংলমলিকো। ফজরে ঙসিদি লোয়ালমগী দৃশ্য মপুং ফারে, বসন্ত ঋতুগী ফজবসু লময়ৌরে অদুবু কদায় লমদম অসিদ পোকচবা লমদম অসিদা চাওজবা তাইবং চা ওইবা বসন্ত কৌবা ঐহাক্তী পুন্নমক অসি তায়োন্নরেদো।"

অসুম লাকপনা মখোয়গী লৌবুক য়ৌরক্লে। লৌরোন্নবা অতৈদি লোইনা খোইদোক্লখ্রে। মখোয়গী অদুদি নাপীনা পুমশং শংনা লৈরম্মী। অতৈ লৌবুক্তদি চানিংঙাই লৈতবনিনা ষন লোক অমত্তা লৈবা উদে। মাগী লৌবুক অদুদি নাপীনা পুমশং শংবনিনা ঙন্না খোংদারকপা ষনবী ষন্নাওশিং মবুক থন্না থন্না চারগা শগুপশায়দুনা পোখাদুনা লৈনরম্মী। ষনবীশিং অদু তানখায়রগা য়োৎলৈ কাংদুনা লৌ-তাগদবদু ঙমদদুনা ঙহাক ফমদুনা লৈরে। ঙহাক ফমদুনা লৈরিঙৈ মতম অদুদা বসন্তনা খল্লকই

"অশুক পাকখ্রবা লৌ-পরী অনিমুক্কী লম অসিবু য়োৎতনা তৌরগা নত্রগা মী নেক্লগা লৌ-উবা হায়বসি ঐহাক তৌররোই, ঐ ইতোমতা হিংনবগীদমক্তদি য়াম্না লায়খ্রে, ষনজাবুং ওইরবা লৌফম অসিদা হোস্পিটাল শারবদি য়াম্না মঙ্গল ওইগনি অনা-অয়েক কয়াগী থৱায় কনবা ঙমগনি।" ৱাখল অসি হেক লাকপদগী মখায়দু খবা খিৎ নুংঙাইরমাক্লে বসন্তদু ফুক হৌগৎলি, খুদোনবী ময়ানা চীকই; নোকফেৎ তৌই। শাবা য়াগদ্রা হায়বগী ভাবতা য়োৎ অদু পায়রগা লৌফম অদুগী অকোয়বদা কোয়চৎ চত্তুনা য়েংবা হৌরকই।

অহানবদা অচৌবা সড়ক তাবা য়াবা লম্বীগীৱাখল খল্লি। মথংদা লৌফমগী পাক-চাওরিবা অদুগী মতুংইন্না হোস্পিটাল অসি শাগদৌরিবনিনা শঙলেন (বিলডিং) শিং অদু কয়াম চাওবা য়াগদগে, দাকার ওইরক্কদবা কা মশীং কয়া লৈবা য়াবগে হায়বসি চাওরাক্লা য়েংথোকই। মদুগা লোয়ননা গাড়ীশিংগী থম ফম, লৈকোনগী শরুক, শুমাংগী শরুক, শঙলেন অমগা অমগা চৎথোক চৎশিন য়াবা লম্বী মচাশিংগী জগা পুন্নমক ৱাখলনা য়াত্তুনা য়েংথোকই। কোন্নরোইদৌবা ফীভম উরগসু থংনবা লৌবুক লৈগনি হায়বগী ৱাখলগা লোয়ননা বসন্ত হোস্পিটাল শাবা হৌরগে হায়না লেপ্লে।

বসন্তগী ৱাখল অঙকপনি অতৈ ৱাখল চংদ্রে। হোস্পিটাল শাবগী ৱাখলদা লুপতুনা অমুক লৈখ্রে। ৱাখল অসিনা মাগী পোখাবনি, ৱাখল অসিনা মাগী

নিষানি। সোসিয়েল ৱার্কর অমগী সক্লোন লৌরগা লমদম অদুদা লৈরিবা অশোন-অনাগী সেবাশু তৌবা হৌরকই। হোস্পিটাল শাবা হৌদ্রিঙেদা মহাক্না সেক্রেটরি ওইরগা চাওখৎ থৌরাংগী সংস্থান অমা লিংখৎলি। সংস্থান অসিনা লম্বী থোং মুং থাই. থোংশাই, ইলেকত্রিক থাম্নবা হোৎনৈ অফবা ঈশিং ফংনবা হোৎনৈ, য়ুম খূদিংগী খোংহাম খুৎহাম ফম (সেনিটরী সিষ্টেম) তঙাই ফদনা থম্নবা হোৎনৈ, মতম মতমগী লায়নাশিং লাইথোকপা, কোলেবা. টি.বি., তাইফোইট অমসুং মেলেরিয়ানচিংবা লৌনগনবা লায়নাশিং অসি ঙাকথোক্নবা হিদাক কাপথোকপনচিংবা থৌরাং তৌই। মসিদসু নত্তনা অঙাং মচাশিংগী লাইরিক তমফমশঙ অমসুং অহল ওইরবশিংগী লাইরিক তমফম শঙ অমসুং লাইব্রেরীনচিংবগী শঙলেন শাবদা পুক্নীং চংশিল্লি। পূন্নমক অসি সরকারগী মতেং লৌদুনা পাংথোকপা ঙাক্কনি।

অসুন্না হোংনরকপনা লোয়ালমগী মফম পূন্নমক চাওখৎপগী নমি লাকপা তৌই। মশাগী চহি নিফু নিথোহি হুমদোই শুরর্বাননা মীনস্থ থাক্তে মশাসু মহৌসাদগী হৌনা অচুম্বগী পূমই ওইরকপনি। লমদম অদুগী নহা ওইবা নুপী নপাশিংগী শান্ন-খোংনবা (Sport) গী টিমশিং লিংখৎলিদুনা নিয়া ... পোলিসি কয়াশু পুথোকই। মী অমনা মপুক্সিদা ... শিংবিংজ... মদু মুৎথৎপা লুনা থোকপনিনা অঙাং ওইবিঙেদগী হৌনা নিয়া হায়দুনা ... পোৎশাক থর্রাসি হঙোয়হনবনা ফে হায়বসি বসন্তনা খল্লি।

মানা লিংখৎলিবা সংস্থান (Organisation)অসি অমরোমদা লৈকাই শীং-লুপকুম্বনি। য়ুম খূদিংগী মী অমমম মেম্বর ওইহল্লি। চান্দাদি শেল ওইনা নত্রগা ফৌ ওইনা য়াম্না পীকপা চাংদা খায়নৈ অদুম্নদি ওইরগা পুকচেল চাওবা শেল পায়বা মেম্বর খরনা হেন্না চাওনা পীবদি থাগৎনৈ। করম্বা মীওইবু লায়রবা কৌবগে হায়দু খন্নরগা সংস্থান অসিনা মতেং পাংবগী হকশু লৈ। কনাগুম্বা মীওই খরনা মাবু চিংনরবা নত্রগা মাবু পান্নরক্তবগী খুদম ফংলবদি মদুগা মরী লৈনবা এজেন্দা পুথোক্লুনা মিতিং তোয়না তোয়না তৌই। কদৌঙেদসু মহাক্না শেল পায়শীন্দুনা থমদে শেল মচা পোক্নবগীদমক পুথোক্লুনা থম্মী অমসুং কান্নরবা পোৎ কয়া লৈশিন্দুনা থম্লগা মদু প্রজাদা শান্দোকই।

প্রজানা থাজখিবা অদুনা ওইরমাল্লে চহি মঙা অসিগুম্বা থবক অসি তৌবদা হৌখ্রে। অসিগুম্বা থবকশিং অসি তৌনা তৌনা হোস্পিটাল শাগৎনবা থৌরাংশু লোইশিল্লক্লে। হোস্পিটাল অমা লিংখৎলগনি হায়বসি অহানবদা মীয়ামদা ৱা ৱা লাওথোক্তে। মাগী লৈজরিবা শেলনা কোন্নবা ঙম্লকত্রবা মতমদা মীগী মতেং

লৌরবা হায়বদুনি খল্লদুনা থৌরাং তৌখিবনি। মী অমনবা য়ুমজাও অদু শীদোক্লগা হোস্পিটাল সাইট অদুদা হোংলে। পিকথ্রবা য়ুম অমা লৌবুক্কী মচী অমদা শারগা লৈবা হৌরে।

বসন্ত তুমিন্না লৈথোকপা য়াদে অমদা অমদা কোয়চেন চেন্দুনা হোস্পিটাল শাবা হৌনবা হোৎনরে। পোইন্ট অশুক চাওবা লৌফম অমদা ফমুং কয়ামুক লৈবা য়াবা হোস্পিটাল অমা শাবা য়াগদগে হায়বসি অখণ্ড অহৈ ইঞ্জিনিয়ার অমসুং ডাক্তরশিং তান্নরে। তৌবতবু অহানবা লিংখৎচবগী ওইনা শেল য়াম্না চং-লোইদৌবা ডিজাইন অমসুং কনষ্ট্রকসন পাম্মী হায়না বসন্তনা হায়খি। ডাক্তরনা তাকপীবা মতুংইন্না "ফমুং থানবগীদমক বিলডিং মরি, (নুপী, অঙাং, নুপা অমসুং কেজ্বেলিটি) ওফিস, হিদাক থমফম, খুৎশু খুৎলাই থমফম, ডাক্তর লৈফম, নর্সশিংগী লৈফম, চৌকীদারগী য়ুম, ব্লদবেঙ্ক অমসুং ওপরেসন থিয়েটরনা চিংবগী মফমশিংসিদি শোয়দনা শাদবা য়াদে। য়ামদ্রবদা ফমুং য়াংখৈ, হুমফু থাবা য়াই; শাগদৌরিবা মওংদি চেক অমসুং উনা নেমতক নেমতক শারগা থোংনাও মরাং কায়না ফাৎপা য়াই। অসুম তৌবা ঙম্লবদি শেল অদুক হাক্লা য়াম্না চংলোই কনবসু য়াম্না কনগনি। মসিদগী হেনবগীদি য়াম্না লৈখ্রে অমর ওইনা লৈহনগে হায়বসু য়ারে।" বসন্তনা "তাইবংপান অসিদা অমর ওইনা লৈগদবা পোৎ লৈতেদা ঙসি শাগৎনরিবা নুংঙৌগী য়ুম ময়াম অসে নোংমদি নীংখায়খিগদবা ঙাক্তনি অমর হায়বদুদি অফবা মগুন অদুনি, ডাক্তরনা ফরিমখৈ বিলদিংদি মশীং লাকঙমদনা শিন্দোক্তুনা অমর ওইহনবা য়াই।" বসন্তগী বাতাদা ময়াম্না অচুম্বনি শোন্নে।

ডাক্তরগী পাওতাক অদুগা লোয়ননা মহাক্লা হাপনিংলিবা লৈকোলগী পার্ক, গাড়ী পার্কিং, লম্বীশিং অমসুং ঈশিং চনফম (টোটি) নচিংবগী মফমশিং য়েক্তুনা থমলে। মতম অসিদা মশাগী বেঙ্ক একাউন্ট অমা হাংদুনা নাগালেণ্ডগী পুরকপা শেলগী চেকশিং কায়বা য়ানবসু হোৎনরে। মতুংদা নাগালেণ্ডা অমুক হন্না চত্তুনা শেল লৌরুই, হন্দকমুক চৎপা খোংচত্তা হোস্পিটাল শাবা হৌগদৌরে খংহল্লি, লৈরমলিবা চীংমীশিং অদুনা মাবু কাউবগী মহুত্তা হেক উবদা কপ্পরকই, লুনা তৌবীরকই অদুবু নুংঙাইত্রিবদি তেমজিলা, রোজিলানচিংবা খরা ময়ুম পানখিরম্বসিনি।

বসন্তনা তান্ন-খোৎনা তৌজরুপদগী মমল য়াম্লবা পাউতাক পীবিরকখিবা ডাক্তর অদু অতৈ কনা নত্তে, মাগী থবক তৌমিন্নরম্বা প্রাইমারী হেলথ সব সেন্টরগী ডাক্তর (এম.ও.) সঞ্জয়নি মহাক মতম অদুদা মেডিকেল ডাইরেক্তর ওইনা লৈরমলে। ডাইরেক্তর অসি উন্নদ্রিঙৈদা অহানবদা হান্নগী হেলথ সব সেন্টর অদুদা লৈরিবোই নীংদুনা চংলুই অদুবু লৈরমলিবা কর্ম্মচারীশিংদুনা "ডাঃ সঞ্জয়দি মেডিকেল ডাইরেক্তর ওইনা লৈখ্রে" তাকলকপদগী ইম্ফালদা

চংলগা উন্নরকনি।

অহানবদা লোয়ালমগী হেলথ সেন্টর অদুদা চংলুবমক্তদা লৈরমলিবা স্টাফশিং অদুনা বসন্তবু উবদা য়াম্না ঙকখি, য়াম্না নুংশিবিখি। তরাম তরাম ওক্লদুনা শরাও তয়াম্না ৱারী শাদুনা লৈমিন্নখি। মী খুদিংমক নোক্লা নোক্লা হেণ্ডসেক তৌই। বীনাবু উবমক্তদা "বীনা! উদবা কুইরেদা কম কম তৌরিবগে নংবু" হায়না তয়াং তশোইনা কৌরকই অদুবু বীনান হৈমা! বসন্ত নং থোকলক্লবা...." হংবগা লোয়ননা ইকাই. নুংশি য়াম্ননা লৈবা উবদা বসন্তনা "করি তৌরে নহাকপু নশা ঙমদবা মায়থোং অদু য়াম্না শোকচিন্না উইদকো নহাক য়াম্না ময়েং তারে; ঙসি ঙরাংতা শোকপা মান্দে, নশা শোকহনগনু ডাক্তরদা নিংথিনা হংঙু, অহাওবা চাদুনা নশা ফহল্লকো" হায়না বীনাবু চিংনা য়েংজরগা অমুক হায়রকই "ঐহাক অমুক চংলরোই করিগুমমবা থবক অমত্তং হৌজনিংদুনা ঐখোয়গী ডাঃ সঞ্জয়বু উন্নজবা লাকপনি অদুবু মহাকশু মফম অসিদা লৈরমদ্রে. ইম্ফালদা চৎলুবা তোরি।"

বীনানা "করি থবক্লো নাগালেণ্ডদা তৌরিববু শেল য়াম্না তাল্লি হায়বা তায়দা?" বসন্তনা "এ! ঐগুম্বনা করি খংজদনা শেল তানগদৌরিবনো, ইমান্নবগী মতুং ইন্নবা হোৎনজবতনি মসিসু সমাজগীনি, সমাজগী ফনবগীদমক থবায় অসি হিংলগে খনগ্রবনি" অসি হায়রকই।

সেন্টর অদুগী বিলদিংশিং অদু মহৌশাগা মান্নরমদ্রে, মিরাং থুরমলে ফকলাং মচেৎ মচেৎ নীংখায়বা হৌরম্লে। মসিদগী মানা অমুক খল্লি "মসি পুন্নমক সরকারনা য়েংশিনবীবা ৱাৎপননি। কর্ম্মচারীশিংদি তলবতনি খল্লিবা. শেমজিন শাজিন্নিংবদি ইয়াও য়াওবা নত্তে মতাং অসিদা ঐগী হোস্পিটালসি লিং-খৎপা ঙম্লবদি ঐগী অপেনবা ওইগনিকো।"

ময়ামগী মতৌদু উবদা নুংশিজবা অমদি অমত্তা তেক্ত কায়নদনা লৈরম্বা অদুদা বসন্তনা চা কৌদুনা স্তাফশিং অদুগা থকমিন্নরে। মতাং অসিদা লৈরমলিবা ডাক্তর অনৌবা অদু থোকলক্তুনা ৱারী খরা শানৈ। বসন্তগীৱারীদগী খঙবা ঙমলে মদুদি ডাক্তর সঞ্জয়গা অকুপ্পা ৱারী শানিংবা অমদি স্তাফ অসিবু নুংশিজদুনা উন্নবা লাকপনি হায়বসে, অসুম্না ঙহাক ফমিন্নদুনা ৱারী ৱাতাই শারবা মতুংদা অমুক চৎখিনবা ময়ামদগী য়াথং লৌরক্লে, হায়রকই– "অদুদি মরুপ মপাং, ইচল ইচে পুন্নমক ঐহাক অমুক চচ্চরগে, মতুংদা অমুক উন্নসিকো" হায়রম্লগা গম গম থোকখ্রে অদুগা মাগী গাড়ী মচাদু থৌরগা চৎখ্রে।

মহাক্না চৎখ্রবা মতুংদা লোয়ালমদগী কর্ম্মচারী অদুনা ৱারী লীরকই "মহাক্কী অচৌবা সোসিয়েল ৱার্কর অমা ওইরে। মহাক্কী লীচিং মখাদা লমদম অসিগী চাওখৎ থৌরাং কয়া মরুম পায়খৎলক্লি। ময়ুম মকৈশু পান্দ্রে, ময়ামগী ফনবগীদমক কখোকচরগে হায়বা মীতাদুনি।" ৱারী অসি তাবদা বাঁনাগী থম্মোয়দদি নীংঙমদবা ময়াম পোকলকই। বসন্তগী খজাইদা তারিবা দাগ অদু উবদা হৌখিবা ৱারী কয়া নীংশিংলক্তুনা মহাক্কী মশুংলাঙ্গীদমক্তা থোকখিবনিকো হায়না অনুতাপ লাকলি।

বসন্তনা থোইদোক্লা ইকাইবা, অকিবা য়াওদনা সঞ্জয়বু উন্নবা চংজরুবা অমসুং মাগী থম্মোয়গী অপাম্বশিং অসি ফোংদোলুবদা হরাওবগা লোয়ননা মহাকপু য়াম্না থাগৎলকখি। বসন্তগুম্বা মীওই অমনা হোস্পিটাল লিংখৎকে হায়রকপসিদা অহানবদা মহাকপু অঙাওবা ওইনা খনবীরগসু মাগী লৈজরিবা শেনফম, প্রজানা মঙোন্দা থর্স্বীরিবা থাজবা, মাগী নোম্বা কনবা, কখোকপগী গুন চেনবা থম্মোয়, খুদিংমক অসি খল্লবা তুংদা ওইবা য়াইনা হায়বা ৱাখলদগী বসন্তগী মতেং পাংগে হায়না লেপখিবনি অমসুং লন্নাইগী ওইবা অসিগুম্বা হোস্পিটাল অমা লিংখৎপদা সরকারনা পাংবা ঙম্বা শেলগী মতেং পীগনি অমসুং লমজীং লমতান্ননি হায়বীরকখি। শেলগী মতেংদসু নত্তনা থবক শুবা হৈবা মী ফাওবা ঐনা পীগনি হায়না সঞ্জয়না হায়বীখি। মতৌ অসুম্না য়ানবা অমগী মখাদা চহিদুগী এপ্রিলগী তাং তরামঙাদা হোস্পিটাল অদুগী যাত্রা হৌখ্রে।

নুমিৎ অদুদগী মখূৎ হৈরবা মী কয়ামরুম্না লেপ্পনা থবক শুবা হৌখ্রে। মতাং অসি য়ৌরকপদা মানা মাগী মরৈকাই, অনকপা খুঙ্গংনচিংবদা "হোস্পিটাল অসি শাবদা অঙম্বা মতেং খরা খরা পাংবীয়ু" হায়না নিবা চৎলি। মী খুদিংমক্না বসন্তবু নুংশিবা অমসুং থাজবনিনা চিংনবা লৈতনা মতেং পীরকই। মানদি নিবা চৎলুদবা, লিংখৎকদৌরি হায়বা পাওদি তারবা অদুগুম্বা মীওইশিং অদুনসু শেল ওইনা নত্রগা পোৎচাক ওইনা নত্রগা পাঙ্গলনা পাংলকখিবা ঙাক্তনি।

চহি খরা হৌখ্রে হোস্পিটাল শাবা লোইশিল্লক্রে। বসন্তদসু নত্তনা শারিবা মিষ্ট্রিনচিংবা পুম্নমক্তা নুংঙাইবগী ইরাং অমা ফাওরক্রে। ইশৈ ঙংনা ঙংনা থবক শুবা হৌরক্রে। থবক অসিবু কয়া থৌশাবিরুদবা; তৌজবা শারিবসিবু ওইগদ্র ওইরোইদ্রা নোংদম নাইদে খল্লম্বা মীওই খরদি লোইশিল্লকপা ফীভমদু উবদা মনা মনিল নাইদনা হোস্পিটাল মনাক্ত মাগী মাগী দুকান শাবা হৌনরক্রে। মখোয় অদুদসু নত্তে হোস্পিটাল অদুগী মরুম থুপতুনা জীবিকা ওইজনিংবা মী কয়া অমসু মাগী মাগী দুকান মথং মথং শাগৎনরক্রে। হোস্পিটাল অদুগী মৈ অমসুং ঈশিংগী অৱাবা লৈতনবা থৌরাং কয়া অমসু মাংজৌননা শিজিন্ননবগীদমক শেম-শাবা হৌরক্রে। অসুম য়েংবদা মফম অদু সহর মচা অমা ওইরক্কদবা মাল্লে।

বসন্তগী মঙলাল মঙফাওনরে। লোয়ালমগী চীক্লবা মফম অদুদা মঙলানগুম লৈরুরবা আশাগী হোস্পিটালদু ঙসিদি ইরং লংনা ঙাল্লে। মদু উজরগা বসন্ত স্বর্গ খুৎনা লাম্ব ফংবমুক থম্মোয় মকা লামজরে। য়াম্না থুনা শঙ্গানীংলে। অশোন অনাশিংগী সেবা হৌনিংলে।

হোস্পিটাল অসিগী মমিংদি বসন্তগী থম্মোয়নুংদা ইদুনা থমলিবা 'অমর জীবন হোস্পিটাল, লোয়ালম" হায়না থোল্লে। মসি মাবু য়োকপীরকপা পলেম পাম্বৌ অনিদুগী মিংলেন অদু লৌরগা শেমখিবনি। মসিমক চাওনা ইথোক্তুনা হোজঙ্গী মথক্তা থেৎতুনা থমখ্রে। হোজঙ্গী মনুং থংবা শরুক্তা, লম্বীগী য়েৎ থংবা নাকলদা ফুড়া অনি খন্থাংননা চন্দুনা থম্মী মসিদা মমা মপা অনিগী মমিংশু হক্তুনা ইরি। শেমজিন-শাজিনবা লোইরদুনা ধুম ধাম য়াওদনা হৌনবীদি কায়দনা শঙ্গাখ্রে। ডাঃ আজাদপু খ্বাইগী মকোক থোংবা ডাক্তর ওইহল্লি, মচে লৈবাক্লে খোয়গী মচা মশুশিং থবক হাপ্পী লমদম অদুগী নহারোল কয়ামরুম মাগী মাগী মতিক চাবা থবক পীরি অসিদসু নত্তনা অফাওবা ডাক্তর কয়াবু নেক্তুনা লায়েংবা হৌরকই।

হোস্পিটাল অসিবু নীংথিনা চল্লাইবা ঙম্নবা কমিতি অমা শেম্মী। হৈ-শিংলবা অহল খরনা বোর্ডকী মেম্বরশিং ওইহল্লি, তৌবগীদি মখোয় অসি বসন্তগী মতেং পাংবনি। বোর্ডকী মীওইশিংনা ডাক্তরশিং হাপ্পী, থবক পাম্বা কর্ম্মচারীশিং হাপ্পী। থবক হাপ্পা মতমদা মানা মানা ঙমজবা সেল খরা-খরদি অশোন-অনাগী সেবাগী মিংদা দান তৌহল্লি। মতৌ অসুম্না ফংলকপা শেনফম, মায়াম্না পাংবিরকপা অমদি লাইয়েংমল ওইনা ফংলিবা শেনফম অসিনা হৈ-শিংনা শান্নদুনা কর্ম্মচারীশিংগী তলব হৃন্নে। অসিগুম্বা হোস্পিটাল অমদা মতেং পীবা ঙম্বা ভারত অমসুং পৃথিবীগী সংস্থান কয়াদগী শেলগী মতেং (ফোরেন হেল্প) ফংনবসু হোৎনরি।

বসন্তগী অপাম্বা মতুংইন্না থবক তৌরিবা ডাক্তরশিং অমদি মখোয়গী মতেং পাংলিবা মী খুদিংমক মীনুংশি চাওবা, লমচৎ ফজবা থিজিনবা কনবা, চোকথবা নাইদবা, কখোকপগী গুন চেনবা মা অমমম ওইবীনবা হায়জৈ। অসিদসু নত্তনা লায়েংবা লাক্লিবা অনাবা মী ফাওবদা মহাক্লা পাওতাক পীবা পামজৈ। পুন্নমক অসিগী অসুপ্পা স্লোগ্যান খরা ইদুনা হোস্পিটালগী মফম, ফক্লাংনচিংবা খুদিংদা থেৎনবা থৌরাং তৌই মখোয় অদুদি –

- হোস্পিটাল (লায়েংশঙ) হায়বসি খ্বাইদগী মগুন বাংবা মণ্ডিরনি। ডাক্তরনা মসিদা লৈবা ইশ্বরনি। মফম অসিদা পুক্লীং মকপা য়াদে অচুম্বা খক্তগী মফমনি।
- মতাং, মতম অমসুং ফীভমগী মতুংইন্না ডাক্তর অমনা মাগী থম্মোয়দা থোৎপা-নৌবা, থম্মোয় কনবা, থৌনা ফবা, কখোকপা তঙায় ফদে। চেকসিনবা অমসুং অচুমবা ধর্ম্ম হায়বসিদি মতম চুপ্পগীনি।

- অশোন-অনাশিংনা ডাক্তরদা মীনম্বা (লায়না লোত্তুনা থম্বা) খক ঙাংফদে। মাগী মফমদা থাজবা থম্লগা লায়েংগদবনি। ইশ্বরনি হায়না খঞ্জরিবা ডাক্তরনসু লাইওং খঙদনা য়াথং অমসুং হীদাক পীফদে।
- ডাক্তরসু মীওইবগী মনবিজ্ঞান, দর্শন শাস্ত্র খঙবা তঙায় ফদে মদুনা অচৌবা লায়না কয়া, হাম্থবা, মরোন থোক্তবা মী, অঙাং, বুধি চোইরকপা কয়া লায়েংবদা মায় পাক্কল্লি।
- লায়না পকপা মীগা ডাক্তরগা য়েক্নবা নত্তে, য়েক্নরিবদি লায়নাগী মহীক্কা ডাক্তরনা পীবা হীদাক্কনি।
- ডাক্তরনা ফংলিবা মীওইবগী নত্রগা জীবশিংগী সেবাদি ইচম চম্বা সেবা নত্তে, বিজ্ঞানগা লোয়নবা সেবানি, যাম্না থিজিনবা দরকার ওই। মাগী পুন্সিদা মিকুপ খুদিং পরিক্ষা তৌই। পারিক্ষা মায়োক্নরিবা অদুক পণ্ডিত ওইরকই।
- অশোন অনাশিংনা ডাক্তরদা লায়েংমন পীনিংঙি অদুবু ঙমদবা মতাং থোকলকপদা ডাক্তরনা মখোয়বু হিংমিন্নবগী ধর্ম্ম উৎপিগদবনি।
- উপকার পাম্বা, কথোকপগী ওন চেনবা, হঙোইবা, তুক্কচবা মশক খঙদবা, মশামক্কী ঈ অশোন-অনাশিংদা দান তৌবা ওম্বা মীওইশিংনা ডাক্তর ওইগদবনি।
- মশোমবু কাওথোক্তুনা য়েন্নবগী লায়েংবীবা ওন্নবা, শাওগনবনু নমথদুনা মাবু লমজীং নমতাকপীদুনা থবায় কনবীবা ওম্বা মহাক্তো অশেংবা ডাক্তরনি, অশেংবা ইশ্বরনি।
- লায়না পক্লে হায়না চিংনরবা মী অমনা কদৌঙেদসু মী অমদা শন্দোক্নবা হোংনরাইদৌবনি, মসিসু অচৌবা মীওইবগী সেবা অমনি।

মতৌ অসুম্না চেকশীন থৌরাং কয়াগী মথাদা হোৎনরকপনা লোয়ালমগী হোস্পিটাল নোংমা নোংমগী মগুন হেন্গৎলক্লি। জাৎ খুদিংমক্কী ডাক্তরশিংগা খুৎশম্নদুনা লায়েংমিন্নে, অনৌবা মেচিন লৈশিল্লি। অনৌবা লায়েংলোন তমশিল্লি। ইশ্বরগী বরদগীবু ওইরিদ্রা, ডাক্তরশিংগী হৈ-শিংবদগীবু ওইরিদ্রা হোস্পিটাল অসি পিক্লবসু অফবা হোস্পিটালশিংগী মরক্তা অমা ওইরক্লে। কপ্পা লাকপা কয়া নোক্লা নোক্লা হন্নখি। আশা লৈরুদ্রবা কুম লায়না কয়া অনৌবা হকচাং অমা শিন্দোকপগুম হরাওনা হন্নখি। হল্লমদাই মতমদা হায়রম্মী– "লোয়ালমদা শিদ হিদাক হৌই, মনিপুর , নোংপোক্কী স্বর্গনি হায়বদু চুমলে, অমরোমদা হোস্পিটাল অসিগী মমিংগা তৌথোকলকপা থবক্কা চুনরে।" অশেংবমকশু অমর জীবনগী অর্থদি শিবা নাইদবা পুন্সি হায়বনি।

(১৪)

হেমন্তগা বীনাগা মতম কুইনা লৈমিন্নরুদ্রে। তশেংনা হেমন্তনা বীনাবু নুং-শিদবদি নত্তে। অতোপ্পা নুপী অমা থিবসু নত্তে। ময়ুমদা অদুম মরৈবনি। চহি খরা অসুন্না লৈরবা তুংদা বীনানা মশা ফংলক্তবা; মচা নুপানা ওক্তবা লমচৎ শাজত্তা হেঞ্জিল্লকপা অসিদা নুংঙাইরকত্রমাল্লে বীনাগী য়ুমদা অমুক লাক্কুনা লৈররে। বীনাগী মপানসু করিশু হায়বা ঙমদ্রে। অদুন্নদি ওইরগা হেমন্তগী লমচৎ শাজৎ অদুদি অহোংবা লৈত্রি। বীনাগী মপানসু শোল্লক্লবনিনা 'অমুক হন্না চৈরল্লোই মাগী মাগী মরায়বক্তি' খন্দুনা তানিংদবা ৱাহৈ ৱাতা কয়া তাশিন্নদনা লৈরে।

য়াম্না থম্মোয় শোক্লিংঙাই ওইবা থৌদোক অমনা মাগী মচা নুপা অসি নিশা কন্না চারকপা অসিনি। মপানা ফু-চৈদুনা ৱাররক্লবসু য়ুমদা হেক্তা হল্লক্তবা য়ুমদা অসুম লৈরবসু পুলিস লাক্কুনা ফারগা হেক্তা পুখিবা; করিগুম্বদা পোং-চে হুরানবা অসিনা মমা ওইবী মহাক্কদি অমত্তা ঙাইজবা মচানিপা ওইবনিনা য়াম্না ৱাজে। দ্রগ হায়বদু চারবদি এডস হায়বা লায়নাদু পকই হায়, এডস পল্লবদি চহি তরাদা শি হায়, শিরবদি খোঙ্গুল মুৎলেকো, অসিনচিংবা নুংঙাইতবা ৱাখলনা বীনাগী থম্মোয়গী লায়না নোংমা নোংমগী হেঞ্জিলহল্লকলি। তোয়না তোয়না মঙলাক্লে, চাবা থকপা য়ারক্তে।

মতম খরা হৌখ্রে। বীনা লোয়ালমদা লৈত্রে, অহ্বাইগী অনকপা সেন্টর অমদা হোংখ্রে। হেলথ সেন্টর অদুসু অসুম অসুম শিথরক্লি অমরোমদা বসন্তগী হোস্পিটাল অদুনা য়ং য়ং চাওখৎলক্লি। নোংমদি বসন্তনা সেন্টর অদুদা চঙুনা হেন্না চাওখৎনবা হোৎনসি, সরকারনা হীদাক লাংথক, খূৎশু খুৎলাই পীরকত্রবসু ঐগী হোস্পিটালদগী পীরক্কে। মরু ওইনা নুপী অঙাংগী হেন্না ফগৎলবা হোৎনসি হায়বা ৱাফম অসি তান্নবা চৎলি। বসন্তগী ৱাফমদু অফবা ওইবনা পুন্নমক্লা য়ারম্মী। নুমিৎ অদুদা বীনা উদবদা মিপাইরকই। মহাক্কা তিন্নরম্বা মমান্নবা অমদা হংলুবদা "বীনাদি লায়না অমা লৈরে, মপাঙ্গল শোল্লে হায়দুনা ইম্ফাল্লোমদা লৈখ্রে" হায়রকই। "করি লায়নানো" হায়না মতোমদা হংজরগা বসন্ত মথ্বাই নুংঙাইতবা হৌখ্রে।

মঙ্ তাইবং অনিসি মরী খরদি মরৈনে। তাইবংদা খনবা ৱাখল মঙদা উবা য়াওই, মঙদা তৌরম্বা থবকশু তাইবংদা থোকপা য়াওই। মরম অসিদগী ওইরমাল্লে মীওইবনা মঙতাকপু থাজনরক্লিবা।

হোস্পিটাল চাওখৎনবগী ৱাখল নত্তনা অতে থোইদোকপা খল্লুদ্রবা বসন্তনি অদুবু ইখঙ খঙহৌদনা নোংমদি মাগী মমঙ অমদা মতম কুইনা উরুদ্রবী বীনাদো চাক্লীবী অমগী ফীভমদা মাগী য়ুমগী থোংজিন্দা লেপ্পুনা লৈবা উরম্মী। "ইমুং অসিদা কনা লৈবগে ভীক্ষা হাপ্লীয়ু" হায়দুনা কোইরাওনরবী মিৎ অনিদুনা লৈয়না লৈয়না য়েংলকই। মাগী মতৌ অদুদা বসন্ত শ্বাই লাওবা পোকই, মঙগ্রেম হাগেম্ননা কৌরকই "বীনা!" মঙফাওনৈ। হৌগত্তুনা ফম্মী অদুগা শোল্লকই "ইচল শকখ্রবী বীনা, নংবু করম্বা অৱা অনা তারবগে, করম্বা ইতেং পাম্বগে। মরক মরক্কী মঙলান্দা নংগী শক্তম্ হেক হেক উহল্লিবসিবু ঐগী করি ইরাল লৈখিদুনা ঐবু রাহল্লিবনো।" অসি হায়রগা বসন্ত ঙহাক ফমলগা অমুক তুমথনবা হোৎনৈ অদুবু তুম্বা য়াদ্রে, খন্দুনতা লৈরে। ঙহাক লৈরগা নোং-ঙাল্লমদাই পুংজা য়ৈরকলে। অথাপ্পা খূঙ্গং কয়াদা য়েনবা খোঞ্জেল তারক্লে, নোংপোক চিংখৈ ঙনবগী মঙালনা থোংনাওগী অহোবদা চংলক্তুনা বসন্তবু হৌদোক্লরে। বসন্তসু হৌগত্তুনা ইক মায়থজরগা মোর্নিং ৱাকিং থোকলকলে। তাঞ্জা অদুদা কার অঙৌবা অমা য়াম্না কন্না থৌরক্লগা কেজ্রেলিটি তম্না চংখি। মহৌশাদগী হৌনা কার অঙৌবা খীখ্রবা বসন্তনি। চংশিন্দুনা য়েংবদা হায়বগা তৌবগা হেমন্তগী কারদু ওইরম্মী। কার মনুংদগী বীনাবু থাংথরক্লগা কেজ্রেলিটিদা পুশিনখি।

লোয়ালমগী হোস্পিটালসি বসন্তনা লিংখৎপনি হায়বসি বীনানা তম্বদগী মাগী ইমুং মনুংনা খঙঙি। হোস্পিটাল অসি য়াম্না ফৈ হায়বা তাবদগী বীনাবু লায়েংবা লাক্লিননি, বীনাবু কবি লায়না নারিবনো হায়বদু খঙনিংবনা বসন্তসু চংলক্তুনা ডাক্তরশিংগা তান্নবা য়াওরুই। হেমন্তনা বসন্তবু উবমক্তদা মখুৎ জুর তৌরগা 'সাব' হায়না কৌরকই। বসন্তনা নোকফেৎ তৌরগা "অহোয়, জয় জয়" হায়রকই। ডাক্তরশিং অদুনা য়াম্না কুপ্না য়েংলবা তুংদা হায়রকই" করিশু তৌরোইদা, অদুবু অসিগুম্বা অনাবসিদি দিল্লীদা চৎপনা হেন্না ফগনি।" অদুগা মপান্দা হেমন্তবু কৌথোক্লগা অমুক হায়রকই "অনাবসি য়াম্না লুরে, হার্ট ফেল ওইগদৌরে, সোর হেনবা ৱারে, ওপরেসন হায়বদি হার্ট শিনবগী ওপরেসন দরকার লাকপা য়াই; থুনমক দিল্লীগী হোস্পিটালদা পুখিরগা ডাক্তরশিংগা তান্নবীবা ফগনি, ঐখোয় রিফর তৌজগে অদুগা চয়োল অনি ফাওবগী মপাঙ্গল কন্নবা হিদাক লাংথক পিজগে।" মতম অদুদা হেমন্তনা খল্লকই "বীনাগী থরায় কন্দবা য়াদে, ইচিন

ইনাওদগী শেল পূগনি, ঐগী হিংগোল শরুক য়োনগনি।”

মতুংদা বসন্তনা বীনা অমসুং হেমন্তগী মনাক্তা চংলগা “বীনা, করিগুম্বা তৌরোইদা শোয়দনা ফগনি দিল্লীদবু য়েংলবদি। শেল য়াম্না পুদ্রবসু য়ানি শোৎপা য়াগনি, চৎতা চৎপীয়ু শোয়দনা ফগনি। হয়েং ফদুনা হল্লক্লগা হোস্পিটাল অসিদা নখোয় অনিমক থবক তৌগদবনিকো তলবতো য়াম্না চাওদ্রগসু ঐখোয় পুন্না হিং-মিন্ননিংবগী ৱানিকো। বীনানা বসন্তদা য়েংলগা মপি ইরা চেল্লদুনা “ঐবু ফরকখিদ্রনে” ... হায়না হংলগা হিক হিক কপলক্লে। বীনাগী নুংশিরবা মিৎ অনিদা শীঙ্করক্লিবা পি অদু বসন্তনা য়াম্না তৈথোকনিংঙি অদুবু মহাক মশামক ডাক্তর নত্তে, মপুরোইবসু নত্তে অদুনা য়েংদুনা অসুম লৈরে। করিগুম্বা শিখিবা তারবদি উবা ফং খ্ৰরোইকো খন্দুনা অরোইবা ওইনা য়েংজহৌবনি। মতম অদুদা ডাক্তর চংলক্তুনা হিদাক লাংথক কাপতুনা লায়েংবা হোৎনরি। বসন্ত থোকখ্রে: খল্লকই– “ ঐগী মঙলান অসি ওম্থোক্লা চুমখ্রেদা। বীনাবু ভীক্ষারী অমগী শক্তমদা উরম্বা অদুদি অচম্বা নত্তে।”

হেমন্তনা হায়জরুবদগী য়াবীরক্লেনা মচীনমনাওশিংগা মৌ খরগা লোয়ননা বীনাবু দিল্লীদা লায়েংবা চৎখ্রে। থোইদোক্লা অকাযবা চচ্চদবা; অবা অনা কয়া খাং-জবত্তনা মথৌ ওইজরবা বীনাবু নুংশিজবনা চৎলিদা ময়াম অদুনা য়াম্না লূনা তৌই। অদুগা অমনা হন্দক্কী মতাং অসিদা বীনানা ফরক্তুনা লাক্লবদি, বীনাবু য়াম্না লুনা তৌগনি, অমুক হন্না নিশা চাররোই, অহল লমন্না হায়বা ইল্লনি হায়না হেমন্তনা মতোমতা ৱাশকই। অসিদসু নত্তে মাগী ৱাখল, “বসন্তবু ফুদুনা মখুত্তগী মুন্দুনা লৌরবা বীনাবু থীনা তৌবীদুনা, লায়েংবীদদুনা মাংহলখিবা তারবদি ঐগী অচৌবা দোষ ওইগনি, অশেংবমকসু মাগী লায়নাদি ঐনা পকহনখিবনি হায়বা য়াই” অসিনচিংবা ৱাখলশিং অসি রেল মনুংদা খনখিবনি।

অসুম লাকপনা দিল্লী নকশীল্লক্লে। মতম অদুদা অমুক খল্লকই– “করিগুম্বা হার্ট সিনসি হায়রক্লবা, কনাগুম্বা অমত্তনা হার্ট পীগে হায়দদুনা হার্ট ফংদ্রবদি কমদৌগনি, অদুম্মক বীনা শিবা তাব্রা .... শিবা তাবনি, কনা অমত্তনা শিবা পামদে. কিদনি ওইরবদি নাম্ম পীবা য়াই অদুবু হার্ট হায়বদুদি অমখক্তনি, অমখক্তু পীথোক্লবদি মহাকশু শিবা তাবনি। কনানা য়াবীগনি হিংবগীদমক্তনি ময়াম্না ৱাম্নরিবসে” অসুম্না শিবা হায়বসিবু য়াম্না কিবগী ৱাখল খন্না খন্না দিল্লী য়ৌরক্লে।

হোস্পিটাল য়ৌরে। খ্বাইদগী ফবা ডাক্তরদু উন্নরে। মমিং চক্লে, বেদ ফংলে। হায়বগা তৌবগা ডাক্তরনা হার্ট শিন্দ্রবদি য়াররোই হায়রকই। মতম অদুদা থম্মোয়

অমগীদমক থম্মোয় ময়াম্না থম্মোয় শোক্লা ৱানরকই। মচীন মনাওশিংদগী, মরুপ মপাংশিংদগী অমদি হিঙ্গোল বগোব তৌদুনা পুরকপা শেলনা হার্ট লৈবা তারক্রে। পুন্নমক ডাক্তরগা তান্নরে। হার্ট দোনর থিবা হৌরক্রে। মতম অসুম হৌখিবনা ওপরেসন মতমদি য়ৌশিল্লক্রে অদুবু হার্ট দোনেট তৌগে হায়বা কনা অমত্তা লাকত্রে। মহৈ মহৈ ৱাবনা সোর ফুনবা হায়বদু য়ৌরক্রে।

পুংজা খরা লৈরগা ডাক্তরনা ওপরেসন পাংথোক্লসি হার্ট ফংলে হায়না পাও পীরকই। বীনাবু ওপরেসন থিয়েটরদা ইঙ্গিনখ্রে। ময়াম্না য়াম্না ৱানা ওপরেসন মায় পাকপা ঙাইদুনা লৈনরি। হেমন্তনা খল্লকই "ঐগী নুপীগীদমক হার্ট পীবিগদৌরিবা মীশক অদুবু কনানো ওহোক্লা নুংশিখ্রেদা, মহাক অদো শেল য়াম্না দরকার লৈবা মী; নত্রগা ঐমক্তা হিংলুদুনা কান্নদে শিখ্রগা লোইরে খনবা মীওই শোয়দনা ওইরমগনি।"

পুং খরগী তুংদা ওপরেসন মায় পাক্লে হায়না পাও পীরক্রে। পুন্নমক হরাওনরে। বীনাসু মাগী বেদতা পুরক্রে, জ্ঞানদি তাদ্রি। মতম অদুদা হেমন্তনচিংবা মখোয় খরনা "ডাক্তর, করম্বা মীওইগী হার্টনো মশক মমিং খঙজবা য়াগদ্রা অদুগা হার্ট অদুগী শেল- ফমনা কয়া ৱাৎলিবনো" অসুন্না হংলকই। ডাক্তর "ৱারী অসি মতম খরগী ওইনা অনাবা তাহনগনুকো, হার্ট পীরিবা মী অসি মনিপুরদগীনি, মহাক অদুদি 'অমর জীবন হোস্পিটাল, লোয়ালমবু লিংখৎপা বসন্তনি। মসিতাবদা হেমন্তনা "বসন্ত হায়বা!" হায়না শোল্লগা মপী মতুম মতুম শীন্থরকই। ডাক্তর "মহাকপু মশক খঙব্রা? মাবু য়েংনিংলবদি মথঙ্গী কা অসিদা মাগী থৱায় য়াওদ্রবা হকচাং অদু অঙৌবা ফীনা কুপতুনা লৈবনি য়েংলুবা য়াগনি অদুগা ওপরেসন মমাঙদা মানা হায়রম্মী " মমল য়াওদনা কথোক্লবনি, পৈশাগী দরকার লৈতে, অদুগা থৱায় য়াওদ্রবা শরু পোলাং অদুনা অমর জীবন হোস্পিটালগী ডাক্তরশিংদা শোয়দনা শিন্নবীয়ু হায়না মশানা য়ানা মশামক্কী সিগ্নেচর ইরম্লবনি," হায়রগা দলিলশিং অদু পুথোকলক্কুনা ময়ামদা য়েংহন্লি। সিগ্নেচরগী কলম মপাদা ইরম্মী "লোয়ালমগী বসন্ত"।

***



## রাইতর্স ক্লব মনিপুর, নম্বোলনা ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং ঃ

চহী কয়াগী মমাঙদগী (শৈরেং) ১৯৯৬, *চীংশুবা শামু*

কোরৌহনবগী অমুবা মঙাল (শৈরেং) ১৯৯৭, *খাইদেম তোম্বা*

সুরগী লৈবাক্তা নোংমা (ৱারী মচা) ১৯৯৭, *কুঞ্জো নিংঙোম্বা*

এরিষ্টোটলগী পোয়টিক্স (শৈরেং কলা) ১৯৯৭, *বি,এস, রাজকুমার*

নোং নঙসু চুরখো (শৈরেং) ১৯৯৮, *ধজমনি খোইনাইজম*

হনুবীদি হিংহৌরি (ৱারীমচা) ১৯৯৮, *ইবোপিসক নোংথোম্ব*

অনৌবা মঙাল অমগীদমক (ৱারীমচা) ১৯৯৮, *সালাম শান্তিবালা*

লৈহাউগী লৈনম (ৱারীমচা) ১৯৯৮, *শরৎচন্দ্র নোংথোম্বা*

লোয়ালমগী বসন্ত (উপন্যাস) ১৯৯৮, *এন. মংলেম*

সনামানবীগী মীৎয়েং (ৱারীমচা) ১৯৯৮, *ডাঃ কেঐচ শামুঙৌ*